[illegible]

# নিংঙোল কা

(অমসুং অতৈ রেদিও লীলা অনী)

সলাম তোম্বা

ইমা।

নঙগী থবায়গী খোঙচৎ

লাপথুমাক্লে

মঙদফাও উদবা ওক্লেক্লা কুইরে

ঐনা নীংশংজবা অসি মঙায়রে

নঙগী নীংশিং মীরেন্দা কচ্চরি

ঐগী "নিংঙ্গোল কা" লাইবকশিমা।

# অইবগী ৱারোল

করিগীনো খঙদে, হেক হেক নিংঙোলগী মরাইবক্তীদমক মরক মরক থওইনা খল্লুই। খল্ল-খল্লগা মখোয়গীদমক ৱাদবা শুকঙম ঙমদে। মপা অমত্তনা পোকচবা, মমা অমত্তনা নাউপুজবা মচা ময়ামগী মরক্তা নিংঙোলগী হক কয়াম থম্বিরিবগে? সমাজদা হংজরিবা ৱাহংনি। পাউখুম সমাজনা পীবা ৱাগনি। মরমদি সমাজ অসিমক নুপাগী মীচংদা শাগৎখ্রবা দলান্নি। অদুবু ঐদি লাউনীংঙি, নিংঙোলসু হক লৈফম থোকই। চপ মান্নবা হক ফংফমথোকই।

অদুবু ঐগী ৱা তাবীরোই। অঙাওবা তাগনি। অদুনা কপ্পী ইদোম নিংঙোল কাগী খল্লুবদা। মাইকৈ অসোমদা খল্লগা ঐগী থম্মোয়গী য়াৱা অমখক্তং লাউজবনি রেডিও লীলা অসিগী মতেং লৌরগা। পিবানা পুন্নমক লৌখিবা য়াই অদুবু নিংঙোল কাদি নিংঙোলগীনি। কনা অমত্তনা মুনবা ঙম্লোই। মসি নিংঙোলগী শেংলবা হক্লি। সমাজবু করেম্নজবনি।

অদুগা অমুকসু খল্লুই, মবুক্কুংগী মচাবু মমা ওইবীনা করিগী লংথোক্লি। মবম লৈবমগনি। মচাবু নুংশিদবা মমাদি শা-ঙাদফাও লৈরম্লোই। মরম অদু সমাজনা খঙবমক য়াদ্রবসু মচা ওইরিবা, ওইরিবী অদুদংদি খঙহনবীবা ফৈ। মসিনা ঐগী মিৎয়েংনি। নত্ত্রবদি মী ওইনা হিংগদৌরিবা মচাদুদি মীনোক্কী মীনোকমক্তনি মানা চাগদৌরিবা। অদুবু ঙসি অসিগুম্না মমা অমত্তনা মথৌনা লৈনা মচাবু খঙহনবীদ্রি। খোঙ্গুল মুৎপদা তাখি। অদুবু ঐদি যানীংদে। অদুনা মচানুপী ওইবীশিংগী থম্মোয়দা ঐনা চঙঙি। ফোংনা শীংনহল্লি। করিসু ইকাইনীংঙাই লৈতে। মমানা পোক্তবা কবম্না জীববু লৈবগে। মমা খঙলবদি মপা খঙবা মশানা তাজরবনি। অদুনা মমা কৌবা তাই। ফোংনা শুমাংদা থোক্লগা লাউবা তাই। নত্ত্রবদি শিখিবনা হেন্না ফৈ। মচাগী অরোইবা খোল্লাউ তাবদা শিনীংলগা শিজৌ হায়গদবা মমা লৈতে। শোয়দনা চোংথোক্লক্কনি। লোনবা নত্তগা ফোংবদি মতাং মতাংগীনি। 'শবীক্কী মখোল' কৌবা ঐগী লীলা অসিদসু চোংথোরকখি। অদুবু ফোংবদি ঙমখিদ্দে, সমাজ লৈবনিনা। অদুনা মচানুপীনা মমাগী ঈজৎ অমদি মশাগী ইজৎ অনীমক কনবা তাখি। মদুনি ৱার্জারবা, মদুনি চাংয়েং। মচানা কনখি মমাগী ইজৎ। মমা মশক, মপা মশক ফাওবদি খঙখি।

অদুগা অমনা ঐগী ৱাখল্লোল অমা লৈজৈ। চাকখুম কা ৱাই নুংতিগী তৈরিবা খূৎ অদুবু ঐখোয়না মীরাইবা চুম্বা? খূৎ অদুনা শোক্তনদি ঐখোয় মী ওইরোই। অদুগা অমনা থাজরমদবা থাজরকপদি ওইথোকই। অদুবু থাজরম্বদগী থাজবা মাঙশিল্লকপদি অমুক থাজহনবা ঙম্লরোই। থাজবা মাঙখ্রবা ইমুং অমগী ৱাফমনি ঐনা থমজরিবা অহুমশুবা রেডিও লীলা 'ঐদি চৎলনি'।

অহানবগী লীলা মচা অনী অসিদি আকাশবানী ইম্ফালনা শন্দোকপীখ্রে। অহুমশুবা অসিমদি শন্দোক্ত্রি। অদুবু লাইরিক অসিমতং ওইহন্নীংলুবনা লাইরিক ওইনা পুথোকপনা হাঞ্জরে। শন্দোকখ্রিবা লীলা অনী অসিবু খরা শেমদোক শেমজিন তৌরগা লীলা লাইরিক ওইনা অমুক হন্না পুথোকপা য়াহনবীবগীদমক আকাশবানী ইম্ফালবু থাগৎচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিগী মতাংদা মতেং পাংবিখিবা ওজা সাজৌ চেংলৈবু থাগৎচরি। অদুগা লাইরিক অসিবু য়াম্নমক থুনা নম্বীরকখিবা অমদি চেখুম নমুনা শেম্বীরকখিবা চেংলৈ প্রিণ্টর্স, য়াইরিপোক খোইরোম্বু তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

লাইরিক অসি মীয়ামগী খুত্তা শিন্নজরে।

তৌবুল — সলাম তোম্বা

তাং২৩/০১/০৯ ইং।

# অফোঙবগী মায়কৈদগী

সীৱেবস মণিপুরগী পান্দমদি, ঐখোয়গী ইরোন্দা ইবা লাইরিকশিংবু ইংগ্রাজি, হিন্দিনচিংবা লোল কয়াদা হন্দোক্নুনা ফোঙদোকপা, অমদি অতোপ্পা লোন্দা ইবা লাইরিকশিংবু মীতৈলোন্দা হন্দোক্নুনা ফোঙদোকপনি। মসিগা লোয়ননা নৌনা ইবা কয়াসু ফোঙদোকপনি। চীংলোন মাপনগী তাবুনুংদা তূমদুনা লৈরিবা ঐখোয়গী লোইনা শিল্লোনবু য়াকৈদুনা মালেমদা শক তাক্লবা হোৎনজবনি। পান্দমসিনা মাঙদা থমজরগা লূপ অসিনা লেপ্তুনা ফোঙদোকচরকপা লাইরিকসি অশেবা সলাম তোম্বানা ইবা **'নিংঙোল কা'** হায়বা রেদিও দ্রামাসিনা তরামঙাশুবা লাইরিক্নি।

অশেবা অসি শৈরেং, ৱারীমচা, উপন্যাস, রেদিও দ্রামা, ফিল্ম ঈশৈ ময়েক্লচিংবা হিরম কয়াদা খূৎ থারিবা খোঙজেল য়াঙলবা অইবনি। মহাক্কী **'চিত্রকার'** হায়বা উপন্যাসতা 'খোঙাম উধব নীংশিং সাহিত্য মনা ২০০৫' নোহাখোলনা পীদুনা ইকায় খুম্নখ্রবা অইবনি। হন্দক পুথোরক্লিবা লাইরিকসি **'নিংঙোল কা'**, **'শরীক্কী মখোল'**, **'ঐদি চৎলনি'** হায়বা রেদিও দ্রামা অহুম্না পূন্সিনবা লাইরিক্নি।

মথক্কী রেদিও দ্রামা অহুমসি খূৎই ওইনা লৈরিঙৈদো পাবা ফংজহৌই। দ্রামা অহুম্মক মতীং লৈ। ৱাহৈগী ফজবা খূৎফোঙদোক্লা অপাবশিংগী থম্মোয়বু হুমদুনা পুই। দ্রামা অহুম্মক্কী অরোইবা তাক্কক্তা অপাবশিংবু ৱাখল লৈচঙ তানা খন্থহল্লি। করি থোক্লগবা হায়না মিপাইবা পোকহল্লি। মসিনি অশৈবসিগী অঙকপা খূৎইগী মহাও। তশেংনা হায়রবদা তূকথরবা নুপীশিংগী তুহৎপিরবা পুন্সি মহিংদা থৌনাগী ঈনোৎ হাপ্লীবনি। খুইথরবা থম্মোয়গী লৈয়োন্দা নুংশি ঈরীক খীকপীবনি। লম্মাংনরবা খুন্নাইসিগী পুন্সি লম্বী চৎপশিংদা খূদাং পালোইনদুনা লম্বী লমতাকপিবনি। করাম চাউবশিংগী মাইথোঙদা কারিবা মায়হীংদু ময়েক লানা উহন্দুনা তৈথোকহনবনি। লাইরিসিগী মরমদা শুগাইনা হায়জদ্রবসু মসিগী মরেপ তন্বীনবগীদমক পাবিরিবশিংগী খূত্তা শিন্নজরে। অইববু পুন্সি নুংশাংনবগীদমক তেংবানবা মপুদা থৌনিজরি।

১০/০১/০৯ ইং
থৌবাল

সাজৌ চেংলৈ
সেক্রেটরী,
সীৱেবস মণিপুর

# নিংঙোল কা

(অকাশবানীনা তাং ২০/৭/২০০৩ দা লাম্থোকখ্রবা)

চঙগদবা মীওইশিং ঃ-

| | | |
|---|---|---|
| নুপাঃ- | কুমারজিৎ | (ফজবীগী মপা) |
| | ইবোচৌবা | (ফজবীগী মবুং) |
| | রাজেন | (ফজবীগী নুপা) |
| নুপীঃ- | মনিতোম্বী | (ফজবীগী মমা) |
| | ফজবী | (নিংঙোল) |
| | চান্দনী | (ফজবীগী মনম্মা) |
| | লৌরিংবী অহুম | |

অঙাংঃ- চহী ৩গী অঙাং নুপা অমা (ফজবীগী মচানুপা)

# অহানবা উৎপা

(কুমারজিৎকী ইমুংনি। য়াইমরপ ওইনা নুংঙাইবা ইমুংনি। মহাক অফিসতা থবক অমা তৌরি। মচা নুপা অমা, মচানুপী অমা লৈ। মচা নুপানা অহলনি। কুমারজিৎ নুমিদাংৱাইরম অমা মচানুপীগী কাদা চঙলদুনা ময়ূমপানখ্রবী মচানুপীনা শেম-শারম্ভা কাদু য়েংলি। মপূক্লিং নুংশিদুনা মতোমতা ৱা ঙাঙলি।)

কুমারজিৎ ঃ- নিংঙোল হায়বসি পোকহৈবা জাৎ নত্তে। চাউখ্রোক চাউনা লৈরম্বদু মীগী ময়ূমদা চৎখ্রেদো। মানা মীগী ইমুংদুদা করম তৌনা লৈরিগবা। ইচাগী কাসিদা চঙবদা হেক থম্মোয়সি ঈংঙিদা। কয়াদা ফজনা লৈতেংদুনা থনল্লিবা। খুৎফম অমত্তা কায়দ্রি। য়েংবগী পেনবা নাইদে। নিংঙোলগী য়ুম্নাক লৈতে, শলগী শঙ্গোল লৈতে হায়বদু চুম্মীদা।

(মতাংসিদা মাগী নুপী মনিতোম্বী চঙলকই)

মনিতোম্বী ঃ- মোই পাবুংনা কাসিদা চঙলগা করিনো ঙাঙবীরিসিবু। ঐদি কনা কনা লাক্লবোই নীংলুরে। ইথম্তা ঙাঙবীরিবোইরে।

কুমারজিৎ ঃ- য়েংঙুনে মমা নঙসু। ইচা ফজবীনা থমজরল্লিবা কা অসি য়েংবদা ফজদ্রনে। য়েংঙু, মাগী ফোটো ময়ামসিনা কয়াম য়ামখ্রবা। ছাত্রী ওইরিঙৈনা মখল মখল। য়েংঙু, টুপি অঙাঙবা অমা হেক উপ্লদনা ভেসপা থৌরিসি ফজদ্রনে। ইচানি হায়বদা নঙবু হরাউদ্রা হায়বা, মশক্লে মতৌনে।

মনিতোম্বী ঃ- ও ফজে এ। ফজেয়ে। অদুবু করি তৌরুনি। ঙস্তানা মবুংদগী হান্না ময়ূম পাস্থোকখ্রে। অদুগা নুপা জুগোৎ চাদবদা ৱাইথুংলুবনা নুংঙাইফম খঙদ্রেদনা। অতোনবী অমসু পুশিল্লক্লে হায়ব্রা? ইচাদো লৈফম চাফম খঙদ্রে হায়রিদনা।

কুমারজিৎ ঃ- কমদৌনি, ইচাগী মরাইবক্লনিদনা। নুংশিখ্রবা ইশুনুপা অমসু য়াওরবনিনা করম্না কায়নহল্লুনি। মানা মানা ঙম্বা পান্নজবা হায়দু তারেদনা। মমা পেন্দি পেন্দেহে, মতৌদি মমিৎফাও হঙ্গৎনা য়েংদে। অদুবু আজকাল য়ক লাউবা নুপা ওইরল্লেদনা। হোয় অদুবুদি শেল

খরা পায়রে হায়দনা মী উশিত্ত্রিবনিদনা।

মনিতোম্বী ঃ- মাগুম্বনা মী উশিত্তবা য়াব্রা? মঙক্তু থুদেক্লগা ফগদবনি। মোন্না শেঙ্গাও হেক লাক্লদনা। ঐদি পামজখিদ্রবনি। অদুবু ইচানা পাম্মীদো হায়দুনা চেনশিনখ্রবনিনা কমদৌনি হায়দুনা লৈহৌবনি। ঐদি ইম্ফাল নুপানি, লায়রম্লোই অদুম হায়জখিবদুনি।

কুমারজিৎ ঃ- তোক্লসি মমা! শোরারেলদা তিল শিৎকৎলগা ইথক্তা তাই হায়বদুনি। নচানুপীনা পাল্লবনিনা ঐখোয়সু পাল্লেদনা। অদু করি পাউদি তারি। ইচাদুবু য়াম্না লৈবা হৈনদ্রে হায়ব্রা?

মনিতোম্বী ঃ- মদুগী ৱাদু তমগে চঙলক্লিবনি। লাক্লনি হায়ব্রা। মনম্মনা তম্মী। অদু লৌবীরুবনবু ফরদ্রা? মতম খরা মসিদা লৈজরবনা ফরদ্রা খল্লে ঐদি।

কুমারজিৎ ঃ- মদু য়াদে মমা। নিংঙোলনা মপামদা হল্লকপা অফবা নত্তেকো। মপুরোইবগী মনাক্তা লৈবদুনা নুংঙাইত্রবসু ইজৎ অমদা লৈবনিকো।

মনিতোম্বী ঃ- মোই পাবুংগী ৱাসি তাব য়াদ্রেদা। ইচাবু লৈবা ঙম্লরোই হায়রসু লৈয়ু, লৈতবা য়াদে হায়বসিবু চুমগদ্রনে। কনাসু মপামদা হল্লক্লিংবা য়াওবা নত্তে, য়াদদুনা হল্লক্লরিবা ঙাক্তনি।

কুমারজিৎ ঃ- হোয়নে, অদুবু হায়বা। মশানা লাকচবনা অমনি। ঐখোয়না মদুদা হিকথোংবদি ফত্তে। মাসু নুপী নত্ত্রো? ঙম্লবা অদুম পাঞ্জনি। রাজেন্না করিবু হায় হায়গেনে?

মনিতোম্বী ঃ- মহা চন্দালদুনবুদি করি হায়রুনি। মাগী মতীক লৈব্রা? ইচাগী করি মরাল লৈদুনা। মানা চৎলু হায়গে হায়য়ু, হায়রোই তোকউ, ইচানা লৈনিংদ্রবদি লোইরে। খঙদেশে! চৎলগা কোক লৌবীরুরগা লোইরে। ইচাদু ময়েংকা খরক খরক তারে হায়দা।

কুমারজিৎ ঃ- মনিতোম্বী! নঙসি নুংঙাইখিদ্রেদা। অদুবু ৱারো? নঙগীসিদা লৈরগা হেক্তা নোইরগদ্রা? নোয়রবসু কংলবসু আদা লৈরিখে শাগৈগী মৌ ওইরি। ইজৎ লৈনা হিংজবা য়ারি। নঙগীসিদা হেক লাকপদা মহাক লৈখা তাব হৌরবনি। অদুগীসু মথক্তা মৌগা নিংঙোলগা ঙংনরকপা ঐ তানীংদেকো।

মনিতোম্বী ঃ- ইমাই পেম্মা! মৌনি ঐঙোন্দা হায়রিবা। লৌবীরুরসি হায়রিবনি। হেক পঙখৎ খৎনবা য়াব্রদা। ঐখোয় লৈরিসিদি।

কুমারজিৎ ঃ- মনিতোম্বী! নঙসি ব্রাখল থেনখ্রেদা। ইমুং মহী লাওনবা শীনবা ফত্তেকো। নহাক নতীন য়োৎথরগা মুন্না খল্লু।

(তাঞ্জাদুদা ওটোরিক্সো অমা থৌজিল্লকই। শুমাঙদা হেক খাম্বগা ফজবী কুমথরকই। মমানা ওকপা চেম্থোরকই)

মনিতোম্বী ঃ- ইচা লাক্লেদনা। ফরে ফরে। কদায় কদায় ইশূদু ঐ পম্বিগেসে। হৌজিক্তা ঙাঙনরম্লিবনি। ঙাইখো, ফজবী! নঙগীসি তশেংনা লাক্লবা হায়দুরা?

ফজবী ঃ- ইমা! ঐ খনবা য়াব খল্লগা লাক্লবনি। ঐ ইমুংদুদা অমুক চৎপা ঙম্লরোই।

মনিতোম্বী ঃ- ফরে ফরে কমদৌনি। ঙাইখো, ইবেম্মা অমুক্তা। মৈ ওকথোকসি। হায় চান্দনী! নঙবু তাব্রনে। মৈ অমুক্তা পুথোরকউ। চক্ক মনা খরা লৌরুচোনে।

(চান্দনী মৈ পুদুনা থোরকই। মচননুপী ফজবীবু ওকই)

চান্দনী ঃ- ফজবী! নঙ লাক্লেদনা। সে ঐ মৈসি চুখৎকে। ইবোকসু অঙাংদুগা অমুক্তং কাম্থোকপীরকউ।

মনিতোম্বী ঃ- কান্দৌরিনি। ইশূ নাব-য়েকপা য়াপোত্তে।

ফজবী ঃ- ইনম্মা! দদাখোয়দি।

চান্দনী ঃ- লৈরম্বনি। চখোকখ্রমাল্লে।

মনিতোম্বী ঃ- চঙঙু, চঙঙু। নপাদি নঙগী কাদা ফম্লিবনি। ইশূসি ঐ অমুক্তা পো-নবা হোৎনখিগে। মৌ নঙনা চান-থক্লবা হোৎনরো।

(ফজবী মাগী কাদা চঙখি। মপা কুমারজিৎ তুমিন্না ফমদুনা লৈরম্মী)

ফজবী ঃ- ববা! ঐ লাক্লে।

কুমারজিৎ ঃ- ইপাগী ইবেম্মা! নঙনা তৌরক্লিবসিবু মুন্না খল্লগা থাংলক্লিবা খোঙনিকো।

ফজবী ঃ- মান্নি ববা! অনী লোনবা ইমুংদুদা ঐ মীৎকুপ অমা পম্থনবা পাঙ্গল লৈজদ্রে।

কুমারজিৎ ঃ- রাজেন্না চৎলোদি হায়রা?

ফজবী ঃ- ৱা লান ঙাওনদে ববা! মানা চৎলো চৎকনু হায়বগী করি দরকার লৈরিবগে ববা! মানা থাংলিবা খোঙথাং অদুনা ঐবু চৎলো অদুম তাকচরবনি। ঐ অঙাংসিগী খন্দুনা মতম খরদং চোম্থরকপনি। নত্তবদি নহালনা লাকচনিংলবনি।

কুমারজিৎ ঃ- ইবেম্মা! যূম পানবসি য়াম্না লুবনি। নিংঙোলনা ময়ূম পাল্লবদা মপুরোইবগী ইমুংনা স্বর্গনি হায়নরিবনিদো। নহাক ৱাখল থেল্লিদা।

ফজবী ঃ- ববা ঐবু ঙাকপীয়ু। ববাগী ৱাখলদু ঐ পামজদে। নুপানা কাওরফাও, নেৎলফাও, কাংথোল পায়দুনা খাঙঙু হায়বগী মতমদু হেনখ্রে। নুপানা থাংলকপা খোঙথাং মতুংইন্না থাংলবতদা অমনা অমবু ব্যবহার তৌনগনি খনজৈ নচাদি।

কুমারজিৎ ঃ- অদু মানা নঙবু লৌররোই, চৎখ্রো হায়বমক্তি হায়দ্রিদনা। নুপা ফত্তবা শিবা ঙাইনবা হায়দুদি নহাক কাউরব্রা?

ফজবী ঃ-ববা! মদু ঐ শুকঙম ঙমজরোই। পাউতাক অদুনা ঙসি নুপা লম হেন্নবা মরম ওইহল্লে। নুপীনা নুপাগী মপাল য়াম্না তাংলিঙৈ মতমগী ৱানি। হৌজিক্তি নুপানা ভাব তাজগদবা মতম ওইরবনি ববা।

কুমারজিৎ ঃ- ইচাদি লাইশু য়াম্না খঙলম্লবা জাৎনিদনা। ফৈ, ফৈ। ঙাঙথোকখিবা ৱাদি ঙাক্ল সিকো। হয়েং নুপানা লুই,ইপা ইমা অরায়বনি হায়রক্কনিকো।

ফজবী ঃ- ববা! নচাবু থাজবীয়ু । ঐদি নুপাদুদা লৈবা শুকঙম হেক ঙমজররোই। নিংঙোল পূম্নমক্কী মরাইবক্কীদমক ঐ অদুগুম্বা নুপাদুগী মায়োক্তা লেপ্লগে খন্না খোঙ থাংদোকচরক্লবনি।

কুমারজিৎ ঃ- ফজৈ। অদুবু ইপাখোয়না নমদুনা থাজখিবদি নত্তেকো।

ফজবী ঃ- মদুগীদমক ববা! ইয়ূমসিদা ঐ ওম্থোক্লা ইকায়না চঙলক্লিবনি। ববা! তাইবঙ মীওইবসি মায়থোঙগা থম্মোয়গা ওম্থোক্লা লাপ্নরমখ্রে। মদুগী পাপ ইশানা চাজরবনি। ঐ ঙসিদি থৌনা লৈরে। খোঙথাং অমা লানথ্রবসু ফিরেপ অমগী মখাদা ঐ হিংলগে লেপ্লবনি। ইথন্তা

ৱাহং চাম্মা চাম্মা হংজরগা ইতোমতা পাউখুম পী পীদুনা য়ূম পাংলক্লিবনি ববা! ঈশ্বর পুন্নমকপু খুরুমজরগা ঐগী চিক্লা মদোম লৈহৌরবা নিংঙোল কা অসি য়ৌনা লাকপদা ববা ঐ অৱাবা খঙলক্তে। (কল্পগী মখোল) খঙদে ববা! ঐ ঙসিদি ঐগী তামহৌরবা কা অসিবু ওহ্থোক্লা নুংশিরকখ্রে।

কুমারজিৎ ঃ- (খোল নীক্লা) ইপাগী ইবেম্মা! নঙগী থম্মোয়না অদু য়ৌরবকো। ইচাগীদমক ঐ লৈরিসিদি। কপকনু ইবেম্মা! নিংঙোলনা মপামদা পি তাহৈদে হায়নৈদো। ইচাগী কাসিদা ঐসু পেন্না য়েংলম্লিবনি। পোত্থাজরো, পোত্থাজরো। ইপাসু ঙহাক চখোক্লুখিগে।

ফজবী ঃ- ববা! ঙন্না হঞ্জিলবিরকউ। ববাগা ইমাগগী সেবা নীংবা থুংখিদ্রবনি। ঐ ঙসিদগী ববাগী সেবা তৌবা হৌরদবনি। সুম খঞ্জিল্লুরগা ইমা ইপাদগী হেনবা করিশু লৈরমদ্রে। মীৎনা উবা লাইনি হায়বদু ওহ্থোক্লা চুমখ্রবা জাৎনি।

কুমারজিৎ ঃ- আ: ইচাগী ৱাসিদি নুংশিদা। মদুগী ৱাখল অদুবু হেক লৈরিমখৈ, ইবেম্মা! নঙ করিশু লৈখা তারোই। ঈচেল হঙ্গৎনা চেন্দে হায়নৈ। মদু ঈচেলদুগী মরাল নত্তে। লৈরুরিবা লৈমায়দুগী মরালনি। ইচাগী থম্মোয় তশেং তশেংলি। পোত্থাজরো। ইপা কুইরক্লোই। ঙহাক চখোকপনিদা।

ফজবী ঃ- ফনি ববা! চখোকপিরুরো। ঐনা ইনম্মগী ইমাগী মতেং পাংবা হৌজরম্লগে।

কুমারজিৎ ঃ- ফরে ফরে। চাক ঙল্লম্মু। ইপা ইচা চাক চামিন্নদবা কুইরে। হাউনা চামিন্নসি।

(যন্ত্রনা মরক শমখিবা)

## অনীশুবা উৎপা

(অয়ুক্লি । ফি হৌনবা মনিতোম্বী কোইবাঙ লাঙলি)

মনিতোম্বী ঃ- ও! নখোয়বু লাউনহে। মৌ নঙসু লাকও! ফজবী নঙসু খরা থুরক্লোদনা। ফিসি অমুক্তা হৌবা লোইথোকসি। ইচাশা, ইমৌশা! থবক অমতং তৌবদা য়েংবা নুংঙাইখিদ্রেদা। ফি নিফুনি। পাক লোইবা য়ারোই। লাউনহে নখোয়বু।

(ফজবী থোরকই)

ফজবী ঃ- ইমা! ঐ খবর অমনবা খরা থিরকপনে। খরা য়েপ্তুবা য়ারোই।

মনিতোম্বী ঃ- হো অদুবু হায়বা। ননম্মদুসু চাক ঙহাক ঙল্লি। ঙহাক্তং অমুক্তা লাকখো হায়য়ুনে।

ফজবী ঃ- ইনম্মদি পোত্থারসনুদা। ঐখোয় অনীনা ঙম্নবা হোৎনরসি। অঙাংসু তূমহৌরে। ইনম্মনা চাক থোংলসনু।

মনিতোম্বী ঃ- ইহে ঐনা হায়বদি ঙহাক্তা নখোয়নী তৌরম্মু। ঐ কৈথেলদা ঙহাক্তং থোক্লুগে হায়বনে। ঐনা লাক্লগা মানা চাক থোংখিবা য়াইদনা।

(চান্দনী থোবকই)

চান্দনী ঃ- ইবোক কৈথেল হায়বদু থোকপীরুরো। ঙাসু অমতা লৈতে। মোই তামোখোয়গী মমান্নবা অমসু লাক্কনি হায়মাল্লে। মী অমগী চাক হাপকদৌরি।

মনিতোম্বী ঃ- লাকখ্রপোৎনি। ইচানুপাগী মমান্নবসি ৱাক্তেহে। পীজনীংদবগী ৱাবুদি নত্তে। খিৎ হেনমল্লে। কদায়দগী ঠিকাদাবনি হায়দনা অমা তৌশিল্লুদনা। সনা লুপা কায়বমখৈ থোং শারুরে। অদুগা চহী ওল্লে। বিল হায়ব্রা অদুনা ফংবা কৌবা লৈত্রে। থোংদুদি অমুক শেম্বা য়ারম্মনি। হায়! নঙগী ননাদু ফজরেনেকো চান্দনী! নুপা ঠিকাদারদা ওংলুবগী।

চান্দনী ঃ- কায়দেদা। হয়েং ফংলগা অমুক শিরগা, য়াল্লগা লোবে। বিলদুগী ওইরমাল্লে, এসঃওঃ অমা লাক্কনি হাযবিসি।

মনিতোম্বী ঃ- ও খঙজদ্রে। এসঃওঃ রা কেশোরা। চাখিবা চাকসিনা। থোং শাবগী অতোংবদি মখোয়না চাবদা লোইরনি। অদুদসু নত্তে, কৎখিবা পৈশানা কয়া। পেল্লে। ঠিকা অসিদা তৌবীরনু হায়দু য়াদেদো ইচাসিনা। ব্রাজগে হায়দুনা নরাল হেক খুরুম্লদনা।

ফজবী ঃ- ইমা খিৎ তোক্লোবা। মতমগীনি । হয়েং ফংলদি ইমাসু হরাউদৌরিনি।

মনিতোম্বী ঃ- মতৌবু হায়বীবনি কৈনো। তৌবু তৌদ্রো। শেন্দোয় কয়া য়াম্মে পীখ্রিসে। মখোয়না হয়েং শেন্দোয় হাপ্পিরক্কদ্রা? বিল ফংঙে, মচেৎ মচেৎ। সরকারনা অপঙবা থিরকপা নত্ত্রা? শেল অথুবা ফংগদবনা মখোয় মখোয়গী মরী মতাদা। শেল গুম ওইগদবনা ঠিকাদার মচা মশূদা। মদুদা ইচাসু হেক য়াওরুবা। ফৈ, ঙসিদি চাক ফজনা পীজরগা ঙাঙথগে মখোয়গী কেশোদু।

চান্দনী ঃ- লোইরেদনা। ইবোক্কী ব্রাসিদি মী শিনবা তারে। ফজবী ঐখোয় অনী চাক লোইথোক্লম্লগা লৈকায়দা লোৎলুসি।

ফজবী ঃ-এঃ ইনম্মা করিগী লোৎলুদৌনো। ফজনা মোরাদা ফম্লগা কুম্মৈ য়েংগদবনি।

মনিতোম্বী ঃ- চথোকউহে। নখোয়না ঐবু অঙাওবা হেক শেম্মে। হয়েং বিল ফংলদি মশকফাউ উহৌরোই।

ফজবী ঃ- ও! হন্দক্কীসিদি দাদাদা হায়নগে। ইমাগী সনা অমা শাহৌরো।

চান্দনী ঃ- য়াই। ইবোক, ঐখোয় লুপা অমা শোকচরোই।

মনিতোম্বী ঃ- থাজৈদা। ওহ্মোক্লা থাজরে ঐনা।

(মতাংদুদা ইবোচৌবা চঙলকই। ময়াম নোকপা)

ইবোচৌবা ঃ- হৈমা! নোক্কুনা লৈনরেনে। চাক থোংদ্রিমাল্লে, মীদি লাক্লনি।

মনিতোম্বী ঃ- ও! নঙ লাক্লবোইরে। নঙগী ব্রানিনে ঙাঙনরম্লিবসে। মাগী চাক্কুদি মীৎকুপ্পা লোইবিগেদা। অদুদা চাক্তা মত্তিংবা বিলদি বিন্ধা ওল্লগা তোক্কদৌরিব্রা হায়বা।

ইবোচৌবা ঃ- অসঃ ইমাখোয়না খঙপোৎতেদা। মী অফিসকী ওসঃওঃ না য়েংবা লাক্কদৌরিবনি। চাক চরা অমা পীজদবা য়ারিব্রা?

মনিতোম্বী ঃ- ও ফরে ফরে। ঙসিদি ইমা ঙাঙনবীরগে। নঙ তুমিন্না লৈয়ু।

(ফজবী, চান্দনী নোকই)

ইবোচৌবা ঃ- অসঃ নুমিৎ আ য়ৌখ্রে হায়মী।

চান্দনী ঃ- ও! থোংঙুরগে। ঙহাক্তনি। ইবোক ঙা হায়দু লৈবীরুরো।

ফজবী ঃ- ইমা! হৌগৎলো সে। ঐনা থোকপা তৌজহৌরগে।

মনিতোম্বী ঃ- ও চৎলে, চৎলে। ফিদু ফজনা হৌরম্মুকো। দরম মশীং শোয়নীকো। ফি নিফুনি। চেকশিন্না হোৎনরমগদৌনি।

(চান্দনী, মনিতোম্বী চৎখি)

ফজবী ঃ- দদা! ঙসি লাক্কদৌরিবা এসঃ ওঃ দু য়ুকাক থকপা জাৎলা? মদু ওইরদি ঐখোয়দদি পীথকপীনুকো।

ইবোচৌবা ঃ- করিনো? ববা তাহনগনু। ঐগী দ্রোইং রুমদা লোন্না অদুম পীথক্লগা লোইরে।

ফজবী ঃ- দদা! ববাগী মায় খরা য়েংবীয়ু। আ খুলদা পীথক্লগা কোক পুরক্লগা লোইরবদুবু। ঐ মদু সিদা পামজদেকো।

ইবোচৌবা ঃ- মদু য়ারোইদা ইবেম্মা। মীনা করি খনখিনি হায়গে। য়াম্মা থক্কদবসু নত্তবা।

ফজবী ঃ- দদা! য়ানীয়ে। অহলনা য়াদে হায়রগা লোইরে। মী খরা উশিৎহনবা ফৈদা। পঙয়া য়াবা মান্নি। নচলগী মায়সু খরা য়েংবীয়ু। ঐ য়াম্মা পামজদে।

ইবোচৌবা ঃ- অসঃ নঙসিদি মরৈ কনখ্রেহে। হোয় হোয়। ঐনা ফনবা শিল্লগে।

ফজবী ঃ- ঐদি হায়জরিসিনি। হোরেল কারল তারক্লবদি ঐদি নিশা বন্দদা তাকউদৌনি।

ইবোচৌবা ঃ- ওহ্হোকপনিহে। ঐসু তৌদবা য়াদদুনা তৌরিবনি। বিলসিদা ফংলবদি হায়দুনা তৌরিবসিদা।

ফজবী ঃ- দদা! ঐদি মীঙোন্দা য়াম্মা নোঞ্জনা হিংবসি পামজখিদ্রেবু।

(যন্ত্রনা মরক মেনবা)

# অহুমশুবা উৎপা

(ফজবীগী কানি। মদোম ফল্লি। কাদুদা থেৎলিবা লাই ময়ামদু সুম য়েংলগা মদোম ব্রা ঙাঙলকই।)

ফজবী ঃ- ফোটো থেৎলিবা ময়ামসি অমুক্তা শেমজিনগে ঐ। মসিগী টুপী অঙাঙবা উপ্লা ভেস্পা থৌবা ফোটো অসিমা লৌথোক্লগে। মসি উরগা ঐগী খোয়দৌ অসি সুম শাউগৎলকই। মসি মহাক্লা নম্বা ফোটোনি। ঐসি পঙঙিদকো। মীবু ওম্ভোক্লা থাজরুইদকো। অমুকসু নীংশিংলক্কে লোইনমক। নোংমা ঐনা স্কুল হল্লকপগী অপিকপা লম্বীদা ভেস্পাদা লাকপদা মাসু তুংদা লাকখিবনি।

(নীংশিংলকপগী যন্ত্রনা পীবা খৃদম)

ফজবী ঃ- নুপা অমা তুংদা কার থৌরক্লিবসি ঐবু ইন্নরক্লিবা ওইরমাল্লে। ঐ অমুক্তুং গাড়ীসি খাল্লগা ঈশিংখোং অসিদা মায় অমুক্তা তাথোকখিগে।

(ভেস্পা খাম্বগী মখোল। অদুগা ঈশিংখোংদা মখূৎনা মায় তাবগী মখোল। পূম্নমক তায়। ঙহাক লৈরগা কার খামখিবগী মখোলসু তায়)

ফজবী ঃ- হে! মী উশিত্ত্রিবা হায়দুরা? কার মচা অমা তোংই মতাগুম মীগী ভেস্পা মমাঙদকা খামজিল্লদনা।

রাজেন ঃ- থৈরগা চৎলু কৈনো। ঐসু মায় অমুক্তা তাথোক্কে তৌবনি। ও ইবেম্মা, তুরেলসিবু নঙগীদরো?

ফজবী ঃ- অদুদি মী উশিত্রদি গাড়ী নুংশিৎ থাদোক্কে। মদুদা মীগী মগুন খঙগদবনি।

(কার নুংশিৎ থাদোকপগী মখোল)

চকা অনী থাদোক্কে। মদুদা পেনগদবনি।

রাজেন ঃ- নঙদা খূৎ পানব্রা। ঐসু নঙগী ভেস্পা চাকা মমাঙগীসি নুংশিৎ থাদোক্কে।

(নুংশিৎ থাদোকপগী মখোল)

ফজবী ঃ- থাদোক্লীংলগা থাদোকউ। ঐদি, থৌখিনি। নহাকসু নুংশিৎ যাওদনা থৌবা ঙম্বা যেংঙু।

বাজেন ঃ- ঐসু থৌদু ঙায়দনা। নঙনা কবি হেল্লদনা। অস্বাইদা তুদনকা লৈজবম্মুকো।

ফজবী ঃ- ও ইবুংঙো! শক ফজবা, লৈহৌবো। বাই বাই।

(ফজবী ভেস্পা থৌবগা চৎখিবগী মখোল, ঙাইহাক লৈবগা কাবসু থৌখিবগী মখোল, অদুদগী নীংশিংবা লোইবকপগী যন্ত্রগী খূদম)

(ফজবীনা মখা তানা ঙাঙলকই)

অদুগদি ঐখোয তামো উনবা লাকপা ওইবমখি। কাবদু চকা অনী নুংশিৎ যাওদনা ইচেপ চেপ্পা ঐখোয়দা থৌজিল্লকখি। ঐ নোক্লীংবসু ফাওখি। মতৌদু উবদা নুংশিবদুম ফাওবকখি। ঐ মানা চক্তিবা ফাওবা মপান থোকখিদে। ঐগী শুমাংদা খাল্লিবা ভেস্পা উবদা মাসু ভাবপুদি অদুম তাবমগনি।

(ফজবী মখা শমথবকই)

অদুদগী নোংমনা ঐনা লৌলিংবগী চা থাব চৎপদা লৌবুক্তা মহাক কুমথবকখি। ঐখোয তামো হংলখি। ঐ হেক উবদা মহাক ইকায় নুংশি যান্নখি।

(নীংশিংলকপগী যন্ত্র মখোল)

(লৌবিংবী ময়ামগী খোঞ্জেল তায় । নোকপ-ও, খেব-ও )

বাজেন ঃ- কবিগুম্বা অমত্তা হংজগেবা? মকপ! ইবোচৌববু য়ুমদা কাপ্পববা?

লৌবিংবী ১ঃ- কাম্রে, কাম্রে, ইবুংঙো ।মচন্দি য়াওবি। কবি হায়গদবনো হাযবম্বা যাগনি।

বাজেন ঃ- এ! সুম মশা উনবগা হাযজগদবা ম্রানি। ঠিকা তৌমিন্নবনি। অমুক্তা উনজগে লাকপনি।

লৌবিংবী ২ঃ- ও ইবুংঙো! লাকখিনি। লৌদুম ঙহাক লিংমিন্নসি লাউ।

লৌবিংবী ৩ঃ- ইবুংঙো! ফিদি নাল্লি হায়ববু লৈখোমদুম তৈনসিবো। লৈশাবী অনানবী অমসু চা থাব লাক্লগা লৌ লিংবা তল্লি।

রাজেন ঃ- এ, ঐ সুম য়েংবা ওইজবগে। কুম্বদি কুমথজবক্লবোই।

লৌরিংবী ৩ঃ- খঙদেকো। লৈখোম তৈনদবদি য়ারোই হায়রী লৈশাবীসিনা।

রাজেন ঃ- এ! ফিসি লৈখোম য়াম্না তৈহন্নীংবা ওইরমগনি। ঐ মদুগীদি করিসু পাম্মুজদে। ঐ ইশানা তৈশিঞ্জরগে। করিসু চিংনবীগনু হায়বীয়ু লৈশাবীদুদা।

(মতোমতা লৈখোম তৈশিনজখিবগী মওং)

লৌরিংবিশিংঃ- হৈমা, হৈমা, মতোমতা তৈশিনখ্রে। অদুগা ফুরিৎ অসি লৌথোক্লগা লৌরিদা থমখ্রে। মোজাফুরিৎকা চৎখ্রে, য়েংঙো হায়মী। ওন্থোকপা মীনিকো।

ফজবী ঃ- মসিগী নুপাসে নহান্দগী ঐগা মুকুখায়নরিবনি। ঐগী মাঙদা তৌগে তৌরম্মিবা জাৎনি।

লৌরিংবীত ঃ- অরেম্বগী ফাগী তৌজরুরে। মোজা ফুরিৎকা কার থৌখ্রে। য়েংঙুনহে। নুংঙাইতেদা, ফুরিৎসি শুদোক্লগা পীবীখোহে, ফজবী।

ফজবী ঃ- মৈ হেক থাদোক্লগা লোইরে।

লৌরিংবীত ঃ- হে, হে, ফত্তেহে। শুদোক্লগা পীবিখো। ইকাইখাঙদগী মোজাফুরিৎনা হনখ্রেদো।

(নীংশিংবা লোইরকপগী যন্ত্র মখোল)

ফজবী ঃ- অদুবু ঐ ফুরিত্তু শেগায়বা ঙমখিদে। মৈ থাবসু ঙমখিদে। শূদোক্লগা থমজিনখি। মাসু তোয়না ঐবু লম্বীদা ঙাইরমখি। ঐ শাউবা ঙমশিল্লক্ত্রে। মাগী নুংশি লাংদা ঐ থুখিবনি। নোংমা মাগী ফুরিৎ পীবদা মানা হায়খি।

(নীংশিংলকপগী যন্ত্র মখোল)

রাজেন ঃ- ঐ নঙগী স্মার্ট ওইবসি ওন্থোক্লা পামজখি। ঐনা নঙবু পুন্সিগী থাদোক্লোই।

ফজবী ঃ- ও ইবুংঙো! ইকাই খঙদ্রগা পূক থল্লি হায়বদুনি। নঙনা ঙল্লেদনা। অদু হয়েংনে খুঙ্গং নিংঙোলনিকা হায়দুনা ঐবু মীরাইবীরক্লবদি ঐদি য়ারোইদৌনি। শিমিন্নদৌনি।

রাজেন ঃ- মীরাইরোই ইবেম্মা! নঙদা ঐবু থাদোক্লগা চেনখিনু। পুন্সি চুপ্পা য়েংলগা অদুম লৈজগে।

*ফজবী ঃ- যেংনবা তারেদনা। ইকাইখঙদবো।*

*বাজেন ঃ- হাযনীংবা হাযজৌ। ঐনা নত্তে ইবেম্মা! নশক্তুননে। মী ঙাওহনবগী।*

(নীংশিংলকপা লোইবগী যন্ত্র মখোল)

ফজবী ঃ- অদুগা ঙসিনা কয়াদা ঐবু মীরাইরবা, ঐনা কয়াদা পঙজরুরবা। ফৈ, ঙসিদি ঐ অমুক হন্না পঙথররোই। তুক্কচৈ, নুপাগী পুকচেল। নৌরিঙৈদা মানা ঐবু কয়াদা লুনা তৌবম্বা। থবকফাও চৎলু য়াদদুনা মীনা কৌবা লাকখিবনি। ঠিকাগী থবক চৎলুরবসু নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা হেক্তা হল্লকখিবনি। ঐনা চানীংঙিদা পল্লুবদা মানা থিদুনা লৈরকখিবা ইনশাং-নপী, ঙা মখল মখল। নুপা পূম্নমক অসিবু অসুম্না লোইনা তৌরমগদ্রা। অসুম্না অবেপ্পা লৈতবা পুকচেল। ঙাঙথোকখিবা ব্বাবু অসুক থুনা কাউথোকপা। মহাক নত্ত্রনে। ঐবু হয়িং লাবা ফাওবা তোংহন্নিংদ্রে হায়খিবদুবু। মহাক নত্তনে ইচানুপা অসিবু পোকপদা ঙায়রিদুবু লোন্না চুপ্প-ও পম্ব-ও তৌখিবদুবু। অদুগা কবিগী মাদি নুপী অমগী মপু অমুক ওইনীংলিবা। পেনবা নাইদে হায়বা নত্ত্রা? মচাগী মবাইবক লেপকদবা মানা অশুক লানবা খোঙথাং থাংলবা। ফৈ, যেংনবা তাই। মশুংলাংগী লমখাঙদা লাইরিক তম্বসু তোকখিবনিকো। অদুবু ঐ লম্মাংনদ্রি, ঐগী থম্মোয় ফিবেপ লৌজবা ঙল্লি। হে ঈশ্বর, ঐবু পাঙ্গল পীনবিয়ু।

(যন্ত্রনা মবক মেনবা)

# মরিশুবা উৎপা

(নোংমা নুমিদাংবাইরম্নি। শঙ্গোয়দা ফজবী ফি শাদুনা লৈ। ফিশাখোল তায়। মমা মনিতোম্বী শুমাঙদা ফমদুনা লৈ। মনম্মা চান্দনী লংচাক চাক্লি। মতাংসিদা রাজেন ফজবী কৌবা লাকই। লাপ্তক্লা উবদা। কার মখোল তাই।)

মনিতোম্বী :- আদা চঙলক্লিবসি রাজেন মাল্লিদা।

(মদু তাবদা ফজবী হৌগৎলগা ইমুংদা চঙখি।)

ফজবী :- ইনম্মা! ঐ ইমুং চঙঙে। (চঙখিবা)

মনিতোম্বী :- নুপামচা! নহাক লাক্লিবরা?

রাজেন :- অহোয় অবোক লাকচরি।

চান্দনী :- রাজেন, ফম্লো লাউসো। মোরাসিদা। ঐ চা লোল্লক্কে।

রাজেল :- ইচে লোনবীরুরনু। ঐ থকচরকপদা ঙাইজরি।

চান্দনী :- অমুকসু থক্কু ঙাইদনা। ঐ কুইরোইদা। (চঙখিবা)

মনিতোম্বী :- নুপামচা! রাজেন। করি হায়বা।

রাজেন :- খঙদ্রে ইবোক। ঐঙোন্দা ব্রা অমত্তা হায়রমদনা ফজবীনা হেক্তা চৎলম্বসিদা লৌবা লাকচরিবনি। ঐ মঙোন্দা ব্রা অমত্তা হায়জদবনি ইবোক।

মনিতোম্বী :- অদু নঙনা থাংলিবা খোঙথাং অদুদি চুম্না? হৌজিক করি হায়নগে হায়বা। সুম লৈজরসনুদা।

রাজেন :- ঐদি মাবু কায়নবা ঙমজরোই। মাবু লৌগে লাকচরিবসিনি।

মনিতোম্বী :- মদুদি ঐনা ঙম্লরোই। নশা নশা অমুক্তা হান্না ঙাঙনজরো। চঙঙু চঙঙু। মাগী কাদা লৈবনি। ঐখোয়না কায়নৌ হায়বদি হায়রোই অদুবু মশানা য়াদ্রবদি খঙদ্রে।

রাজেন :- হোয়, ঐ মশা অমুক্তা উনজগে।

(রাজেন ইমুংদা চঙখিবা, মনেম্বোকসু ইন্নরকই)

মনিতোম্বী :- রাজেন, লাকও, ফম্মুসে মোরাসিদা। ফজবী, রাজেন লাকই। করিনো ঙাঙনদৌবা। ঐ মপান্দা থবক খিত্তা তৌগে। ঙাঙনৌ, ঙাঙনৌ।

রাজেন ঃ- ফজবী! নহাক ঐবু ৱাহৈ অমতং হায়রম্লগা চৎলবদি পেনগদবনি। করি হায়রিনো। ঐ নঙবু লৌবা লাক্লিবনি। চৎলসি।

ফজবী ঃ- ঐদি কৈদৌবগী চৎকদৌরিবা।

রাজেন ঃ- নঙনা শাউরিবদু চুম্মী। অদুবু নঙবু ঐনা চৎলো হায়খিবদি লৈতেদা।

ফজবী ঃ- ঐদি মীনা লৈয়ু হায়রগা লৈবা, চৎলু হায়রগা চৎপা নুপীদু ওইনীংদে। ঐ চৎফম থোক্লে খল্লগা লাক্লিবনি।

রাজেন ঃ- অদু নুপী লোনবসি ঐনা হৌদোকপদি নত্তেদনা। লাই হাক্তক্তগী চৎনরিবনি। ঐনা নঙবু মীরায়বদি তৌদেদনা।

ফজবী ঃ- ঐবু ৱা য়াম্না ঙাঙহনবীগনু। ঐ করিমত্তা পামজদ্রে। মদুগী চৎনবীদুনি ঐনা শীংনরিবসি। চৎনবীনসু নুপা লোইনা নুপী লোন্দবা য়াদে হায়নদি হায়রম্লোই। চৎনবীগীদমক নুপী লোনবীরবনিনা মায়োক্নবা তারেদনা। ঐদি মপোক অসিদা নত্তনা মপোক পূম্নমক্কী ওইনা ইমুংদুদা খোঙ থাংজিল্লক্লরোই।

রাজেন ঃ- তৌনুদা ফজবী! তুংদা য়াম্না কায়নরক্কনিদা। ঐঙোন্দা ফনা শাউনীংলবসু অঙাংসিগী খরা খল্লুদা।

ফজবী ঃ- অঙাংনা খোইচাক ওইরগা মঙৌদা খোইনা থুগদবী নুপীদুদি ঐ ওইবা ঙম্মরোই। ইচানি ঐনা ঙম্নবা য়োক্কনি। অঙাংগীদমক ঐনা অনী লোল্লবা নুপাগী মনাক্তা লৈবদি ঐদি ঙম্লরোই হায়রিসিনি।

রাজেন ঃ- ঐনা ঙসি লাক্লিবসি তুংদা কায়হৌবা তারে হায়দুনা য়াম্না ইকাইনা লাক্লিবনি। হায়য়ু নহাক ৱা লোইথোকপা য়াম্না পাম্লব্রা?

ফজবী ঃ- মদু ঐঙোন্দা দরকার শুক্লে লৈত্রে। নুপানা মনীং তম্বদি য়ারগা নুপীবুনা ৱা লোইবা লোইদবা। মদুগী চৎনবীদুগী মায়োক্তা ঐ চৎলগদবনি। ৱা লোইরে লাক্লরোই, লোইদ্রে লাক্লরোই। অপাম্বা অদুম তৌবীয়ু।

রাজেনঃ- নঙনা শাউবা চুম্মী ফজবী! ঐগী থম্মোয়দা নঙবু করিশু মীরায়গে হায়না খনবা লৈতে। ঐগী লৈজবা লন-থুম, লৌ-শিং লোইনা নঙগী তঙ্খায়নি। নঙগী করিশু ৱাৎহনগদবা লৈতে। ফজনা লৈমিন্নরুসি।

ফজবী ঃ- ঐ লন-থুমগীদমক নঙোন্দা লৈখিবা নত্তে। নহাক লাইরবরা ইনাক খুনবরা হংখিদে মতমদুদা। নঙবু নুংশিরুবগী ইহৈ তম্বা তোকথোক্তুনা নতুং ইনখিবনি। লন-থুম তঙ্খায় য়েন্নবগুম নুপাসু তঙ্খায় য়েন্নরগা পানবা যুম্বান্দু ঐদি তুক্কচৈ। ব্রাসি মখা তানরগুমসি।

রাজেন ঃ- অদুদি নঙগী অউনপোৎ লৌজররো।

ফজবী ঃ- মদুসু ঐ লৌররোই। লুপা খরগী অউনপোৎ লৌরগা ঐগী ইজৎ হেনগৎকদবা লৈত্রে। ঐনা মতম খরা চারম্বগী মমল অদুম ওইবীরো।

রাজেন ঃ- য়ারে অদুদি। অঙাং পুখিবা তারে।

ফজবী ঃ- অঙাংদি ঐগীসু হক লৈ। মপানি নমদুনা পুগনি হায়রবদি মখোঙ নাম্মা পায়বিয়ু। ঐ অমা পায়জগে।

রাজেন ঃ- নহাক হিংচাবী ওল্লেনা। মদুফাও ঙম্লদবা।

ফজবী ঃ- মীনা হিংচাবা ওল্লবদি ঐসু হিংচাবী ওনবা তাবা। ঐ ঙসিদি নঙনা হেক ঙল্লিমখৈ ঐসু ঙম্লনি।

(তাঞ্জাদুদা মমা মনিতোম্বী চঙলকই)

মনিতোম্বী ঃ- করিনো? ফজ ফজনা ঙাঙনদ্রদুনা হান্না শাউগৎনরবরা? রাজেন, করি অঙাং পুরগে হায়বা। ইশৃদি পুবা য়ারোই। ঐনা য়োক্কনি। মমাগী খোম খাইদ্রিবা অঙাংবু মমাগী মথাদগী শেত্তুনা পুগনি হায়বদি হকমল্লিদনা।

রাজেন ঃ- ইবোক! মাগী ব্রাসিনা হায়বনি। মহাক মচা নুংশিবা খঙবী নুপী নত্তে।

মনিতোম্বী ঃ- অদু ফজ ফজনা ঙাঙনরগা লোইনা য়াব ঙাক্তনি।

(মতাংদুদা চান্দনী চা পুশিল্লকই)

চান্দনী ঃ- রাজেন! চা থকসি সে। তপ্না তপ্না ঙাঙনৌ কৈদৌগে। ফজবীসু শাউফম থোক্তুনা শাউরিবনি। নঙসু কদায়দগীনো নুপী অমমুক হেক্তা পুশিল্লকই। সে চাসি থকউসে।

(চা পী। রাজেন চা লৌই)

মনিতোম্বী ঃ- থকউ থকউ। তপ্না খন্নসি। ফজবী! নঙ মুন্না খল্লু। রাজেন লাক্লিঙৈসিদা চৎহৌবনা ফত্তবরা?

ফজবী ঃ- ইমা! ঐবু বা ঙাঙহনবীরনু। ঐ চৎলরোই হায়রিবসিনি।

মনিতোম্বী ঃ- নঙ তুংগী খল্লবরা?

চান্দনী ঃ- ফজবী! ইনম্মনা হায়বসি লান্না লৌনুকো। অমুক্তং চৎলুখোদনা।

ফজবী ঃ- ইনম্মা! ঐগী বাদি নহালনা হায়জপ্পবদুনি। ঐনা মফম অদুদগী থাংদোরক্লিবা খোঙসি মপোক অসিমগীনি।

রাজেন ঃ- ফরে, ইবোক! ঐ অমুক য়ৌজখ্রগে। ইচে, ঐ চৎচরে।

চান্দনী ঃ- লাকও! লাকও! ঐসু তোতিদা ঈশিং য়াবা চৎকদৌরিবনি। থোকমিন্নরসি।

মনিতোম্বী ঃ- চৎলো চৎলো। কোন্না অমুক লাকউ।

(চান্দনী, রাজেন থোকমিন্নখি। লম্বীদা বারী শানৈ)

রাজেন ঃ- ইচে! ইকায়খ্রেদা।

চান্দনী ঃ- ইবোক্লা থেল্লগা য়াজনিদা। ঐসু হায়গেদা।

রাজেন ঃ- ইচেখোয়না অমুক্তদি কায়নদনবা শীনবীয়ু। ইচা অসি উদবদা ঐ লৈবা ঙমদে।

চান্দনী ঃ- য়াজনীদা। ঙাঙনবদি খরা বায়। নঙনা খঙলিবদুনি। নঙনসু নুপী অমা হেক পুশিল্লক্লেদো।

রাজেন ঃ- ইচেদদি লোৎচরোইকো। ঐ নুপী কোয়দুনা, অনী লোন্নীংদুনা থিরুবা নত্তেকো। তাঞ্জানা য়াদদুনা পুরকপনি।

চান্দনী ঃ- তাঞ্জা হায়বদি।

রাজেন ঃ- সুমদৌবনি ইচে। নোংপোক অসোমদা ঠিকা মফম তাদুনা চৎলুবদা থেংনরকপনি। পান দুকান ফমদুনা লৈরম্বনি। মৌ নহানি। মদুদা মাবু য়াম্না পামজবা নুপা অমনা সুম শেন্নবনি। ঐসু খঙদবনা ক্বা চাবা, বারী শাবা ঙহাক্তি অদুম লৈবনি। মদুদা নুপাদুনা খম্বন্দুনা ঐবু খৎনবা হৌরকপগী বানি। নুপীদুনদি ঐনা করিসু লান্দবনিনা নুপাদুবু ওম্থোক্লা শাউখ্রবা। ঐসু শাউনীংদুনা নুপীদুবু তুং ইনবা ঙমগদ্রা হেক হায়রুরে। ঐবু মানা নুংশিবীরমদনা য়ারকপনি। মানা নুপা অমদুবু শুকপাম পাল্লমদবগা মপা চাখিবনি ইচে।

চান্দনী ঃ- তানীংদে রাজেন। তাঞ্জা খূদিংগী নুপী থিবা তাব্রা? মদু বা নত্তেকো।

রাজেন ঃ- ইকাইখ্রে। অদু ইচে ব্রা অমত্তা হায়জগেবা।

চান্দনী ঃ- হায়য়ুনে। করি ব্রানো?

রাজেন ঃ- ফজবীসি ফজনা হায়নবনা য়াগদবা মান্দ্রে। ইচেনা অমুক্তা ঐবু পাংবীয়ু। মহাকসি লৈনীংদনবা ইচেখোয়না শীনবীরবা মদুদা মহাক মপূক্লিং ওল্লকপা য়াই হায়না খল্লি।

চান্দনী ঃ- রাজেন! নঙসি লৌশিং জাৎ জাৎ লৈরিবা জাৎনিদনা। ঐ নঙগীদমক মৌ ফত্তবী অমুক ওইয়ু শিনিনে। (নোকপা)

রাজেন ঃ- ইচে নোকপীগনু। ঐ হৌজিক্তা নিংঙল্লক্রবনি। কদায়দগীনো নুপী অমা হেক পুশিল্লুদনা। ইচে, ঐ ফজবী কায়নবা শুকঙম হেক ঙম্লোইকো।

চান্দনী ঃ- মতাং মতাংগী ব্রা লাকচবা হায়দুনি রাজেন। চৎলো চৎলো। ঐসু তোতি অমুক্তা য়াহৌখিগে। গাড়ীনি হায়বু নঙ থেঙলনি।

রাজেন ঃ- ইচে অমুক্তা ঙাইবীখো। সে ফজবীনদি লৌ হায়বা য়াগদবা মান্দে। ইচেনা অঙাংগী চাগদবা শঙ্গোম্বু ওইরবসু খরা লৈবীয়ু। লুপা ৫০০ খকসিদা থমজরমগে।

চান্দনী ঃ- ঙসাইনা কোক ইবোক্তরা পীরম্বা য়াদ্রো। করিগী লৌহৌরিনো অমুক হায়বীরক্তননে। ফরে, ফরে। ঐনা ফনবা শীনবীরগে। চৎলো চৎলো।

(যন্ত্রনা মরক শমখিবা)

# মঙাশুবা উৎপা

(ইবোচৌবা ফিংনা হল্লকই। শাউরংননা চান্দনী কৌই।)

ইবোচৌবা ঃ- হে, নখোয়বু কদায়দা লৈগে। চান্দনী! নঙবু তারবরো?

চান্দনী ঃ- ও, করি হায়গে। হেক লাকপগা য়ূম মৈ চাকপগা চপ মান্নে। কৈদৌরগে।

ইবোচৌবা ঃ- ইমা কদায়দা চৎখ্রে। ফজবী কদায়দা চৎকনি হায়রম্মী।

চান্দনী ঃ- কৈদৌরগে। ইবোক্না অঙাং পোরগা কনানো উনরুনি হায়রম্বনি। অদুগা নচল ইবেম্মদি ঐখোয়দা সে মাই হায়বীরমপোত্তে। ঙসাই চাকচা তোকপদগী মখূৎ হাল্লগা অদুম থোকখিবনি। খঙজ লাকচদে।

ইবোচৌবা ঃ- লাকখিসনু মদু। মী উশিত্তবা শারদনা।

চান্দনী ঃ- অদু কৈদৌরগে হায়বা?

ইবোচৌবা ঃ- ও, ওটোরিক্সো তোংলগা মমাঙ লোমদা কুমখি হায়নে। করিনো মানা চৎনীংবদা চৎ, কোয়নীংবদা কোয়। মসি নুপা ময়ূমদা পরপ পরপ থিন্দোকহৌদ্রবদি লোইনা চোপ্লদৌরি।

চান্দনী ঃ- অদুগী ওইরে। অদুদি ব্রাৎলি। হৌবদা ঙাইরি। পাউদবু পীবীরকইদু ফরবনি। মীৎমক্না উগদবা কুইদ্রে। ব্রা অমা থুনা খন্নহৌসি।

ইবোচৌবা ঃ- মানা লম হেনবা য়াব্রা? ব্রারকপা তাবনি।

চান্দনী ঃ- ও,মদু লায়রি। মহাক লাক্লবনিনা খৎন-চৈনদ্রিঙৈদা চাকখুম তোঙানবদু ফরবরা হায়বা। মাগী মতৌসি ঐগা খৎনরক্কদ্রা খল্লিকো। লৈশারিঙৈগী নচল নুপীদু নত্ত্রেকো। ব্রারৌগদবগীদা তৌখ্রে।

ইবোচৌবা ঃ- করিনো নঙনা অমুক লোনশিল্লক্লিবা অসিনা। ইতোমতা পিবা য়াওবদা মীনা করি হায়ননী। ববা, ইমানা ব্রারৌগদবা ব্রানি মদু।

চান্দনী ঃ- লৈকায়গী ব্রা করিশু দরকার লৈতেসে। অঙাং নুবীসু য়াওগদৌরে। ঐখোয়বু করিশু তুংগী শেমহৌরগুমসি হায়ব্রাও। ববা ইমাদি ব্রারৌরোই কৈশু। তলব চাবসু নত্তবা, নঙনা তোঙান চারগে হায়বদি মখোয়দি হরাউদুম হরাউগনি। অহল অসিনা পুশিল্লক্লগা

চাবা ঐদি ইকাইরেকো।

ইবোচৌবা ঃ- মদুবুদি চুম্মীনে। ঐ মদু হৌদোকপা ঙম্লোয়কো। ব্রা লান অমা থোক্লবা মতমদা খন্নবা তাবনি।

চান্দনী ঃ- মোই তামোনা হৌদোকপা ঙমদ্রগা ঐনা হৌদোকপা তারেদনা। খৎনরগা খায়দোকপবুদি ফজনা চানহৌবনা ফৈকো। মৌ ফত্তবী তারগা চাবদুদি ইনশাং হাউগদবা মান্দেকো।

(মতাংসিদা মপাবুং কুমারজিৎ অফিসতগী হল্লকই । ঙা অমা য়ান্দুনা চঙলকই।)

কুমারজিৎ ঃ- কনা অমত্তা লৈতবরা? ঙা মচা অমখক লৈরকই। লৌশিল্লু লাউহে।

চান্দনী ঃ- য়ানি ইকুবোক, ঐ লৌশিনজগে।

কুমারজিৎ ঃ- নবোকখোয় নচলনুপীখোয় কদায় চৎখ্রে অমত্তা উদবসিবু।

চান্দনী ঃ- চৎথোকখিমাল্লে। হন্নরক্লনিদা।

কুমারজিৎ ঃ- ইবোচৌবদি লৈব্রা? লৈরদি অমুক্তা থোরকউ হায়য়ু।

চান্দনী ঃ- কাদা লৈবনি। হায়জগে।

(চান্দনী চঙখি। ইবোচৌবা থোক্লকই।)

ইবোচৌবা - ববা! করি হায়গে।

কুমারজিৎ ঃ- ফম্মু ফম্মু, ব্রা অমা খন্নসি। নচলনুপী লৈত্রিঙৈসিদা মাগী ব্রা অমা খন্নসি। কমদৌসি হায়বা। চৎলু য়াদ্রে। নঙ ঐনা নমদুনা থিনদোক্লুসি হায়রা আদসু লৈফম খঙলোইদো।

ইবোচৌবা ঃ- কোক থিন্দোক্লুরসিদা ববা! সিদা সুম লৈরগা মীৎ নাবা থবক তৌরক্কদৌরি। মচা লৈরিবনিনা কায়নহনবসু ফত্তেদা।

কুমারজিৎ ঃ- মদুবুদি চুমখ্রবপোৎনিনে। অদুদা শিরগেমখৈ য়াদ্রিসিনি। সিদগী হেন্না ঐনা হায়নীংঙাই লৈত্রে। পুক্সিগী মফমদুদা অমুক খোঙ থাংজিল্লরোই হায়রি। মা সুম লৈরনি মহায়খ্রে। করিগীনো মরম হায়য়ু হায়বসু য়াদে। লুপা লিশীং মঙা পীয়ু হায়রি।

ইবোচৌবা ঃ- মানা হায়বদা য়ারবদি ববা অফবা শুকওই ওইররোই। কৈনো অমা তৌদৌরিবা অঙাংনি। রাজেন্না তাম্থোক্লকপসু নত্তনা। ঙসিসু ঔটো তোংলগা মমাংলোমদা কুমথখি হায়রি।

কুমারজিৎ ঃ- অদুসু মশানা য়াদনা কমদৌনা শা শল চিংবদৌনা পুবদি য়াব্রদো। অদু মানা মচৎলু ময়াদ্রবদি কমদৌনি। নঙ ঐগী মথক্তা তারেদনা। মাগীসু করিনো খরা তম্বীরগে খল্লে ঐনা। মসিদা নঙগী ব্রা অমত্তংদি তানীংঙে ইপানা।(চান্দনী থোক্লকই)

চান্দনী ঃ- ইকুবোক মাগী অতাবী অমা খঙদনা করিমতা তম্বীদবনা ফৈদা। তুংদা য়াম্না কায়রক্কনি।

ইবোচৌবা ঃ- হায়গুম্মদনা ববা! হৌজিকমক মাগী করিশু তম্বীদবনা ফৈদা। মাগী ঐ লৈরি কৈনো। মচিঞ্জাক থাকপীরগা লোইরে। নহানিনা ময়ূম অমুক পানখ্রো। লোইনা কাং খোং চাইরনি।

কুমারজিৎ ঃ- য়াই নখোয়না হায়রিদুসু। অদুবু ঐদি মপা কৌবনিনা মাগী খরদি তম্বীরগে খল্লে। হৌজিকমক নামা ওন্দুনা মঙোন্দা পীগে হায়বা নত্তেদা। মসিদা নখোয় নবুক নাগনু। মী হায়বসি অশিবা মচানি। হয়েং মানা মমীত্তা মপি তাহৌবদু ঐগী ইথক্তা শোয়দনা তাগনি।

চান্দনী ঃ- ফরে ইকুবোক। নাখৈ শেংবদু ঐখোয়সু পামজরে। ঐখোয়সু ঐখোয়গী খঙজহৌরগে। চাকখুমসু তোঙানজরগে। হয়েং অঙাং নুবী মশেল খৎনরক্কনি। মমা মমা লাউনরক্কনি। মদু ঐখোয়সু পামজদে। নাখৈ অমা শেংনা লৈনবনা নুংশিনবা হেনগনি ইকুবোক।

কুমারজিৎ ঃ- ঐনা হৌদোক্লুরিসিদি হিগায়ব্রা তারেদনা। ঐনা ব্রা খঙমন্দবা তারম্লেদনা।

ইবোচৌবা ঃ- মাগী ব্রাসি লৌবীরুনুদা ববা! চান্দনী, নঙনা ঙাঙলিবদু করিনো।

কুমারজিৎ ঃ- ইবোচৌবা। ইপা লোইনা খঙলে। ইপানা ফনবা শীনগনি। নঙসু নচলসু ইচা ঙাক্তনি। ঐদি নুপা নুপী খায়রম্লরোই। মাগীসু খরদংদি তম্বীরগে লেপ্লে। নচলসু লাক্লে।

(মতাংসিদা ফজবী চঙলকই। ইমুংদা চঙখি।)

ইবোচৌবা ঃ- ফজবী! নঙ কদায়দা চৎলুই।

ফজবী ঃ- কৈসু চত্তে। ঐবু কৈদৌরবগে?

ইবোচৌবা ঃ- কৈসু চত্তেকা হায়দনা। নঙ মাঙলগদবনি কো।

কুমারজিৎ ঃ- ঙাইখো ইবোচৌবা। তপ্না ঙাঙনরগা লোইরে।

ইবোচৌবা ঃ- ববাগা ইমাগনা হিকথোংবদা অঙাংসি মাঙলদৌনি।

চান্দনী ঃ- খিৎ তুমিন লৈবীরোবা। ইবোকসু লাক্লে।

(মমা মনিতোম্বী চঙলকই অঙাং পোরদুনা)

মনিতোম্বী ঃ- করিনো মাঙ্গোলদা লোইনা পৈদুনা লৈনরিসিনা।

কুমারজিৎ ঃ- নঙবু ওক্কে হায়দুনা ঙাইরম্লিবনিদা।

মনিতোম্বী ঃ- খিৎ করেম কথাইনবীরনুদা। ঐদি খৎন-চৈনরবোই নীংলুরে।

কুমারজিৎ ঃ- ঙা অমা লৈরকপনি। মদু হাউনা থোংঙু। অদুগা ঐখোয় পুন্না হাউনা চামিন্নরগা ব্রা খরা খন্নদবা য়াদ্রে। ঐ ফি হোংগে। ঙাইহাক্তং ব্রাকিং চৎলুখিগে। ইবোচৌবা নঙসু চৎকদবা চৎলুরো। চাক্তি চামিন্নদবা য়াদবনিহে ঙসিদি।

ইবোচৌবা ঃ- মদুগী ব্রাদু ববা খন্নবা ঐ য়াওজরোইদা। ববাগা ইমাগনা ফৈ হায়বদু অদুম তৌবিয়ু। ঐগী ব্রাসু লৌবীগদবা মান্দ্রে।

মনিতোম্বী ঃ- করিনো ঙাঙনরিসিবু। করি ব্রানো খন্নবা হায়রিসিনা। ঐবু ভাব অমা ইতা-তাদ্রে।

চান্দনী ঃ- ও ইবোক। ইকুবোক্লা ফজবীগী করিনো খরা তোঙান্না তম্বীরগে হায়রিবা।

মনিতোম্বী ঃ- হেরা মদুগী ব্রা ওইরে। কোন্না তপ্না ঈংনা খন্নরগা লোইরদুবু। মখোয় মপাগী প্রোক প্রোক চাকপীসিদনিসে ব্রা কায়রিসি।

কুমারজিৎ ঃ- করিনো? ঐনা চাকপগী ব্রা নত্তেনে। খন্নবা করি কায়। খন্নবা তপ্পদগী খৎনবনা হাল্লক্লবদি ঐবু ফত্তে হায়নুকো। ঐনা হায়রিসিনি। ঐখোয় ফজ-ফজনা ব্রা পুন্নমক খন্নসি। খৎনবদি ঐ শুকপাম পামদে।

(যন্ত্রনা মরক শমখি)

# তরুশুবা উৎপা

(কুমারজিৎগী ইমুং মহী লাঙবা হৌরে। চান্দনী, ফজবী ৱা লান ইঙাঙ ঙাঙনদ্রে। ফজবী মাগী অনীংবা অদুমা অদুম তৌদুনা লৈ। মাগী নিংঙোল কা ইনৌ নৌনা শেমগৎলি। কাদগী ঙসিদি ইহেন হেন্দোক্তে। মমানা কৌদুনা চঙলকই।)

মনিতোম্বী ঃ- ফজবী! ইবেম্মা! কৈদৌরিবা নঙনা কাদুদা। (চঙলকপা) কা শেল্লিবা হায়দুরা? শেম্মু শেম্মু। ইচাগী কাসিদা হেক চঙলকপসিদি ঈংখ্রেদা। পূক্লিং ৱাখল নুংঙাইবা হায়বসিদি লৈফমগী মখাসু পোনবনি।

ফজবী ঃ- শেম্মীবা হায়দুনি ইমা। করিগীনো খঙদে কাসিসু মহৌশা নত্রে। মহৌশাদি কাসিদা হেক লৈবদা ৱাখলসি ঈংলম্বনি। অদুবু ঙসিদি কাসিনা ঐবু শান্তি পীবা ইঙম ঙমদ্রে, ইমা।

মনিতোম্বী ঃ- কৈনোদা নঙনা পঙখল খল্লুবদুদা তৌরিনি। ঐখোয়দি নঙগী কাসিদা হেক চঙলকপদা থম্মোয়সি ঈংখ্রে।

ফজবী ঃ- খঙদে ইমা! ঐগী থম্মোয়সি কৈদৌরবনো খঙদে। লৈশারিঙৈ মতমদা ইনীং তৌনা কাসিদা লৈজবদু ওম্থোক্না নুংঙাইখ্রবনি। ৱানা স্কুলবু চৎলুরবসু, থবক অমবু চৎলুরবসু ঐগী কাসি য়ৌনীংবনা লোইখিবনি। মীগী ইমুংদুদা ৱাখল হেক নুংঙাইরক্তবদা ঐগী কাসি হেক্তা নীংশিংলকই। হঙ্গাম মপালগী লমদমসি কাউবা শুকঙম ঙমদে।

মনিতোম্বী ঃ- হৌজিকসু অদু মঙাই ইচাসিদি। নথম্মোয়দু খরা য়াংথোকউ। করি করি পঙখন্দা খল্লবদি নঙ ৱারনি। নঙগী করি ৱাৎকনি। নপানা নঙগী লৌ-শীং খরা থুংলনি হায়বনি।

ফজবী ঃ- মদু কল্লক্তে ঐ ইমা। নখোয়না ঐবু ফনা নুংঙাইনা থম্বীরবসু মহৌশাগী প্রেম অদুদি ইৱাৎ ৱাৎপগুম তৌই। খঙদে, ইমা! ঐ লম্মাংনরবা মীশক অমগুম থম্মোয়সি তনীক তনীকই। ঐগী ফমুংসি ঙসিদি মৈথক্তা হিপ্পগা চপ মান্নখ্রে। ঐগীদি করিশু ৱাদ্রে। অদুবু নিংঙোল ওইবী কয়াগী পুন্সিগী খল্লুবদা ঐ কপ্লি, ইমা।

নিংঙোলগী মপোকসি ওঙ্খোক্লা নুংশিরকখ্রে। তোনখ্রবা জাংনি।

মনিতোম্বী ঃ- ইমাগী ইবেম্মা! করিনো নঙ থম্মোয় য়াম্না পিকথরেনা। নপা লৈরি, ঐ শিদ্রি। ইচাগী করি ব্রাৎকনি।

ফজবী ঃ- খঙদে ইমা! ঐ পেন্না কপ্লিংঙি। অদুবু নিংঙোলনা মপামদা পি তাহৈদে হায়নৈ। অদুনা ঐ কপ্লরোই ইমা। অদুবু ঙসিদি ইমাদা ঐগী অরেপ্পা ব্রাখল অমা হায়রগে। ঐ কৈদৌঙৈদা অমুক য়ূম পাল্লরোই। ঐ অতোনবী হায়বা মিংদু য়াম্না পামজদে ইমা। নিংঙোল পূম্নমক্কীদমক ঐ লেপ্পবনি। নুপানা তৌরিমখে য়াবা, নুপীনা তৌরগনা তিনশিংনবা, সমাজগী চৎনবী কয়াসিবু ঐ তুক্কচৈ। শেমদোক্কদবা চৎনবী য়াম্না লৈরে ঐখোয়গী সমাজসি।

মনিতোম্বী ঃ- খিৎ তুমিন্না লৈরোসে। নঙ ঐনা মদুদা কৈদৌরুনি। নঙ ব্রাখল চাউখৎলু। নচা পিক্লিকো।

ফজবী ঃ- ফরে ইমা! ঐ ঙহাক্তা ঈংনা লৈজগে। ইতোমতা লৈরগা নুংঙাইবা অমা তৌরি।

চান্দনী ঃ- ইবোক! সে নহাল রাজেন্না মচাগী করি করি লৈবীয়ু হায়দুনা পীরম্বনি। লুপা চামঙাখক্লি।

ফজবী ঃ- ইনম্মা! করিগী লৌবীহৌরিবনো। মদুগী পৈশাদু ঐ শিজিন্ননীংদে। মচাগী মরাইবক্তি নরক্তা চিংথবা ঙম্লগা করিগী মচা নুংশিবা শারম্মিবনো?

চান্দনী ঃ- করিনোদা। মপানা মচাবু নুংশিদুনা পীরম্ববু হেক লৌহৌদবা য়াব্রা? সে ইবোক! ইবোক্লা থোকপা তৌবীরো।

মনিতোম্বী ঃ- হোই হোই। কদায় পীরম্লবনিনা লংথোক্লুবা য়াব্রা? ইশূগী করিনো অমা লৈবীবা হায়দুনি। (চান্দনী থোকখি)

ফজবী ঃ- ইমা! মদুগী পৈশাদু কায়থোকপীগনু। ঐ মদু ইচাগী শিজিন্নরোই। ইচাগীদি ঐ লৈরি। মীনাই ওইরবসু মী ওইনবা শেমগনি। অদুগা ইমা! ঙরাং ববানা চাক চারিঙৈদা হৌদোক্লিবা ব্রাফমদু ঐ পামদেকো। ঐগী করিশু তম্বীগনু, ঐ করিশু পামজদে। মদুদগী দদাগা ইনম্মাগা মথ্বায় নুংঙাইতে। ঐগী ইরাল ওইহনবীগনুকো ইমা।

মনিতোম্বী ঃ- করিনোহে। নিংঙোলনি হায়দনা লংথোকপা য়াব্রা। নঙদি ইচা নত্ত্রা? নঙদি নুংশিৎ ফাদুনা চাহৌগদ্রা?

ফজবী ঃ- ঐ নুংশিননা লৈবা পাম্মী ইমা। থম্মোয়দা পোম্নরগা লৈনবদু ঐ পামজদেকো।

(মতাংদুদা চান্দনী মপান্দগী ঙাঙ ঙাঙদুনা চঙলকই)

চান্দনী ঃ- মাইদা, অমুকসু ইরুজরুখিবা তারি। অঙাংগী অমাংবসি নেৎলুরেদনা। ফজবী! কৈদৌগে ইবেম্মা! অদুম উংদুনা লৈগদবগী শরুক অঙাংগীসি খরা শেংদোকপা য়াদ্রা? মরোয় হেকপা চৎপদা নেৎলুরে। অনীরক ঈরুজবা তারেদনা।

মনিতোম্বী ঃ- ইহে, ঐনা শেংগে হায়দুনা য়োৎ পায়রম্লবনি। অমমুক তৌরিঙে, অমমুক তৌরিঙে কাউরম্লেদনা। অমুক্তা শেংদোক্লুখিগেসে।

(ঙাঙ ঙাঙদুনা থোকখিবা)

চান্দনী ঃ- করিগী ইবোক্তা সুম ঙাইগদৌনো। মমা নত্ত্রা মাবু। কোক কোৎলগা লংথোকখ্রগা লোইরবসিবু।

ফজবী ঃ- ইনম্মা! ৱাদু তাব য়াদ্রেকো। করিশু নত্তবদুদা।

চান্দনী ঃ- করিনো তাবা য়াদবা হায়বদি। তাব নুংঙাইনবা ঙাঙবা হৈজদ্রবা অদুননি।

ফজবী ঃ- ঐ খুম্নিংঙকইকো ইনম্মা। তোকপীরো কৈদৌগে।

চান্দনী ঃ- নঙনা তোকউ হায়রগা হেক্তা তোকদ্রো? নঙগী নতৌবু হায়বীরগা।

ফজবী ঃ- ইনম্মা! ঐগী ইতৌনা ইনম্মাগী করি তৌরগে। অদুম্না ৱাসি খৎনফম থিবা মাল্লিকো।

চান্দনী ঃ- ঐদি নঙ খৎনরগা করি তোংজবা ফংদৌরিবা। ইবেম্মা ঐ নঙবু ঙাঙনবা ঙমজপোৎ নত্তে। নিংঙোল য়ূমগায়বী ওইনা তৌরদনা।

ফজবী ঃ- ইনম্মা ঐ খাঙবা ঙম্লক্লেকো। ইনম্মনা তোঙান চানীংঙগা ঐবু বদনাম পীরমগে হোৎনরিবা নত্ত্রা।

চান্দনী ঃ- তোঙান চানীংঙে চাগনি। চানীংদ্রে তোক্কনি। অঙাং নঙনা ইথক্তা ৱা ঙাঙবা নতীক্লা। হে, নিংঙোল য়ূমগায়বী! আদা চন্নদদনা লাক্লগা সিদসু অমুক চওৎলাই শাবীরিবরা?

ফজবী ঃ- ইনম্মা! ৱাদু খূৎ য়াওনরক্কনিকো। ঐনা ইনম্মনি হায়দুনা হনবনিকো।

চান্দনী ঃ- করি খূৎ য়াওনবকা হায়দি। ঐবু ফূগে হায়ৱাও? লাউনে। নুপী নঙ মী য়াম্না উশিত্রেনা। ফৈ, ফৈ, নঙগী নবুং লাক্লগা নঙ খঙগনিদনা। খঙনেবা।

ফজবী ঃ- হংগী লাই অদুদি মপুনা হায়বা য়াবনি। ইবুংদু শুম্মু হায়সি ঙাইরে।

চান্দনী ঃ- করি লৈরম্মু নঙ ঙসি।

(চান্দনী চঙশিল্লক্লুনা খৎনগে তৌবা)

(মতাংদুদা মনিতোম্বী চেনশিল্লক্লুনা খাম্বা)

মনিতোম্বী ঃ- ও! করিনো। অমুক তৌনরিসিনা। ঙাইখো হায়মি। ইচাশা! ইমৌশা! করিশু নত্তবা ৱা অসিদা চিখৎ তান্নদুনা তৌরিসিবু নখোয়বু ইকায়দ্রা হায়নি।

(মতাংসিদা কুমারজিৎ চঙলকপা। ঈংথনখিবা)

কুমারজিৎ ঃ- করিনো? করি অমুক তৌনরে? ইমুংসি নুংঙাইরেনে। হা! শান্তি ওন্থোক্লা লৈরেদা। তুমিন্না অমুক্তা লৈয়ুকো। ঐনা পামদবা ঙাক্তা তৌনরক্লবনিনা ঐ তুমিন্না লৈবা অমুক চুম্মরোই। অদুনা ঐনা শোয়দনা ৱায়েল্লগনি। অদুনা নুমিৎ অদুফাওবদি নখোয় অমত্তা লাংলকপা য়ারোইকো।(মথন্তা) উম! নিংঙোলগা মৌগা নুংশিননা লৈমিন্নবা ইমুং অদু ঐ অমুক্তা লৈনীংখ্রেদা। ৱারী ওইরম্বা ৱাফম অদুনা ঐগী ইমুংদা থোক্লরবকো। হৌজিক্তি ঐগী য়ারক্তা তারেদো। নহালনা ঐনা তপ্না খন্নসি হায়বদু নখোয়না য়াদেদো। হৌজিক্তি খৎনবনা হাল্লে। করি ফজৈ। লৈকায়না হায়নরিবনি। ঈংনা চিক্লা পাল্লি হায়দুনা। হৌজিক্তি কুম্মৈ ওইনা য়েংনবা হৌরেদো।

(যন্ত্রনা মরক শমথখি)

## তরেৎশুবা উৎপা

(নুমিদাংনি। তূমিন তূমিন তূম্নখ্রে। ঙসিদি কুমারজিৎকী ইমুং অসি চেক মোক লাউখিদ্রে। চাকসু ফজবীদি চাবা য়াওখিদ্রে। মসিদা হেক ব্রাজরিবনা মপাগা মমাগনি। অহীং চুপ্পা অহল অনীদু তূম্বা যাদ্রে। ব্বারী তপ্পা তপ্পা শান্নরি।)

কুমারজিৎ ঃ- ঙম্লা তূম্নখ্রমাল্লে। মমা! করিগীনো ইচা ফজবীনা চাক চানীংদ্রে হায়বদি। থেমদুনা খরা পীজবদি য়াদ্রা?

মনিতোম্বী ঃ- খঙদ্রে। ফনা হৌদোকপনি। চাররোই চানীংদ্রে হায়রে। মশা পায়দুনা য়েংবদি শাবা খোৎপদি তৌদে। অঙাঙদুদি ঐনা পুথোক্কুনা চাক ইনবীখ্রবনি। খোমজীংলিবা মানা চরা হেনবদি ফত্তবনি। খঙদ্রে, করি লাই চঙখ্রবনো ইমুংসি। মনিল নাইরে।

কুমারজিৎ ঃ- সুম্না তৌবা ইমুং নত্তেদকো। ঐনা নঙোন্দা হায়খিদ্রা? মৌগা নিংঙোলগা তিন্নবা য়ারোই হায়দনা। অদুবু ঐনা খৎনদনবা শিল্লগনি হয়েংদি। মাগী মাগী অপাম্বা খঙদোক্লনি।

মনিতোম্বী ঃ- ঐ থব্রায়সি নুংঙাইতে। (কপই) ইচা ফজবীনা সুৎ সুৎ কপ্পুনতা লৈখ্রে। মথম্মোয় পেনখিদ্রমাল্লে ।

কুমারজিৎ ঃ- ইচাসি মরিল য়াম্না খাবনি। মানবু য়াররোই খনখ্রবদি শিবা ঙমগদবা নুপীনি। অদুবু, মমা, থেম্মু। পিবানা কনানো? নিংঙোলনা কনানো, নঙ ঐগীদি মখোয় অনীনা লোইরেদো। ঐনা মবুংসু থেমগনিদা।

মনিতোম্বী ঃ- কদায়দগী হৌনরক্লিবা লান্নো খঙদ্রে। মৌসু লাই অমা য়াওখ্রে। পূম্নমকসি মোই পাবুংনা ইচানুপীগী লন থুম শরুক থুংলনি হেক হায়রুবদগী হৌনরক্লিবনি। খরা তপ্পা ফোঙদোক্লসু ফগদবা।

কুমারজিৎ ঃ- মদু য়াদেনে মমা! ঐগীদি মপা অমা ওইবগী ইথৌ তৌরমদবা য়াদেনে। মসিদা করি শাউনীংঙাই লৈবগেনে। নুপীবু মমা মপাগী করিমতা ফংবা য়াদ্রবরনে। মসিদা মৌনা শাউফম করি লৈ। মবুংনা করি পূকখা লিনখা থাফম থোকপগেনে। ঐনা তুমিন্না তৌবরা? মখোয়দা তান্নরিদনা। হৌজিক্তি শাউগেমখৈ শাউরসনু ইচা ফজবীগী শরুক

খরদি তশেংনা তম্বীরনি। মানা চাওথোক্লবা হোৎনজরসনু। মচা অসিমা য়াওরিবনিনা মাসু ব্রাহৌদৌরিবনিনে।

মনিতোম্বী ঃ- নঙ ঐনা খল্লিবসিদি মখোয়না খল্লু হায়বদি করম্না য়াগনি। মরক্তা লৈবা ব্রাদৌরি।

কুমারজিৎ ঃ- কমদৌনি য়াদ য়াদ্রগনা পিবানা তোঙান চাখিবা তারেদনা। নুপী মচা অসিদি নঙ ঐনা কোন্দনা করম্না তোঙান চাও হায়রুনি।

মনিতোম্বী ঃ- মদুসু নুংঙাইতেদা। ইমুংনেদনা মী য়াম্বসু নত্তবা। খাইবুং খাইবুং নুংঙাইবা হৌনদেদা। নঙ ঐনা শিদ্রিমখৈদি অমত্তা ওইনা থম্নবা হোৎনসি।

কুমারজিৎ ঃ- ফরে। তূম্নবা তৌরসি। মতমসি থেঙখ্রে। নোং ঙানগদবা কুইরম্লরোই। হয়েং খন্নবা হায়দুনি। অদুবু তূম্বা য়াগদবা মান্দ্রে। ব্রাখলসি কদায় কদায়দগীনো লোইনা পূল্লরে।

মনিতোম্বী ঃ- মোই পাবুং অমুক নারক্কুনা তোক্কনি। তূম্বা থেম্বিয়ু। ইচা চাউরগা পোখাগনি, নুংঙাইগনি খনখিবা ময়ামদুদি মঙলান ওইনা মাঙলেদনা। মী ওইনা পোক্লমদবনবু ফরম্বা জাৎনি।

কুমারজিৎ ঃ- কমদৌনি। নহাল মপোক্তা কর্ম ফৎলক্তদুনা নঙ ঐনা হন্দক মপোক্তা ফংলরিবনি।

মনিতোম্বী ঃ- হোয়, হোয়, মদুদা তারে। শিবা ঙাইনা পানবা হায়দুনি।

(যন্ত্রনা মরক শমথখি।অসোমদা ইবোচৌবগা চান্দনীগসু ব্রারী লোন্না শানরি)

চান্দনী ঃ- ঐ চৎখ্রগে। ইপামদা মতম খরা লৈরুবনা ফগনি খল্লে। ইমুংসিদা ঐনা ফত্তবী হায়বদু ওইরে। ঐ য়াম্না পেন্দ্রে।

ইবোচৌবা ঃ- করিগী নঙনা চৎকনি। নঙনা চৎখ্রবদি নঙনা অদুম লানবা তাবা। পূম্নমকসি ববাগা ইমাগনা থোকহল্লিবা ঙাক্তনি। নিংঙোলগী শরুক তম্লনি হায়রিবসিবু ঐখোয়বু থাজদবগী ব্রা নত্ত্রা। অদুনা ঐ তৌগে য়েংঙু।

চান্দনী ঃ- করিনো নঙনা তৌগদৌরিববু। নঙগী মিংদা লৌ ফৈদোম অমা লৈবসু নত্তে। অহল অনীনা পীবীরগা ফংবা পীবীদ্রগা তোকপা তাবা।

ইবোচৌবা ঃ- অদু হেক্তা য়াব্রনে। অহল মখোয়না ভাব তাদ্রবদি মখোয়সু শিরমদাইদা ব্লাজবা তাবা। হয়েং অমুক ঙাঙনগনি। মদুদা য়াদ্রবদি তোঙান চাবা শোয়দ্রবনি। মখোয়দগী লংলা অমা ঐ শোক্লোই। নঙগী মীচঙ চঙঙি হায়খিনি হায়দুনা ঐনা তুমিন লৈবসিদা ঐবু করিমত্তা ওইনা উদ্রমাল্লে।

চান্দনী ঃ- ঐদি নহান্না হায়জৈনা। খৎনদ্রিঙৈদা তোঙান চাহৌরসি হায়না। নুপী ব্রানি হায়দুনা লৌবিদেদো। হৌজিক্তি ঐগী য়ারক্তা তারেদনা।

ইবোচৌবা ঃ- মীনা ব্রা মথক থংখিবা ঐ পামদে। অদুননি। হৌজিক্তি ঐখোয় করিসু লাম্দ্রে। লৈকায়না লোইনা উরেদনা। ঐখোয়সু মীনিদা। হেক্তা শিগদ্রনে।

চান্দনী ঃ- মোই তামোনা ফনবা থুনা শীনবীরোকো। ঐদি নচল নুপীসিগা লৈমিন্নবা শুকঙম ঙমজররোই হায়রিসিনি। ইমাইপেম্মা, চীন্দোন লৈতোন্না ফরিবা। কিবু কিজৈনে।

ইবোচৌবা ঃ- ঐখোয়বু মবুংনি, মনম্মনি খঞ্জদ্রগা মাঙজরেদনা। মানা তৌনিংবতা তৌরসনু। শা থোক্লা চৎকে চৎলসনু। শুকঙাঙ হেক ঙাঙবীদ্রগা লোইরে।

চান্দনী ঃ- অদো হেক পূল্লিখৈদি ঙাঙনীংদে হায়দুনা খক য়ারক্লোই। ঐখোয়সু মীৎ পাল্লিবনিনা, না পাল্লিবনিনা উরক্কনিদো, তারক্কনিদো। অফ-নুংঙাইদি খনবীকুরনু। রাজেন্না করিসু হায়বা নত্তে। মানা মনীং তম্লিংমন্দুনা হেক্তা হৌগত্তুনা লাক্লিবনি। নুপীনা নুপা মশীং য়ান্নগা করি ফজে হাযদনা।

ইবোচৌবা ঃ- ফরেসে, তূম্লসি। হয়েং ঐ তৌগে। খোয়দৌসি সুম শাউগৎলক্কদৌরি। অতাবী অমা ঙাঙনরগে। নঙ তাও। য়েৎলক্কনু। নঙনা ঙাঙবদা ঐনা তোংসিনবা মানখিনি।

চান্দনী ঃ- ঙাঙজরক্লোইদা। শুকঙাঙ হেক ঙাঙজরোই। মোই তামোনা যাগে য়াউ, য়ারোই তোকপীযু, ঐদি হয়েংদগী তোঙান চারনি হায়জরিসিনি। য়াবিদ্রবদি ঐদি ইপামদা চৎচখিনি।

ইবোচৌবা ঃ- ফরেসে, তূম্লসি।

(যন্ত্রনা মখা শমথখি)

# নিপানশুবা উৎপা

(নোং ঙাল্লে। ইমুংদু মহৌশা নত্তে। অয়ুক ইরাং লাংবদু ঙসিদি উদে। অয়ুক্কী হৌনবা মথৌ তুমিন তুমিন তৌনৈ। অদুবু ফজবীদি হৌগত্ত্রি। মাগী কা থোঙ হাংদ্রি। মমানা হৌদোকই।)

মনিতোম্বী ঃ- ইবেম্মা! ফজবী! থেঙঙে হৌগৎলোনে।
(খুমদে, অদুবু হৌদোকপা তোক্তে। অঙাং কপ্লকই)
ইবেম্মা! হৌগৎলো, হৌগৎলো, হৌগৎলো। ইশূদু মথী ময়ুং থেমদোকপা থেঙখ্রেনে। চাক ইনবীনবা হোৎনররো।
(খুম্মক্তে, অঙাংদি অদুম কপই)

কুমারজিৎ ঃ- ইবোচৌবদুবু হৌগৎখ্রবা নত্রা? মৌদুনা ঈরু মাইথজখ্রবরা? চা খজিক্তা থকসিনে।

মনিতোম্বী ঃ- ও হোৎনখ্রে, হোৎনখ্রে। ঙহাক্তা ফম্মেন্দুদা ফম্লগা অমুক্তা পোত্থাবিখোসে। পুথোকহল্লক্লগে।

কুমারজিৎ ঃ- ঐবুদি ফম্মবনিনে। ইবোচৌবদু মাগী থবক লোইরদি ঙহাক্তা লাকউ হায়য়ু।

চান্দনী ঃ- ইকুবোক! চা সিদা লৈজরে। চানবসু প্রেটসিদা সুম থমজরগে।
(চা, চানবা থম্মী)

কুমারজিৎ ঃ- য়াবে, যারে। ইবোচৌবদু চা থকমিন্নসি লাউ হায়য়ু।

চান্দনী ঃ- হোই, হায়জগে। আদা পুখ্রিদগীবু কারক্লে।

ইবোচৌবা ঃ- অহম! ববা! ঐবু কৌবীব্রা?

কুমারজিৎ ঃ- লাউ, লাউ, ঙহাক ফমিন্নসি লাউ।

চান্দনী ঃ- মোই তামোগী চাসু সিদা লৈরে।
(চা, চানবা থম্মী। চান্দনী চঙখি)

কুমারজিৎ ঃ- ইবোচৌবা! ইপা ব্রা হায়গে। ঙরাংসি মৌগা নচলগা ব্রাহৈ খরা হায়নখ্রমাল্লে। অদুনা ইমুংশি অশাবা নুংশিৎ শিৎলে। নুপাদি নঙ ঐদনিদো। অদুনা অঈংবা নুংশিৎ শিৎহনসিনে।
(চা থকপগী মখোল)

ইবোচৌবা ঃ-ঐদি মসি লুনা লৌজদে। ববা, ৱা হেক ঙাঙনহন্দ্রগা লোইরপোৎনি। ৱা ঙাঙনহন্দনবা শীনবনা ফরনিদা, ববা।

কুমারজিৎ ঃ- অদুদি কমদৌনা। হায়য়ুনে তাসিনে।

ইবোচৌবা ঃ- হেক উনহন্দবা। মাগী মাগী চাকখুমদা হেক লৈহল্লবা।

কুমাবজিৎ ঃ- ইবোচৌবা! (ঙহাক তুমিন্না লৈনৈ। তপ্না মখা তাবকই)
নখোয়গী ৱাসি ফাগী নত্ত্রে। নহালসু মৌনা খবা অমা কাঙথোকখ্রে। অদুনা মৌ নখোয় অনী মুন্না খন্নবগা ঙসি নঙনা ফোঙদোক্লকপনি হায়বা ঐ খঙলে। তাবদা নুংঙাই। অদুবু ইবোচৌবা মদু নত্তনদি উপাই ইবৈমক লৈররোইদ্রা?

ইবোচৌবা ঃ- ববানা পাম্বীবনা করিনো? হেক্তা তাকপীরো। মসি নত্তবদি নুপা ময়ূমদা কোক থিন্দোকখিবা? করিগীনো মাবু সুম থমদৌবিবু।

কুমাবজিৎ ঃ- ঐনা পাম্বদি নচীন নৌপ্পা নখোয হরাউনা পূন্না লৈমিন্নবা। নুপা ময়ূমদা থিনবদি মশানা যাদ্রবদি কমদৌনা থিনগনি। নঙ ঙাঙনবো।

ইবোচৌবা ঃ- মদুদি ববা য়াররোইদবা ৱানিদা। ববাগা ইমাগনা হায়গদবনি। ঐদি মঙোন্দা ৱা ঙাঙজররোই। নত্তগা ঐখোয় তোঙাঞ্জরগে।

মনিতোম্বী ঃ- ইবোচৌবা! নখোয় অনীসে ইমানা হেক পোকচবনিনে। কবম্না খাইবুং খাইবুং লৈনগদগে। মদু হাযগনু।

ইবোচৌবা ঃ- ইমা নুংতিগী খৎনদুনা লৈগদবগী শকুক মদুনা ফরনি। ইমাখোযসু মাথা শাদনবা। পূম্নমক শোযবিবসি ইমাননি। ইমানা থেমদুনা নহালনা থিন্দোকখিবা য়াববনি।

মনিতোম্বী ঃ- লৈমিন্নরবদি খরসু খৎননি, খরসু লাউননি। মদুনা হেক্তা ৱা ওইবা য়াব্রনে। নঙগী নুপীসু থেমজিল্লু। নচল নুপীসু নঙনা ৱাহৈ অমা হায়বদা করিশু হীক্তোক্লোই। কৌবা লাকপদু মশানা শিরেগমখৈ য়াদবদু ঐনা করম্না পীখিনি। নচলনি নঙসু থেম্বা য়াইনা।

ইবোচৌবা ঃ- ইমা ঐদি মঙোন্দদি ৱা ঙাঙলরোই। মাঙগে মাঙসনু। ফৈগে ফৈসনু। চৎলো হায়য়ু। শা থোক্লা চৎলো হায়য়ু। ঔটো তোংদুনা চৎলবনি।

চান্দনী ঃ- ও! ৱাদু কোথমল্লে। ঙাঙবীকনুকো। ঐনা ইনশিল্লি হায়না অমুক হায়বীরক্কনি। ঐদি নঙনা যাদ্রসু তোঙান চাজরনি।

মনিতোম্বী ঃ- চান্দনী! নঙসু য়াওরবা। করি ঙাঙদনি। মবুংনা মচলদা ঙাঙদনা কনাদা ঙাঙলুনি। মচলবু অসুম্না মীতোপকুম খন্নরবদি সংসার অসি পানবা য়াররোই। নঙ য়াম্না তোঙান চানীংঙম্মবোইরে।

ইবোচৌবা ঃ- ফরেসে ইমা! তুমিন্না লৈনরসি। ব্রা য়াম্লগা লৈকায় মমাঙদা ইকায়সে। তৌগদবা অমা কোক তৌরগা লোইরে। নচানুপী থিন্দোকখিবনা ফরবনি, য়াদ্রবনিনা তোঙান চানবা তাবনি।

মনিতোম্বী ঃ- হায়রিসিনি। নখোয় তোঙান চাবা শুকয়া য়ারোই। নমা নপা থাক্লীংদ্রবদি নখোয় মীওইনা পাল্লুবগী করি কান্নরিগে। হায়যুনে। নহাক্লা হেক তোঙান চাখ্রবা, ইমা হায়দনা কৌবীরক্নু। ঐনা শিরবসু নহাক ইমা হায়দনা কপ্লক্কনুকো। ইমাদি লোইরে হায়রিসিনি। নুপী ব্রারক্কেদি হায়দ্রগা মচলবু খন্দোল তৌরিনে।

কুমারজিৎ ঃ- পূম্নমক তুমিন্না লৈরোসে। ঐ ব্রায়েল্লগে। ঐনা মপা কৌবনিনা ব্রায়েনবা তারে। সে, ইবোচৌব! ইপা ব্রা হায়গে। ঐনা ঙাঙগদৌরিবসি পূকখা লিনখা থাবা অমত্তা লৈতনা ঙাঙলিবনি। মসিদা ব্রারৌ পূক্লৌবা লৈবা য়াদে। ঐনা ঙাঙলিবসি মপা অমা ওইননি। মসিদা হেক নবুক নবুক্তা লান্না লৌনরবদি ঐবু হাৎপা পাপ পুজনিকো।

অদুনা ফরে। ইবোচৌবা। নঙ ঙসিদগী চাকখুম তোঙাল্লো। নখোয়না পামবদু ঐনা, নমানা পামদ্রবসু, য়ারবনি। ঐনা হিংলিমখৈদি নচলসি কোন্দবা য়াদ্রে। মহাক্কী হায়ববু ঐ নত্তনা লৈত্রে। নখোয়গীসু ঐনা অদুম য়েংশিল্লক্কনি। অদুবু, ইচাশা! য়াম্না নুংশিননা খাইদোকপদু ঐ পাম্মী। ইমুংসিমগী মনুংদা উনবা য়াদবা ময়াম লৈমিন্নবদুদি ঐ পামদেনে। অদুনা নচলবু নখোয় নতৈ ননাওনা অমুক্তা হরাউ হরাউ কৌবীয়ু। মাবু অমুক্তা নখোয় অনীবু খুরুমহনগে।

হা! মমা, ইচা ফজবী অমুক্তা থেমদুনা পুথোরকউ। মবুংগা মনম্মগদা অমুক্তা ব্যবহার তৌহনসি, মানা অঙাংনি।

মনিতোম্বী ঃ- ইবেম্মা! ফজবী! নঙ অমুক্তা থোরকউ। হৌগৎলব্রা নঙবু।

*(ঙহাক তুমিন্না লৈনৈ, মনিতোম্বী চঙলগা ফজবী থেমদুনা পুথোরকই)*

মনিতোম্বী ঃ- খুরুম্মু, খুরুম্মু। ননম্মদা নঙনা ব্যবহার অমতং তৌফম থোকই।

ফজবী ঃ- ববা! দদা! ইনম্মা! ঐবু অমুক্তা ঙাকপীয়ু। (খুরুম্মী) ঐবু ব্রাহৈ খরদদি ফোঙদোকহনবীয়ু, ববা। ঐ ঙসি অহীং খনবা য়াবা খল্লে। ঐনা ব্রারেপ অমা ইথন্তা লৌজরে। মসিবু মরাইবক থীরবী নিংঙোল অমগী ব্রানি খনবীদুনা য়াবীদবা তৌবীনু।

(কপকে তৌই, খাম্মী)

তশেংনা ঐ লাল্লবনি। ঐনা ইনম্মদা ব্রাহৈ খরা হেন্না হায়খ্রমাল্লে। মদু ঙাইহাক্কী শাউরুবদগীনি। থম্মোয়দা ইনম্মবু নুংঙাইতবা অমত্তা লৈজদে। ঐনা হায়জরিবসিনি।

অদুগা ববা! দদাবু তোঙান পীজবা তৌবীগনু। মীনা নোক্লগনি। পিবা অনী শুবসু নত্তবা, অদুগবু করিগী তোঙান চাগদৌরিবনো? করম্না নিংঙোল ঐনা ইমা ইপা কোনগনি, মসি তৌহৈদবা থবক্নি। দদাগী মফমদসু হায়জরি। ঈরেমখাক্কী নচলনি খনবীদুনা ঐবু নুংশিবীয়ু। বাবা ইমাবু থাদোকপীগনু। অদুগা অমনা, দদানা য়াম্না চিংনরিবা ঐগী লমচৎতো চিংনবীগনু। ঐ ব্রাশক্তুনা হায়জরি। ইমুংগী ইজৎ শোক্কদবা খোঙথাং অমত্তসু ঐ থাংজরোই। ঐদি অমুক হন্না য়ূম পাল্লরোইদবনি। ঐনা চৎলিবসিগী মরম অমা লৈবননি।

অদুগা দদা! ইমা ইপাগী লন থুম, লৌ-শীং, ইংখোল, য়ূম পূন্ন মক দদাগীনি। ঐগী করি অমত্তা য়াওদে। ইমা ইপানা নুংশিবীদুনা পীরবসু ঐদি লৌবা ঙমজরোই। পূন্নমক পিবাগীনি। দদাগীনি।

অদুবু দদা, মচল অমনা মবুং অমদা নীজবা ভিক্ষানি খন্দুনা ব্রাফমসিমতংদি য়াবীদবা তৌবীগনু। দদাগী ওইগদৌরিবা য়ূম অসিগী মনুংদগী নচলনা নিংঙোল কা অসিমতদি ফিগাও শানা নীজগে। মসিদা ঐগী লেমহৌরিবা পুন্সিসি লেনজখ্রগে। ঐদি শিরবসু করিসু কায়দ্রবনি। অদুবু অঙাংসিগী খনদুনা ঐ শিবা ঙমদ্রে। অদুনা কা অসিমতদি নীদবা য়াদ্রে।

অদুনা ববা! ইমা! ঐ ঙসিদগী নিংঙোল কা অসিদা তোঙান্না

ইমা ইচাদা চাজরগনি। ঐ করিশু মতেং লৌজরোই। ঐনা থৌরাং শীনবা লোইজরে। ঐনা ওটো তোংদুনা চৎলিবদু, দদা, মমাঙ কাংজৈবুংদা ওটো থৌবা তম্লুবনি। ওটো অদু ঐনা লৈরবনি। ইমানা ইপানা ঐগী লুহোংবদা পীবীবা সনা লুপা লোইনা ঐগীনি খন্না কায়থোক্লে। ববাদা লুপা লিশীং মঙাদা পাংবিয়ু হায়বদুসু লৌদ্রবসু য়ারনি।

ঐ হয়েংদগী খুল অসিগী অঙাং ময়াম স্কুল চৎনরিবসি থিনবা য়াওরগনি। ঐনা ইমুং ইমুং চত্তুনা হায়জরুবদা অঙাং তরা ফংজরে। থাদা লুপা ১০০০/১৫০০দি ফংজরগনি। অঙাং থিনবা, লৌবগী অহাঙবা মতমদা ফি শাগনি। ইচা য়োকপা ঙম্মবা ঐনা হোৎনজরগনি। (কপ্পা) অদুনা ববা! ইমা! দদা! ঐনা চপচানা লেপ্লবা ৱাখলসে পাঙথোকপদা নখোয়না য়াবিয়ু। মসিসু য়াবিদবা তারবদি অদুগা ঐবু নমদুনা নুপাদুগী মনাক্তা থিনবিনবা হোৎনবিরবদি পিক্লিবা ইচা অসিগা পূন্না ঐ শিখ্রগনি। ঐ কনাদসু অমুক য়েৎলরোই। ঐবু ৱারৌবিরনু। ঐ শিবা ঙম্লগনি।

(ফজবী চেনশিনখি। মাগী কা মনুংদা থোঙ পৌরোন থাদুনা লোনশিনখ্রে )

মনিতোম্বী ঃ- হায় ইবোচৌবা! নচল থোঙ লোনখ্রে। হূ চাদুনা তোক্লরনি। ইবোচৌবা! ইমাগী ইবেম্মা! নঙনা থোঙ করিগী লোনবনো? থোঙ হাংঙো। ইমাগী ইবেম্মা! করিগী লোনবনো? থোঙ হাংঙো।

ইবোচৌবা ঃ- ফজবী! ফজবী! ইবুংগী ইবেম্মা! থোঙ হাংঙো। ঐ য়ারে। ইচলনা হায়বা লোইনা য়ারে। নঙ থোঙ অমুক্তদি হাংঙো। সে। অমুক্তা হাংঙো।

কুমারজিৎ ঃ- ইপাগী ইবেম্মা! ফজবী! নঙনা হায়বদু ইপা য়ারে। নঙ থোঙ হাংঙো।

চান্দনী ঃ- ফজবী! ফজবী! ইনম্মা লাল্লে। ফজবী! ঐ নঙবু শাউবা অমত্তা লৈত্রে। সে থোঙ হাংঙো।

ইবোচৌবা ঃ- ইবুংগী ইবেম্মা! ঐ নঙবু লান্না লৌরুরে। ইচলদি পূকচেল চেৎপীনি। ইচলগী ফিদম নবুং ঐনফাও লৌবা ঙমদ্রি। ঐ নীংঙল্লক্রে। ফজবী! নঙ অরোইবা খোঙথাঙ লৌগনুকো। নঙ থোঙ হাংঙো। সে নঙগী

অপাম্বদু ইবুং করিমত্তা য়েৎলরোই। অমুক্তদি থোঙ হাংঙো।

মনিতোম্বী ঃ- (কপ্লা) ইমাগী ইবেম্মা! পূম্নমক্কী ৱা তাদ্রবসু নঙ ইমাবু নুংশিদ্রবরা? সে থোঙ হাংদোকও। নঙনা অরোইবা খোঙথাঙ হেক লৌগে খল্লম্লবদি নঙ ইমাবু হাৎপা পাপ পুকো। নঙ শিবা য়াদে। ফজবী! ইমাগী ইবেম্মা! ইমাবু হান্না হাৎলমখো (মতাংসিদা ঔটো মখোল তারকপা) ইমাগী ইবেম্মা! নঙগী ঔটো হায়বদু লাক্লে। নঙনা খঞ্জবা ৱাখলদু ইমা য়েৎলোই। থোঙ অমুক্তদি হাংঙো। ইমাগী ইবেম্মা! থোঙ অমুক্তদি হাংঙো। কৈদৌবগে।

(তপ্লা তপ্লা যন্ত্রনা শমথখি ।)

(ফজবী থোঙ হাংখিদ্রে। হোয় মাই করিমত্তা খুল্লকখিদ্রে)

## শরীক্কী মখোল

(অকাশবানীনা তাং ৭/১১/২০০৪ দা লাঙ্থোকখ্রবা)

চঙগদবা মীওইশিংঃ-

| | | |
|---|---|---|
| নুপা ঃ- | ১। বিনাগী মপা | (মীয়ায় চল্লবা) |
| | ২। সুরেন্দ্র | (পাখঙ অমা) |
| | ৩। থোইবা | (পাখঙ অমা) |
| নুপী ঃ- | ১। মৌ অমা (রুহিণী) | (চহী ৪০ রোমগী) |
| | ২। বিনা | (লৈশাবী অমা) |
| | ৩। সুরেন্দ্রগী মমা(যামিনী) | (চহী ৪৫ রোমগী) |
| | ৪। থোই | (নুপীমচা অমা) |

# অহানবা উৎপা

(বিনাখোয়গী ইমুং। বিনা চখোক্তদবগী কেদুনা লৈরম্মী। লৈকোয়গী অঙাং নুপীমচা অমা বিনাখোয়দা পাউখোল লাকই। বিনাবু কৌদুনা চঙলকই।)

থোই ঃ- ইচে বিনা, ইচে বিনা!

বিনা ঃ- থোই! করি হায়গে। ইমানা করি হায়রকই।

থোই ঃ- অদুবুরো। শাবা লোইবা পোৎ করি লৈরগে পুরকউ হায়। হয়েং ইম্ফাল চৎকনি। আদা য়োনবিরক্কে হায়রকই।

বিনা ঃ- থোই! খরদি লৈ। অদুবু ইচে থবক অমা চত্তবা য়াদ্রে। হোরেল নুমিদাংব্রাইরম য়োন্নগা থিল্লক্লুগে হায়য়ু।

থোই ঃ- বন্দ নুমিৎসিদা কদায়দা চত্তোইবা। ঐসু লাক্কে।

বিনা ঃ- ঙসিদি নঙ য়াওবা য়াররোই। য়াম্না লুবা থবক্লি। চত্তবা শুকয়া য়াদ্রবা। হয়েং পুবিরগে। মেলা য়েংঙুসি।

থোই ঃ- খঙঙে, কৈসু। নহালসু পুবিনি হায়রগা পুবিদে।

বিনা ঃ- হয়েংদি শুকশোয় শোয়দনা পুবিরনি। মেলা য়েংফমদা শান্নপোৎকা লৈবীনিদা। ঙসিদি ঐ থেঙখ্রে। ইমাদা হোরেল য়োন্নগা নৃংতেঙ্কোৎ খরা, কেন্দল স্টেন্দ খরা, চুরুট মথী কম্ভোকফম খরা, অতৈ অতৈ য়োন্নগা থিল্লক্লুগে হায়য়ুকো।

থোই ঃ- হোয়। হায়রগে। অদু হয়েং মেল্লা য়েংবা পুবিয়ুকো। ইচে বিনাগা চৎমিন্নবা ঐদি য়াম্না নুংঙাই। পাখঙনসু পোৎকা য়াম্না লৈবী। পাখঙদুসু মশক য়াম্না ফজৈ। ঐবু লুনা তৌই।

বিনা ঃ- (নোকপা)থোই। য়ারে। ঐ থেঙখ্রে। মশক ফজবা পাখঙদো অমুক্তা উনরুগে। নঙ চৎলোকো। অদু ঐদি ফজদ্রব্রনে।

থোই ঃ- ফজৈ। ইচে বিনাসু ফজৈ। নখোয়নী চৎমিন্নবদি য়াম্না ফজৈবু।

বিনা ঃ- অদো কনানা হেনগে হায়বা? (মমীৎ লাওথোকপা)

থোই ঃ- খঙদেদা অদুদি। নঙসু ফজৈ। পাখঙদুসু ফজৈ। নখোয় অনী লুহোংবদি ফজনিবু। ঐ য়েংনিংঙি। লুহোংবগী লৈ ঐখোয়না থিদৌরিনি।

নুপাদু মবুক ফৈ। ঐদি নুংশিবু।

*বিনা ঃ- থোই! ঐদি নুংশিদেবু। (শুগংপা) ঐদি শুক্লুং হেক নুংশিদে।*

থোই ঃ- অদুগা কৈদৌবৈ উনবা চত্তোরিবা। খঙঙে, ইবেম্মা, নহাল ঐ য়াওবা নুমিত্তা অদুক নুংশিনা ৱারী শানরিদুবু। হায়জিন্নরিনি।

বিনা ঃ- নঙবু তাবরনে। করি করি শানরিবা।

থোই ঃ- তায়না। মানা থুনা লুহোংসি হায়বদো। নঙনা চহী তরামুক লৈখিগে হায়বদো।

বিনা ঃ- ঐনা অদু হায়বদা মানা করি হায়খি অদুদি।

থোই ঃ- মানা হায়রিদুদি- চহী তরা ঙাইরদি ঐদি হনুরনি। হনুরগা বর ওইবা ঐ ঙমজরোই। হায়রিদুদি।

বিনা ঃ- অদুদা ঐনা করি খুন্মিবা।

থোই ঃ- খুন্মিদুদি নঙনা- কৈশু কায়দে নুংবু নুংশিনরদি। খ্বাঙ কোল্লগা লুহোংবনা ফনবু ফজনি।

বিনা ঃ- হৈমা! ইকাইজরেদা। নঙদি লোইনা তারম্মী জাৎনিদনা। ফরে থোই! থেঙখ্রে। নুংশিদবদুনা ঐবু ৱানা ঙাইরম্মনি। নঙ চৎলোকো।

থোই ঃ- অদুদা নত্তে। মানা কৈনো অমসু হায়।

বিনা ঃ- করি হায়রিবা। লীয়ুনে। নঙদি য়াম্না শিংঙিবু।

থোই ঃ- হায়রিদুদি। নঙসে ঙাঙনবা য়াম্না ৱায়। নবুক য়াম্না লুই হায়না।

বিনা ঃ- হায়মা। অদুসু তাবোইরে। অদুদি ঐনা করি খুম্মী। হায়য়ুনে, য়াম্না নুংঙাইরি।

থোই ঃ- নঙনা খুন্মিদুদি,"ঐদি পুক লুবা ওইরল্লোই। পুক লূবা ওইরমগনি। ঐদি শেম-শাদুনা ঙাঙবা হৈজদে।" হায়রিদুদি।

বিনা ঃ- (নোকপা) হায়মা, ঐ ঙম্মরোই। নঙগী মাঙদা ঐ ইকাইরেবু, থোই। ফরে ঐখোয়নী ঙাঙনরিঙৈদা ঐ থেঙখিদৌরে। নঙ চৎলো।

থোই ঃ- হোয়। ইচে বিনা। অদু মেলা য়েংবদি পুবিয়ুকো। ঐ কনাদসু হায়দোকপিরোই হায়বা।

বিনা ঃ- হোয়নে, হোয়নে।

(যন্ত্রনা শমথখি)

# অনীশুবা উৎপা

(লৌকোয় পাৎনি। নোংপোক ওইরপ্না লৈরিবা 'হৱা মহল' মনুংদা ফম্লগা সুরেদ্র বিনা ঙাইরি। লোক্তাক্নী, তম্পাক্নী ফজবা য়েংলগা সুরেন্দ্রনা হায়। মতোমতা ৱা ঙাঙলকই।)

সুরেন্দ্র ঃ- (মতোমতা) বিনা, নঙবু লাক্লরোইদ্রা? নঙগী ৱাখলদা ঐবু লৈফম খঙদ্রে। লৌকোয় অসিদনি নঙ ঐ শকখঙনখিবা। নুমিৎ অদু ঐদি চুম্না পোত্থাবা ওইনা লৌকোয় য়েংবা থোক্লককখিবনি। নঙনা মপাং কনা য়াওদ্রবগুম নমান্নবশিংনা হি তোংদুনা শান্নরগা তোর্বান্দা নদোম ফমদুনা লৈরমখিবনি। নঙ হেক উবদা ঐগী থম্মোয় মতৌ অমা তৌখি। ননাক্তা চঙনিংখি। ৱারী শানিংখি।

(নিংশিংবগী যন্ত্র খোঙলকপা)

হি তোংবা য়াওবীদ্রবদি কৈদৌরগে? ইতোমতা তুমিন ফম্বদুবু নুংঙাইবিবরা?

বিনা ঃ- ঐদি হি তোংবা য়াম্না কিজৈ। ইমান্নবশিংনা হৌই, ঐনা কিজৈ হায়দুনা ফমহৌরিনি। ঐ ঈরোয়বা হৈতবা।

সুরেন্দ্র ঃ- চেকশিল্লগা লোইরে। হি তোংবগী নুংঙাইবা মখল অমা লৈবনি। তোংবীয়ু।

বিনা ঃ- ঙসিদি তোংজররোই। কোন্না তোংজরগে।

সুরেন্দ্র ঃ- হুম ৱাসি। তোংমিন্নগদবা লাক্তবগী মাল্লিকো।

বিনা ঃ- কনাসু লৈজদে। পোকপু পোকলমখিরোই।

সুরেন্দ্র ঃ- এ! অদুদি চহী কুন্থ্রামুক্তি লৈথখিবা তারেনেকো।

বিনা ঃ- অদুদা তারে। কমদৌনি ইরাইবক্কী

সুরেন্দ্র ঃ- ৱাতাসি ওম্থোক্লা নুংঙাইখ্রে। কদায়দগী ওইবিরবনো?

বিনা ঃ- স্বাইদগীনি হায়বা তারে। মতম ফত্তে, লৈফম পংতাক তাকথোকপা য়াদে।

সুরেন্দ্র ঃ- অদুদি থিরকপা তারেদনা। ইখোঙনা থোংনা থিজরক্লগে।

বিনা ঃ- থিবিরক্কনু কৈসু। কৈসু থিবিরকউ হায়দে।

সুরেন্দ্র ঃ- থিজরক্করোই। মিংদুদদি তাকপীরম্মু।

বিনা ঃ- খঙনদবা মীদা মিং তাকপা কিজেবু।

সুরেন্দ্র ঃ- পাখৎপিরুনু ঐ ফাবা কৈসু লাকচরোই। ঐগী মিং সুরেন্দ্র কৌই। পাখঙ ওইজরি। ঐ ইম্ফাল হৈরাঙ্গোই থোংদগীনি। চিংনবিরিব্রা?

বিনা ঃ- হৈমা জাৎ অমনিনে। হংসু হংদনা পংহায়দা হায়দোকই। মিংফাওদি মবুক ফরমদৌ মাল্লি।

সুরেন্দ্র ঃ- ফত্থবজাৎনি। তিন্নরগা খঙবীরক্কনি। অদু মিং অমুক্তদি হায়বীরম্মু। ঐ চঙজখ্রগে।

বিনা ঃ- ইশানা থাগৎপসি নরক তাই হায়নবনি। মিংসি খঙদবা শুকয়া য়াদ্রবরো? কোন্না খঙবীরোদা, ঐ তোয়না লাকচখিনি।

সুরেন্দ ঃ- ইশানা থাগৎচবনা কাচিন য়ৌই হায়বসু লৈদা। মিং ফাওবা তাকপিদবসিদি হোরেন তূম্বা য়াদৌ মান্দ্রে।

বিনা ঃ- হোরেন মঙ তম্বীরম্মু। হয়েং লাকচগে। ঐদি লৈফম চাফম লোইনা খঙলবনিনা মঙ নুংঙাইদৌ মাল্লি। নুমিৎসু থেঙজিল্লক্লে। ঐ চৎনবা তৌজখ্রগে।

সুরেন্দ্র ঃ- অদুদি হয়েং ফাওবা সুম লেপ্তুনা লৈজরম্মগেকো।

বিনা ঃ- লৈবিরম্মু, কৈসু কায়দে।

(নীংশিংবা লোইখিবগী যন্ত্র খোংলকই )

সুরেন্দ্র ঃ- বিনা, নুমিৎ অদু নঙনা হেক ঙমদুনা মিংফাও হায়রমদে। অদুবু নঙনা ঐবু নুংশি মীৎয়েং অমদি চৎলমদাইদা য়েংবীরমখি। অদুনা লমজিং ওইরগা খঙনখি। কয়ারক উনখি। নুংশিনখি। ঙসিদি মীৎকুপ অমা উদ্রবদি লৈবা ঙমশিল্লক্রে। ও! আদা লাক্লে।

(কৌই) বিনা, কৈদৌরে থেংলক্লবদি।

বিনা ঃ- খঙদে, হেক্তা য়াদে। অমা তৌরিঙৈ, অমমুক তৌরিঙৈ।

সুরেন্দ্র ঃ- বিনা!

বিনা ঃ- হুম!

সুরেন্দ্র ঃ- লৌকোয় পাৎসি ফজেকো। ঐখোয় অনী ফল্লিবা 'হব্বা মহল' শঙসিনা

ফজরিবা।য়েংঙুনে, চীংদুম মথকসিদগী য়েংথখিবদা উরিবা লোক্তাক্কী, তম্পাক্কী ফজবসিবু পূক্লিং হূদ্রনে। হঙ্গাম মপালগী লৌবুকসি ফজদ্রনে। খঙদে, ঐদি নখোয় বিষ্ণুপুরসিদা লাকপদগী ঙাওদুনা চৎখিব্রা খঙদ্রে। য়েংঙু য়েংঙু খুদিংগী ফজবগী ফজবা ঙাক্তা।

বিনা ঃ- করি করি ফজরিবা। ও ইবুংঙো ঙাওদুনা চৎখিবদি নুংঙাইতেকো, নহা ওইরি।

সুরেন্দ্র ঃ- অওইনি বিনা। ঐদনা তৌব্রা খঙদ্রে। ঐ মণিপুরগী মফম অয়াম্বা পোষ্টিং তারুরে। থোইনা ঐবু শুমহৎপা ঙমখিদে। অদুবু মফম অসিদা হেক জোইন তৌরবদগী লৌকোয় পাৎনা ঐবু শুমহৎখি। অদুদগী নঙমুক থেংনরে। লোইরে ইবেম্মা! ঐবু অমুক মফম অমদা ট্রান্সফরকা তৌরক্লবদি থবক তোক্লসু ঐদি চৎলরোই।

বিনা ঃ- য়াররোই ইবুংঙো। ঙাওববু হৌরমাল্লে। ডাক্তরসু নকই, অমুক্তং য়েংথোকউসিরা। নুংসু, উসু, ৱাসু, নাপীসু, লোইনা নুংশিকা হায়রক্কদবা মাল্লেকো।

সুরেন্দ্র ঃ- নুংশিরিবনিনে। থাজদ্রা। ঐ বিষ্ণু ফূরা য়েংলুরে, কয়া নুংশি, লীতান থোং য়েংলুরে কয়া নুংশি। মখোয়না ইতিহাসকী ৱারী লীরকপগুম তৌই। ইতিহাসকী পোৎশক কয়া লমসিদা তাদুনা লৈরে। অদুগা থোংজাউরোক থোংদা লেপ্লগা য়েংবদনা কয়াম ফজে? ইচে-ইচল কয়ানা নূং-শুরি, লৈঙোয় নীক্লি, হিংনবা লাম্থেংনরি। য়েংবদা পূক্লিং নুংশিরকই। মদুগী মরক্তা অদ্বৈত্য মন্দিরদগী খীংলকপা শরীক মখোল, চীংয়া নক্লা লৈরিবা গীর্জাশিংগী কাংশি মখোল, মুসলিম ইচিন-ইনাওশিংগী অজান লাউরকপা, খোঞ্জেল ময়ামদুনা নিল্লকপদা নুংশিরোইদবা কন্নাবু লৈবগে। খঙদে, লমসিনা ঐবু ঙাওহনগদৌরে।

বিনা ঃ- অওইবরনে। হোয়, নঙনা হায়বদা অচুম্বদি য়াওরি। ঐসু লমসিদা পোক্লুবা অদুনরা খঙদে, য়াম্না নুংশিজে। ঈংই, চীকই। চীংগী ফজবা, তমগী ফজবা অনীগী পূনফম ওইরি। অদুগী মরক্তা লৌকোয় পাৎনা পিক্লা রাশী লৈরিবা। সিদনিকো নঙ ঐ খঙনখিবা।

সুরেন্দ্র ঃ- অদুদা ঐনা ঙকপা অমদি লৈ।

বিনা ঃ- করি ঙক্লিবা।

সুরেন্দ্র ঃ- লমদমসি প্রকৃতিগী শান্নফম্মক্লি। কোকিলগী মখোল নীংথিনা তারি। চীং- হরি, তিঙ্গোং-কাঙ্গোং, পি-থাদোই, তাম্না, করম্বা চেক্লাবু ৱাৎলিবগে। অসুক ফজখ্রবা মরকসিদা কবি অমতং পোক্লমদবসিদি ঐ ঙক্তবা ঙমদে। ঈশ্বরগী অকাউবা ওইরম্বা তাই।

বিনা ঃ- ও ইবুংঙো নঙনা খঙদবননি। নহালনা পোকএনা।

সুরেন্দ্র ঃ- অদুদি কনানোনে। ঐদি খঙদ্রিনা।

বিনা ঃ- থিদি থিজিন্দে। পোকখ্রে ইবুংঙো।

সুরেন্দ্র ঃ- অদুবু কনানোবা? ঐ অমুক্তা খঙনীংই।

বিনা ঃ- অদুবুরো ঐনি।

সুরেন্দ্র ঃ- এঃ এঃ নঙবু কবি। লোইরে। অদুদি পরিক্ষা লৌবা তারেদনা। হৌজিক শৈরেং অমতং থীদবা য়াদ্রে। সে থীরো, থীরোবা?

বিনা ঃ- অদুবু হেক য়াব্রনে। মফম মতম হায়বসু লৈ।

সুরেন্দ্র ঃ- থীদবা শুকয়া য়ারোই। কবি হায়বদুদি মাইবীগুম্বনি হায়নরিনি। মফম মতম লৈতে, লাই তোংলগা লোইরে। ফজবা উবদা কল্পনা লাকই হায়নরিনি। সে শৈরেং অমতং থুনা থীরোবা।

বিনা ঃ- থীবা তারেদনা হায়দোক্লুরবনিনা। লাই তোংলকউ য়াব্রা অমুক্তং য়েংবা হায়দুনি।

সুরেন্দ্র ঃ- হোয়, অদু তানীংবনা লোইরে। থীরো সে।

বিনা ঃ- (শৈরেং থীবা) থাজদি কল্পনানি,

নক্ত্রগা মঙলান্নি
পুম্সি হায়বদুদি লৈচিলনি
পাইরম্লা নোংদোন্দা ঙহাক্তং
তাখিনি মফম খঙদা
চীং-পাৎ, তুরেলদা
তিনখিনি অদুগা অদুম
মপান নাইদবা অমদা

’সিবু করি লৈবা ৱানো?
অদুবু করিগীনো খঙদে
থাজ উরে খোইরাংঙি
লৈরাং উরে কপ্লিংঙি
ৱাখলনা পাইখ্রি
উরোক পরেং মতুং ইন।

সুরেন্দ্র ঃ- (মরক থৎনা) এক্সেলেন্ট, ৱন্দরফুল! কয়াদা ফজখ্রবা শৈরেংনো। ঐ ওম্বোক্লা নুংঙাই। কবি নুপী অমগী নাক্তা ফম্বা ফংজবসি ঐ কয়াদা লাইবক ফখ্রবনো? ঐ শিরসু য়ারে।

বিনা ঃ- ও! য়াররোই। ঙসাইনা অমুক ঙাওখ্রে। হৌজিক্লা অমুক শিরসু য়ারবা। ঐ মীশি মীনা য়াওদ্রিঙৈসিদা চৎচহৌরগে।

সুরেন্দ্র ঃ- য়াদে, বিনা! নঙগী শৈরেং মপূং ফানা তাহনখো। ঐবু মঙলানগী লৈবাক্তা পুবিয়ু। নঙগী মিংগা কয়াদা চানরবা। নঙগী ৱাহৈ পূম্বা বিনাগী তারদগী থোক্লকপা মখোঞ্জেন্নি। মখা অমুক তারক্লো শৈরেংদু।

বিনা ঃ- য়াররোই ইবুংঙো। মরক থদৎপিখ্রবনিনা কল্পনাকাক লোইনা মাঙখ্রে। অদু বন্দ নুমিৎসিদা ঐবু লাক্কবা য়াদে হায়না কৌরিসিবু করিগীনোবা। মী অমফাও লমজাওদা চৎনদ্রে।

সুরেন্দ্র ঃ- অদুবুরো। ৱারী পেন্না শানবা। বন্দ নক্তবদি লৌকোয়সি নঙ ঐ ফমফম ফংলোইদবা। অচিকপা, শান্তি থিবা লাকপা কয়ানা পিক থনখ্রবদা নঙ-ঐ কদায়দা ফমদুনা ৱারী শানি। ঐদি অনকপা দি.সি. অফিসতা থবক তৌবনিনা লোইনা উই। ময়াম মরক্তুদা নঙবু কৌথোক্লিংদে। নুংঙাইত্রনে, পার্ক অসি ঙসিদি ঐখোয়নীগী ওইরে। ৱারী শাবসু নীং থুংলেদনা।

বিনা ঃ- হোয়, অদুবুদি চুম্মী। অদু ঐ চৎলগে। যূমদা থবক্কী থবক ঙাক্তা লৈহৌরি। ববানা ঐবু ঙাইরম্লনি। ঐ ইমান্নবা অমতা উনরুগে হায়রম্লগা য়ূম্লক ফাও-ফাওদুনা লাক্লিবনি। অমুক লাক্রগা পৈখিদ্রা হায়দুনা লাকচরিবা ইবুংঙো।

সুরেন্দ্রে ঃ- ইস! ঐবু য়াম্না পৈগনবদৌনা। পৈবা নত্তেয়ে ওইনজবনিদা। ঙহাক্তা ফমখিসিবা। হি অমুক তোংলুসিরা? মদুসু য়ম্না নুংঙাইগদবা মাল্লি।

বিনা ঃ- নোংমা তোংলসি। মী ইচিক চিক্লবা নুমিৎসিদা নঙ-ঐদা লৈবসি ফজদ্রে। নোক্লবিগদবা ঙাক্তনি। য়ূমদসু ঐ ববাগা থবক শূরুগদবনি। ঐবু ঙাইরম্মনি।

সুরেন্দ্র ঃ- করি থবক্লো? নঙ থবক য়াম্না কন-মাল্লে।

বিনা ঃ- লাইরবা ইমুংদা পোক্লুরবনিনা শূবা তাবনি। খূৎসি য়েংঙু। থৌরি চিংবগী। মৈ লাক্লবদি নূং-তেক্কোৎ শাবদা থৌরি চিংদবা য়াদে। ববানা শারিনি।

সুরেন্দ্র ঃ- অদুদি নঙ য়াম্না ৱারম্লনি। করি করি শারিনো। নূংতেক্কোৎ ঙাক্তা শারিরো?

বিনা ঃ- য়াম্না শাই। লৈতেং পোৎসু শাই। ববাদি লোইনা হৈ। ঐনা হায়দুনা নঙগীদমক লৈতেং পোৎশক অমা শাহল্লি। সে ঙশাইমখৈ কাউরুরে। বেগতা-হাপখিবনি। ঐমক্লি খন্না থম্বিয়ুকো।

সুরেন্দ্র ঃ- ৱা! সিদি ফজখ্রবা নুপী অমগী শক্তম। কয়াদা রাশী লৈখ্রবা, পিকচরবসু য়াম্না ফজৈ। নঙমক্লি খন্না ঐনা থমগনি। সিদা নত্তে কলাগী পোৎ খূদিংমক ঐদি য়াম্না লুনা লৌজৈ।

বিনা ঃ- থম্বিয়ু। লায়রবী অমগী চম্লবা খূদোম্নী। য়াম্না চীক্লা, মকা ফোংদনা নঙগী কাদুগী নঙবু তত্তনা উজগদবা মফম অমদা মাবু থম্বিয়ু। নঙবু মতম চুপ্পদা য়েংদুনা লৈবা ফংহনবিয়ু।

সুরেন্দ্র ঃ- শোয়দনা থমগনি, বিনা! ঐবু থজৌ। নঙমক্লি খন্না ঐনা মাবু থমজগনি।

বিনা ঃ- ফরে, ঐ চৎলগেবা। ঐ চৎলে, সুর! (চৎপা হৌখিবা)

সুরেন্দ্র ঃ- (তাম্লপ্লা) বিনা! অদু কৈদৌঙৈ অমুক উনদোইনো ?

বিনা ঃ- (চৎনা চৎনা) কৃষ্ণ জন্ম নুমিত্তা।

সুরেন্দ্র ঃ- কদায়দা উননি।

বিনা ঃ- অদ্দৈত্য ইবুংঙোগী মন্দিরদা। ঐ নুমিদাংৱাই লাই খুরুম্বা শোয়দনা থোক্লক্কনিয়ে।

সুরেন্দ্র ঃ- শোয়দনা লাকউকো। বিনা!

বিনা ঃ- শোয়দনা লাক্কনি সুর!

(যন্ত্রনা শমথখি)

# অহুমশুবা তাঙ্কক

(বিনাগী যুম্নি। অহল ওইরবা মপাদু থবক শূফমদা লৈরি। বিনা মাঙ্গোলদা পোৎ-চৈ লোইশিল্লি। থবক শূনা শূনা ৱারী শানরি। থবক শূবগী মখোল তায়)

মপা ঃ- ইবেম্মা! নঙনা মশীং ৱাৎলি হায়ববু করি করি পোৎনো?

বিনা ঃ- ববা! নূং তেক্কোৎ ৫ অমা, চুরুট মথী কপ্থোক্লবা এস্ট্রে ৪ অমা, অদুগা কেন্দল স্টেন্দ ৬ অমগা শারদি য়াররনি। অদু ববা মুর্তি খরা শাবা ঙল্লবদি কৃষ্ণ জম্মদা শিংকদবা মাল্লিবু।

মপা ঃ- ফরে, ফরে, ঙম্লবা হোৎনবা হায়দুনি। অদুদি নঙনা চাক থোংদ্রিঙৈদা থবক ঙহাক্তা পাংলম্মু। মৈসু লাক্তে। ঙহাক্তং শূরম্লগা ঐ নূং খরা থিবা চৎলুগে। তুরেল কুম্লুদবা য়ারোইদৌরি।

বিনা ঃ- লাক্লুগে ববা! ঐ লৈতেংগী পোৎলমশিংসি অমুক্তা তৈথোক্লমখিগে। অদু ববা! তুরেল হান্না কূপ্নীরুরগেরা? ঐ চাক থোংদোক্লমগে। অদুগা লেঙদনা শূবা য়ানবা।

মপা ঃ- ইচানা হায়গুম্লদনা মদুনা ফরদ্রা ? মৈ লাক্লিঙৈসিদা নূং হান্না থিরুবনা ফগদবা মাল্লে। লৈতেং পোৎ শাবদি অমোনবা নূং খরা চঙগদৌরিবনি। অদুদি পোলাংদু পুথোক্লকউ।

বিনা ঃ- হোয় ববা! পোলাং সিদা লৈরে। নূংথঙসু য়াওরবনি।

মপা ঃ- কদায় কদায়। ঐ চৎলুখিগেকো। (চৎখিবা)

বিনা ঃ- হোয় ববা! (মতোমতা) অদুনদি নূংতেঙ্গোৎশিং অসিনা হান্না ঐ য়োমশিল্লগে। লৌবা লাক্লনি। অদুগা চাক থোংনবা হোৎনরগে। (তাঞ্জাদুদা থোইবা চঙলকই)

থোইবা ঃ- বিনা! মোন্দা নুংঙাইবা মাল্লিদা।

বিনা ঃ- তাদ থোইবা! লাইরবনা নুংঙাইবা মোন্দানবু কয়াম মথোং চাগবনো? ইনাকখুনবা তাদখোয়না নুংঙাইবগী শরুক চাম্মা থোকপগী অমফাও ফংবা নত্তেদা। ববাসু লৈতে, ফম্বিখিদ্রা?

থোইবা ঃ- বিনা! ৱা ঙাঙবসি কোচিনা হান্না হেক্তা হৌই। ৱা অমত্তা ঙাঙবা

য়ারোইদৌরিবু। ফমদ্রসু য়ারেদা, সুম চখোক্লকপনি।

বিনা ঃ- তাদ নচলনা হায়জরিবা অসি অশেংবনি। লাইরনা পোকদৌ শরুক মপোক অমা থেঙথরকপনা ফবা জাৎনি। খল্লুবা অমতা ফল তাদে।

থোইবা ঃ- বিনা! ফল তাব তাদবগী ব্রাসিদি ইশাদসু লৈদা। নীংবা থুংনা শিবা মীসিবু মালেমসিদা মশীং কয়া শুরিদগেনে। অদুনা পেম্ছোকপা খরসু হৈবা তাবনি। নুংশিননা লৈবনা খ্বায়দে ফৈ হায়না ঐদি খল্লিবু।

বিনা ঃ- তাদ নুংশিবা হায়বসিসু হেক্তা য়াদেদা। মসি করি করম্বা পোৎশক্লো খঙদ্রে। নুংশিগে ফনা হোৎনবসি শুকয়া য়াদে। নুংশিরোই য়াদবা পোৎসু অদুম মরৈ।

থোইবা ঃ- নুংশিগে য়াদবা পোৎশকশিংদুগী মরক্তা ঐসু য়াওরব্রা খঙদ্রে। ব্রাসি মরৌ ইরৈ লৈরে। বিনা ঐদি নঙবু ওম্ছোক্লা নুংশিবু।

বিনা ঃ- নুংশিবীরুনু তাদ! ঐখোয়গুম্বী অমা নুংশিরুদনা করিবু কান্নবনো? তাদখোয়গা লম্বা চাব ইনাকখুনবা কয়া লৈরিদা। অমা য়েংশিনবীহৌ।

থোইবা ঃ- বিনা! ব্রাসি খরদং খাক্লা ঙাঙনবদি ফৈকো। মচেক ময়ানা য়ৈবসি ঐ তাবদা ব্রায়বু।

বিনা ঃ- অদুম্নসু খনবীগনুদা, তাথোইবা! ঐদি অনীংবা ব্রা লোৎলগা শেম-শাদুনা ঙাঙবদু হৈজদদুনা তৌবনি। কৈদৌনি তুংদা য়াম্না ব্রারৌনরক্কনি।

থোইবা ঃ- বিনা খঙঙে। নহাক শক্কী নাপল অমা য়াওরে। ঐগী ফত্তবা অমা লৈ, বিনা! মায়থীরগা তোকপা হৈনদবা, মনম কনবা, অপিকপা ব্রাখল হায়গদ্রা অমা সুম ইশাদা লোয়নদুনা লৈ। অদুনা ঐবু নঙনা লানফম ময়ায়দা চিংশিনগদৌরে। ফরে ঐ চৎলগে।

বিনা ঃ- অদুক হাক্লসু নচলগী মফমদা অকল অরীং শীংবীগনুদা। তোন্দগী তোল্লবী নচলনি।

থোইবা ঃ- বিনা! নঙসে ঙাঙথোক্লকপদদি য়াম্না থোৎলি। অদুবু নঙগী ব্রাহৈ পূম্নমক তানা থিনবগা চপ মান্নে। মসিদনি ঐনা শিবা কিরক্ত্রিবসি।

বিনা ঃ- অদুম্না হায়বিনু তাদা। ঐদি চম্না হায়জবনি। ইবুং ইপ্বা হায়বা অমা লৈতে, ইপা অহল ওইরে, অদুনা তাদনা অসুম্না ঙাঙবা ঙম্লিবা

নত্তুদো। ফৈ, করিশু কায়দে। নচলগীসু সুম ৱাবগী মথক্তা মীনা উশিত্তবা খাঙদুনা লৈদৌ শরুক থোক শিদোকখ্রগা লোইরে খল্লকপা নুপী ৱাখল হায়গদ্রা অমা লৈজে।

থোইবা ঃ- অদুদি য়েংনবা তারেদনা।

বিনা ঃ- হোয়, অসুম থোকউ তল্লল্লবনিনা কমদৌনি।

থোইবা ঃ- চৎলে বিনা! কোন্না লাল্লে হায়দি হায়নগুমসিকো।

বিনা ঃ- তা থোইবা! ঐদি লান্দনা কৈদৌবে লাল্লে হায়জগদৌরিবা। ওম্থোক্লা শাউগনখ্রে। ইবুং-ইপ্বাগুম চম্না সুম লোয়নসি হায়জবনি।

থোইবা ঃ- খঙঙে, বিনা। নঙগী নতুংদা লেপ্লিবা মীশক ঐ খঙলবনি। অদুনা ৱা ঙাঙনবা য়াদ্রিবনি। ফৈ থেংনবা তারেদনা। ফরে, ফরে, ঐ চৎলে। (চৎখিবা)

বিনা ঃ- হূম! তৌজশারিশে, মশকসিগা। শেল খরা পায়রগা মী উশিত্রিবা হায়দু ওইরমাল্লে।

(মতাংসিদা নুপী অমা চঙলকই )

নুপী ঃ- ইবেম্মা! নঙনা অদুক শাউরিদুঁবু কৈদৌরগেনে। থোকখ্রিবা নুপা অসিনা উশিত্তবা করি হায়রম্মগেনে।

বিনা ঃ- ইমা! খঙদে শক্তাসি উবদা হেক্তা শাউনীংঙি। ৱা ঙাঙবদা রাশী ওম্থোক্লা য়াওজখিদ্রে।

নুপী ঃ- ফত্তে, ফত্তে, ইবেম্মা! নুপীগী মপোকসিদি তোনবনি। নুপাগা মুক্করুনু, ঐখোয়দনি চোপকদবা।

বিনা ঃ- মদুগী মতম নত্ত্রে ইমা। মখোয়না কৈদৌবা য়ানি। থৱায়গী থৱায় অম্মানি। নুপাবু শুম মনীং তমহল্লগা নুপী ঐখোয়না তোল্লবীনি হায়না লৈবা মতম নত্ত্রেদা ইমা। খরা থেংনবা ফরে। থেংনগদবনি।

নুপী ঃ- ইচাগী ৱাসিদি তাবদা নুংঙাইদা। অদুবু ইবেম্মা! চৎনবী হায়বা অমদি লৈরি। অদুনা নুপী অমত্তা পাঙ্গল থোক্লা লাম্থেংনবা ঙম্লোই। ইচাসিদি য়ান-য়ানবা লোয়নবা তম্মু।

বিনা ঃ- ইমা! চৎনবীসু মীনা শেম্বনি, নুপানা শেম্বা চৎনবীদা ঐখোয় পূল্লমক ইন্দুনা লৈরে। খরমখৈদি চুমথোকপা মতমদু ওইরবনি। মসিগী ৱাসি

তোক্লসি। ইমানা লাকপবু করি থবক্কীনো? কদায়দগীনো ইমাবু।

নুপী ঃ- ইমা ইম্ফালদগীনি। নখোয়গী নূংনা শাব পোৎ-চৈশিংসি ঐ কৈথেলদা উরে। ফজে। অদুনা ঐ চঙলকইবনি। ইমানা অরৈবা লোইনা লৌগনি। ইম্ফালদা ইমানা অমুক থারুগনি। কয়াম শাব ঙম্মী। ইমানা হেক শারিমখৈ লোইনা লৌগনি। পৈশা হান্না খরা থনম্মু হায়রসু থনমগে চঙলক্লিবনি।

বিনা ঃ- (হরাউনা) ইমা! নঙবু লাইনা থারকপরা? ঈশ্বর লৈতে করম হায়গনি। পোৎ শিত্তবগী কোক চিকপদু ফরনি। ইপা ইচাগী অৱাবসি উবদা য়েংবা ঙমদ্রদুনা ইমা নঙবু ঈশ্বরনা থাবীরকপা শোয়দনা ওইগনি।

নুপী ঃ- অদুক করিগী ৱাবনো ইচাসিদি। কলাগী পোৎ মাঙবা হৌনদে। ইমানা লোইনা লৌনি হায়রিসিনি। হৌজিক কয়াম লৈরবা। ঙসি অরৈবা লোইনা পুগনি।

বিনা ঃ- লৈ ইমা! নহালখৈ শিত্তদুনা ৱায়। লৌবীয়ুকো ইমা! য়াম্না শাগে। চাক থোংলুরগে। চাক চারগা চৎলোকো ইমা। ৱারী ৱাতায়সু শাখিসি। ঙসিদি ঐ কপ্লিংঙি। পূক্লিংসি ইনৌ নৌবগুম তৌই।
(কপ্লিংবা মতৌ)

নুপী ঃ- করিগী পিনো ইবেম্মা। নঙগী ঙসাইগী থৌনাদু কদায়দা লৈখ্রে। পিদু থিংনবা পাঙ্গল লৈত্রবরা?

বিনা ঃ- ইমা! পিবু কনানা থিংবা ঙম্বা য়াওখ্রবগে। পিদি থম্মোয়গী মরলনি। থম্মোয়দা য়ৈবা ৱাহৈ তারবদা পি করম খাম্বা ঙমগনি। ইমা! ঐগী পিসে নুংঙাইবগীনি।

নুপী ঃ- পি অমুক তারনু। ইবেম্মা! ঐসু থম্মোয় পুবা ঙম্লক্তে। ঐগীসু নঙগুম্বী ইচা নুপী অমা লৈজরম্মী। ইমাগী থম্মোয় কায়গে তৌরকই। নঙ পি খাম্মু, ইমাগী ইবেম্মা।

বিনা ঃ- ফরে ইমা! ঐ কপ্লরোই। ইমানা ঐখোয়গী উপাই তৌবীগদৌরে। ইপা ইচা চরাদি হেল্লরোই। চঙলসি ইমা ইমুংদা। ঐ চাক ঙহাক্তদা থোংগে। হাউব-হাউতবা চাক চামিন্নখিসি। ববাসু লাক্লনি, শকখঙ-মায়খঙনখিসি। চঙলসি ইমা!

(যন্ত্রনা শমথখি)

## মরিশুবা তাঙ্কক

(কৃষ্ণজন্ম নুমিৎনি। নুমিদাংৱাইরমি। লাই খুরুম্বা লাকপা মীয়ামগী মীনিলখোল, কাংশিগী মখোলসু তায়। সুরেন্দ্র বিনা লাকপা ঙাইরি। ফেজোম পূময়াৎ লিৎলি মখুৎনা লাই কৎনবা থম্বাল ময়োম অমসু পায়রি।)

সুরেন্দ্র ঃ- (মথন্তা) কৈদৌরবনো? লাক্লরোইদবা জাৎলা? শোয়দনা লাক্কনিদি হায়খিবনি। নাব-য়েকপা য়াওরব্রা খঙদ্রেনে।

(বিনা লাকই)

বিনা ঃ- (তফিং তফিং) ঙাইবা কুইরম্লনি। ঐ খরা থেঙখ্রমাল্লে। থবক অমমুক তৌরিঙৈ, অমমুক তৌরিঙৈ, হেক্তা য়াদে।

সুরেন্দ্র ঃ- ঐদি লাকপিররোইদবোই নীংলুরে। ঙাইববুদি ৱাদেদা। অদুবু থৱায়দি খরা ৱারুরে।

বিনা ঃ- ঐনা শোয়দনা লাক্কনি হায়রম্লিদুদি।

সুরেন্দ্র ঃ- হোয়, অদুনবু ঙাইরিসিনি। চঙলসি মীসু খরা লম্লক্লমাল্লে। চঙলসি। অদু করি বরবু নিগদৌরিনো?

বিনা ঃ- নঙদি করি নিগনি। ঐগীদি খনবা লোইরে।

সুরেন্দ্র ঃ- করি হায়না নিদোইবা। মসিগী নুপাসিদা উনজদবা হায়দোরিরা?

বিনা ঃ- অদুম হায়নুবা। লাই নুমিত্তা ফাগী তৌবা ফত্তে। পুম্নিগী ওইবা বর নিদৌরিনি। ঙসিদি লোন্না বর নিনগুমসি। পূন্না, ফোংনা, চপ মান্ননা। ঙসিদি থম্মোয় শেংই শেংদে খঙনবা তারে।

সুরেন্দ্র ঃ- য়াইনে। ঐদি মদুনা হেন্না পাম্মী।

বিনা ঃ- মদুদা নত্তে। ঐনা খঞ্জবা অমসু লৈরি।

সুরেন্দ্র ঃ- করি অমমুক লৈরিবগে। ঐ য়াম্না তানীংঙিবু।

বিনা ঃ- শরীকসু থৌরি পূন্না পায়রগা খীংমিন্নবা। মদুসু তরেৎলক।

সুরেন্দ্র ঃ- তরেৎলক্তি করিগী?

বিনা ঃ- খঙদে। তরেৎলক লৈ কোয়নৈ। তরেৎসি য়াম্না পাম্মী।

সুরেন্দ্র ঃ- বিনা! নঙগী প্রেম ঐনা কৈদৌঙৈদা লৈখা তাহল্লোই। নঙনা অদু

য়ৌনা খল্লবদা ঐনা করিগী নীংহন্নগনি। লাক্লো চৎলসি। ঈশ্বরদা য়াইফ-নুংঙাই নিমিন্নরুসি।

(লাইনুংগী লাঙবা মখোল লাকই। শরীক মখোল তরেৎলক খীংলকপা তায়। ঙহাক লাঙলবা তুংদা বিনা, সুরেন্দ্র থোক্লকই।)

বিনা ঃ- নুমিৎসি মমশিল্লক্কদৌরে। ঐবু খরা থিনবীরম্মু।

সুরেন্দ্র ঃ- থিল্লমগে লাক্লো। কোনুং অমনবরোমদা চৎখ্রসি। ব্বারীসু সুম শাব ওইনা।

বিনা ঃ- হোয় চৎখ্রসি। (ঙহাক্তুং লৈরগা) খঙদে, ঐগী ব্বাখলসি লৈতাদ্রে। হায়নবগা অমত্তা লৌবীদে। ফরিব্রা খঙদে। নিংঙাই চাউবনিনা লাইমাঙদা লৈপরেং ঙক্তো হুকপিরে, তৌহৈব্রা, তৌহৈদব্রা? ঐদি স্বায় লাউখি।

সুরেন্দ্র ঃ- অদু স্বাই লাউদনবা ঙসিমক চৎখ্রসিদনা। অদু ওইরদি ব্বাখলসু অমুক লাঙলরোই।

বিনা ঃ- য়াদ্রি কৈসু। ইপা অশোনবদু হুন্দোক্লম্লগা ঐনা করম খোঙ থাংগনি। মতম খরদি মাগী সেবা তৌরম্লীংঙি।

সুরেন্দ্র ঃ- হোয় য়াইদা। নঙনা লৈ পরেং শিবসি ওম্থোক্লা পকইবু। মদু শুক্লৌ লৌথোক্লনুবা।

বিনা ঃ- হোয়, হোয়। তূম্বদসু সুম শিবা হায়দুনি।

সুরেন্দ্র ঃ- ঐঙোন্দা অমতা হুকপিরকউ হায়দি য়াবি পোত্তো। নঙনা ঐবু নুংশি হায়বসি হায়জিন্নবা জাৎনি।

বিনা ঃ- অদুবুদি খঙনগদবা লৈরেদনা। লৈবাক মাঙদা নঙবু তরেৎলক কোয়জরগা কুন্দো পরেং ওইনা হুক্কদৌরিবা। খঙবীরব্রা? নুংশিকো শরীক তরেৎলক খীংমিন্নবদা ঐদি কপ্লীংলকই।

সুরেন্দ্র ঃ- হোয়, ঐসু মদুদি থম্মোয়দা শ্বাই লাউবা ফাওই। থম্মোয়সি তনীক তনীক লাউরকই।

বিনা ঃ- নঙ ঐ উনবা ফংলক্ত্রবা মতম। ঐনা অব্বাবা তারবা মতম ঐনা শরীক তরেৎলক খীংলক্কে। নহাক লাকউকো সুর। নঙনা খীংলক্লসু ঐ চেল্লক্কনি।

সুরেন্দ্র ঃ- বিনা! নঙ ফত্তবদা খনবদৌনা তৌই। খরা আশা চাউনা লৈসিবা। নঙগা ব্রারী শাবসি থব্রায়সি পিকশিল্লকপগুম তৌই।

বিনা ঃ- অদুদি থম্মোয় চাউখৎনবা করি ব্রারী শাসিগে?

সুরেন্দ্র ঃ- নঙগী শৈরেং তানীংলকই।

বিনা ঃ- মুদ লৈতনা শৈরেং লাকউ য়াপোত্তেদা।

সুরেন্দ্র ঃ- ঐগা চৎমিন্নবসি মুদ লৈত্রবরা?

বিনা ঃ- সুর, নঙগী নিংঙাইসি তোক্লোবা। উদ্রে লৈবা ঙমদে। উনরে নিংঙাই।

সুরেন্দ্র ঃ- ফাগী সুম তৌবনিদা। ফরে, ঐ লৈহৌরগে।

বিনা ঃ- ফরেনে লৈহৌরো।

সুরেন্দ্র ঃ- অমুক্তা ওনশিল্লকউ। পেন্না অমুক্তা য়েংহৌগে। লৈপরেংদুগা য়াম্না পকচৈবু।

বিনা ঃ- (ওনশিল্লগা) পক্লিনি। নঙগী মীৎতু য়াররোই। পকচদবা, ফজদবা খরসু উবা তম্মো। হয়েং য়োং মাল্লি হায়বীরক্কদবা মতাংসু লাক্কনিকো।

সুরেন্দ্র ঃ- মদুদি শুকহায় হায়জরোই। ফরে, লৈহৌরেকো।

বিনা ঃ- লৈহৌরোকো, সুর।

(সুরেন্দ্র লৈহৌই। বিনা চৎপা হৌরকই।)

(থোইবা থেংনৈ)

থোইবা ঃ- বিনা! ঙসিদি মীৎমক্লা নঙগী কুম্মৈ উবা ফংজরে। অসিননিদনা নঙনা নাপলগা লোয়ননা ব্রা কয়া ঙাঙলিদুদি।

বিনা ঃ- তাথোইবা! ব্রাসি লোইবা নাইররোইদ্রা?

থোইবা ঃ- ব্রাসি খরা ঙাঙনখিবা তায়, বিনা।

বিনা ঃ- অদু ঐবু হাৎকে হায়বরো?

থোইবা ঃ- নো। ঐ নুপী হাৎপা পাপ পুবা ঙম্লোই। অদুবু হাৎপদগী হেনবা ব্রা অমদি হায়বা তারি।

বিনা ঃ- করি ব্রা? হায়য়ু তাথোইবানা করিনো পাম্লিসিবু। ঐদি তাথোইবদা নুংশিবা শুকঙম হেক ঙম্লরোই।

থোইবা ঃ- বিনা !! খঙঙু। অদুম হেক্তা হায়রগা ইকায়গদবা থোইবা নত্তে। নঙগুম্বী খুল্লকপী নপা-নমা মশক খঙদবী অমনা নুংশিবীদ্রগা থোইবা

শিরগদ্রা? অদুগা সিমদি হায়বীগে, নঙ নশা নশক হান্না খঙঙু। ঙসিফাওবা নঙ কমানো হায়বদু নহাক খঙজদ্রি।

বিনা ঃ- করি, ঐবু খুল্লকপা?

থোইবা ঃ- নঙগী অহল ওইরবা পাবুংদুদা হংঙু। ঐ নঙগী ৱারী লীনবা মতম লৈতে। ঐ চৎলে।

(থোইবা চৎখি)

বিনা ঃ- (মথন্তা) করি ঐবু মপা-মমা খঙদবী মচা। ঐবু উরগা মী খুদিংনা য়েংনবা, চিবোন চিবোন ঙাঙনবগী মরম মসিরা? অদুদি ঐগী ইমানা কনা। করিগী ঐবুনা লংথোক্লম্লিবা। ঐগী অহল ওইরবা ইপাসিনা কনা। (কপ্পা) নত্তে! সংসারসিদা মমানা পোক্তবা করম্বা জীব লৈবগে। ঐগী ইমা লৈফম থোকই। ইপাসু লৈফম থোকই। ঐনা চিংনবা ৱাহং ঙসি মপান থোক্লক্লবা। মসিদা ঐ তুমিন্না লৈররোই। ঐনা শোয়দনা ইমা থিগনি। ও! ঐগী পুন্সি, ঐগী নুংশিবা করি থোক্লগবা। সুর! নঙনা ঐগী ৱাসি তারগা করি ফাওগবা। নঙনা ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিবা তারবা ঐদি করম লৈহৌগনি। নঙগী নুংশিবনা ঐগী হকচাংগী তুখোঙ খুদিং শীনম্ব্রবদা ঐদি নঙবু থদোকপা ঙম্লোয়। নঙগী নুংশিবগী মহুৎ ঐ করিসু পামদে। পৃথ্বীগী লৈনুংদা লৈরিবা সনা লোইনা পীরবসু নত্তগা মালেমদা লৈরিবা লন-থুম লোইনা ঐগী ওইনি হায়রসু ঐ নঙগী নুংশিববু থাদোকপা ঙম্লোয়। তুরেলগী ঈশিং পুম্নমক্না ঐগী নুংশি ঈখৌ লাংবসি মুৎপা ঙম্লোয়। অদুবু ঐ ঐগী ইমা হান্না থিখিবা তাই। ঐ থিখিনি, ঐগী ইমা।

(যন্ত্রনা শমথখি)

## মঙাশুবা তাঙ্কক

(সুরেন্দ্রগী যুম্মি। মমানা মাবু ৱারক্লি। মাগীদমক মমানা নুপী অমা হায়নদুনা লৈরবনি। সুরেন্দ্রনা য়াদ্রি। মমানা কপ্তুনা থেন্বা হোৎনরি।)

যামিনী ঃ- (কপঙাও তৌই) করিনো নুপামচা নঙনা হায়রিসিবু।

সুরেন্দ্র ঃ- ইমা নচাবু ৱারৌবীনু। নচা য়াব শুকঙম ঙমজরোই।

যামিনী ঃ- করিগী য়ারোই। নঙ ঐগী ইচানিনে। ঐনা নঙগী ফনবা শীনবদা নঙনা করিগী য়ারোই।

সুরেন্দ্র ঃ- অদু ইমানা ঐগী ৱা অমতং হান্না হংবিরমদ্রিবা অসি করিগীনো?

যামিনী ঃ- করম্মা হংনি। হায়যুনে। করম্মা হংদোইনো। হেক থবক বিষ্ণুপুরদা তাখিবদগী ঙসি লাক্লিসি নত্রা? নঙগী নথ্বায় নমি লোইনা লমদুদা ফাজিনখ্রবরো? পাউ য়াম্মা তায়। ইমা ৱা য়াম্মা ঙাঙহনগনুকো। অদুননি ইমানা নঙগী ৱা তাদনা শীল্লিবা।

সুরেন্দ্র ঃ- অদু ঐদি য়াব শুকঙম ঙম্লোই হায়রিসিনি। ৱা অসি লুশিল্লক্ত্রিঙৈদা হায়দোকপীখো হায়রিসিনি।

যামিনী ঃ- ৱা লুবা হায়বু লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্লগদবদা ঙাইরবনি। ইমাগী সুরেন্দ্র, নহাক মুন্না অমুক্তা নতিন য়োৎথরগা খল্লু। মমানা মচাগীদমক মখূৎ চাব মৌ অমত্তং থিবা হায়বসি হৌনৈদনা। মশক মতৌ ৱাত্তে। নুংঙাই য়াইফখ্রবা। ঐনা মমাদু তিন্নরুবগী য়াবিরকইবা। মপাবুংদুসু অফিসার। খঙঙেদনা। নুপী মচাদুসু বি:এ: তন্লিবা।

সুরেন্দ্র ঃ- ইমা! বি:এ: ওইগে ওইয়ু। এম:এ: ওইগে ওইয়ু। ঐদি পামজদ্রে হায়রিসিনি।

যামিনী ঃ- অদুদি ইমাবু চঙশি শিরো অসিনিনে। ইচা পোক্লুবগী লৈবাক মমাঙদা মায়সি হাইগত্তুনা চৎলনু সিনিনে। ইমাগী সুরেন্দ্র! সিরা নঙবু নপানা পিশক পিক্লা লংথোক্লুম্বদগী মী ওইনবা ইমানা শেমজরকপগী মহয়। হা মসিরো?

সুরেন্দ্র ঃ- ইমা! ঐবু ঙহাক্তা তুমিন্না লৈহনবীযুবা। ঐ কোক ঙাওরে।

ঐবু করি তৌ হায়বনো?

যামিনী ঃ- ঙাওনি। নকোক্তা নত্তে, নঙ ঙাওদুনা চৎলগদবনি। ঐ খঙঙোইদবোই নীংব্রা? হা! লাইরম্ববী, নূং তেক্কোৎ শাবী নুপীদু নত্তদি নহাক মণিপুরসিদা নুপী অমত্তা লৈত্রবরা? নহাক ব্রাখল অমত্তা খন্দ্রমাল্লেনে, হা। নচীন ননাও অনী শুবসু নত্তে, নঙ অমা শোয়খিবদা কনানা ফুগৎপিনি। ঐনা হায়রিসিনি। নঙ বিষ্ণুপুর চৎপা শুকয়া য়ারোই। থবক ইম্ফালদা তানবা ইমানা হায়নগনি সরকারদা।

সুরেন্দ ঃ- ইমা! তোকপীরো কৈদৌবগে? মমানা মচা নুংশি হায়বদুবু মদুরা? নচানা হায়বা ব্রাফম অসিমতংদি য়াবিয়ুবা? ইমাগী অনীংবা অমগীদমক নচাগী অপাম্বা চাম্মা থাদোকপা ঙমগনি। অদুবু ব্রাফম অসিমতদি ইমানা হন্দোকপীয়ু কৈদৌবগে। হায়বা ইন্দবা মচা হায়বদু ঐবু তাহনবীনুবা?

যামিনী ঃ- নঙগী 'অদুবু' হায়বা ব্রাদুদনি ঐনা শাউনীংলিবা। ইমানা নঙগী ফত্তনবা কৈদৌনুংদা শীনবা হৌনদে। নঙগী আশাদা ইমা হিংলি। অদুগা নঙনা ইমাবু কপহল্লেনেকো। (কপ্পা)

সুরেন্দ্র ঃ- (ফুক হৌগৎলগা ফি শেৎকৎলকপা। মথন্তা শোনবা) মান্নি, ঙসি রাধা অস্টমিনি। ঐ চৎপা তাই। ঐবু মানা অদ্বৈত্যগী মন্দিরদা ঙাইরমগনি।

যামিনী ঃ- হায়রিমক্তদা মুরুম মুরুম শোন্দনা ফি শেৎলক্লিদুনা কদায়দনো? হা কদায়দা চৎকদৌরিবা।

সুরেন্দ্র ঃ- বিষ্ণুপুরদা চৎকদৌরিবা।

যামিনী ঃ- অদুদি ঐসু চৎকনি। নঙনা নথন্তা চৎপা য়ারোই। ঐ নতুং ইনগনি।

সুরেন্দ্র ঃ- ঐ লাই খুরুম্বা চৎকদৌবনি। অদ্বৈত্য ইবুংঙো খুরুম্লুরগা ঐ অমুক হল্লক্কনি।

যামিনী ঃ- ঐসু লাই খুরুমগনি। ঐ নঙবু শুকথা থাদোক্লোই।

সুরেন্দ্র ঃ- ইমা! ঐগী থম্মোয় ইমানা খঙবীবা ঙমদ্রে। ঙসি কৌবা নুমিৎসিদি ইমাগী শাপ ফংলবসু ঐ চত্তবা য়াদ্রবনি। অশিবা কৌবা লাইদুনা মাঙদা থৎলবসু ঐদি চৎকনি। ইমানা ইনবিরকপা ইনবিরক্তবা ইমাগী অপাম্বা অদু তৌবিরো। ঐ চৎলে ইমা! (চৎখিবা)

যামিনী ঃ- যামিনী ঐগী লাইবকসি থীখ্রেদকো। ইচা অমত্তং পোকপদা অসুক ব্বারিবসিনবু মচা ময়াম পোক্লিবা মমাশিংদু কয়াদা ব্বারমগবা? ফৈ ঐ চৎকনি। অদ্বৈত্য মন্দির তান্না চৎকনি। মানা মথ্বায়নি খঞ্জরিবী নুপীদু ঐগা উনগনি। মাগুম্বনা ইচাবু মাঙহনবা য়াগদ্রদো। (ফিংনা ফি শেৎপা হোৎনখিবগী মওং) ঐ পন্থবা য়াদ্রে।

(যন্ত্রনা শমথখি)

(অদ্বৈত্যগী মন্দির থোঙ্গালনি। সুরেন্দ্র বিনা ঙাইরি। লাকমন্দ্রবদা মতোমতা শোঞ্জে)

সুরেন্দ ঃ- ঙসি অসিনি মানা লাক্কনি হায়খিবা। নুমিত্তি তাশিল্লক্লে। করি তৌরবনো মহাক লাক্ত্রে। হায়নখিবা শোয়গন্দবা মানা লাক্তবসিদি ঐ ব্বাদবা ঙমদে। রাধা অস্টমি নুমিৎসিবু ঙাইবদা ঐ কয়াম ব্বারক্লবা। অদুবু অরেম্বদা তারে।

(তাঞ্জাদুদা থোইবা লাকই। মন্দির মনুংদগী মী লাঙবসু তায়)

থোইবা ঃ- (কয়া উশিত্তনা) সুরেন্দ্র বাবু! য়েংবদা নুংঙাইত্রেদা। লাকহন্নীংবা মী লাক্তবসিদি ব্বাবনি, ভায়।

সুরেন্দ্র ঃ- সোম্না তাকপীরিসিবু ঐবু ভাব তাবা ঙমদ্রেনে।

থোইবা ঃ- ভাব তাবু তারবসু, তাবু তাদ্রবসু বিনাদি লাক্লরোই। কৈনো শাউবু শাউব্রা? হোয় শাউরসু কায়দেদা।

সুরেন্দ্র ঃ- ঐ বিনা ঙাইবনি হায়বদি করম্না খঙবীবগে। ব্বাসি খরা চাউখৎপা মওংদা ঙাঙনবদি ফৈদা।

থোইবা ঃ- খঙবদা নত্তে, নখোয়নীবু শেন্নরিবা থোইবনি। নঙনা চাউখৎপা মওংকা হায়রিদুবু কয়াম চাউখৎনসিগে। ইরম মচা নত্তবগী খরা য়েংবগী ব্বানিদা। ইরমদা লাক্লগা হেক ফূবসু পাঙদবা মান্নিদো। ঐনা হায়রিসিনি। বিনা লাক্লরোই।

সুরেন্দ্র ঃ- ও! বিনানা হায়বা নুপাদু সোম ওইরে। ফৈ কৈদৌগে। অপাম্বদু হেক্তো তাকপীয়ু। বিনানা য়াবীদবগী খরদি খোয়শাউনবা মওং মাল্লিনে।

থোইবা ঃ- সুরেন্দ্র! নঙনা মদু হায়বগী নতীক লৈতে। অদুগুম্বা লল্লক্তগী খুল্লকপী, মপা মমা মশক খঙদবী নুপীদু ঐঙোন্দা থোইদোক্তে। ও! নঙনা

হেরো শাদুনা লৈরিসি অদুগুম্বী খোংবান লুক্লাংগী নুপী মচাদুগীনি নত্ত্রা? ঐনা বিনা মশাদা হায়বীখ্রবনি। অদুনা মহাক শিবা চঙবা খঙদনা মমা ফংদ্রিফাও মপান থোক্লোই হায়না লৈখ্রবনি। ফংদা ফংদ্রবদি মশা লংথোক্লম্বা মফমদুদা মতোমতা মৈ থাদুনা শিজগনি হায়খ্রবনি। মাবু কনবা ঙম্ব্রা য়েংজহৌ, হেরো।

সুরেন্দ্র ঃ- থোইবা ভায়! ৱাসি অমুকমুক তানসি। ঐগী ৱাসু তাখো। বিনা ওইনীংবা মী ওইসনু। মদুদা ঐ চিংনবা লৈতে। নহাক্না মদুদা কল্লক কঞ্জাওনা ঙাঙবগী করি কান্নবা লৈ। শলফাওবা ৱাইন্দ্রবা মতমসিদা থোইবনা ঐবু খৎনবা হৌরি। ঐবু শাউনবা খোয়দৌ শিকপা ৱা ঙাঙলি। ঐ চপ চানা পাউখুম পীনীংবনি। অদুবু ঈশ্বরগী শেংলবা মফম অসিদা ঐনা নঙগা মান্ননীংদ্রে। তৌনীংবা তৌজরকউ। ঐ চৎলে।

থোইবা ঃ- হে! অদুদি ঙাইখো। চৎখিবা য়ারোই। ৱা শেংদোক্লখিবা তাই। নহাক ঙসি থোইবা কনানো খঙবা তারেদনা।

(মতাংসিদা সুরেন্দ্রগী মমা যামিনী থুংলৈ)

যামিনী ঃ- ঙাইখো। ঙইখো। ইবুংঙো। করিনো নখোয় অনীনা অদুক শাউনা ঙাঙনরিদুবু। ইবুংঙো মহাকসি ঐগী ইচানুপানি। ঐ মাবু থিরক্লিবনি। করিগী শাউনরি। ইবুংঙোসু চৎলো। ঐ মাবুসু পুদুনা চৎলগে।

সুরেন্দ ঃ- ইমা! মফমসিদা। অদুম্না মাবু করিগী থেল্লিবনো। ঐ মাবু পারা চপ চানা তম্বীগে।

থোইবা ঃ- ও! নমানা নঙবু নথ্বায়ফাওদি কনবীরেহে। নমাগী মাঙদা হেক ফূবদি ফজবা ৱাৎলি। থোইবগী ইজৎ মাঙবা ৱানি। নোংমা থেংনসি, হেরো। ঐ থোইবনি। মুন্না খঙলগা চৎখোকো।

যামিনী ঃ- লাক্লোনে নুপামচা! ফজদ্রে হায়বনি নঙবু। চৎলুনে।

(যন্ত্রনা শমথখি)

# তরুশুবা তাঙ্কক

(বিনাখোয়গী ইমুং। বিনা হিপ্তুনা মথ্বায় নুংঙাইতনা লৈ। চাক ঈশিং থওইদবগী মতৌনি। মপানা থেল্লি।)

মপা ঃ- ইপাগী ইবেম্মা! নঙবু কৈদৌরবগে? ৱাসু লানসু ঙাঙদ্রিসিবু। নশাদু নুংঙাইতবরা। ইচাগী পেন্দবা করি লৈবগে, হায়য়ুনে ইপাদা।

বিনাঃ- ববা! ঙসিদি ববাদা হংলোই খনবা, হংফম থোক্তবা ৱাফম অমত্তং হংজবা তারে।

মপা ঃ- করিনো হংঙুনে। ইচাদা কনানা করি হায়রকপা য়াওবগে।

বিনাঃ- ববানা হায়রক্লমগনি খল্লিবা ৱাফমদুমক ইশাদা হায়রক্লে। ববা লোৎপীরনু হৌজিক্তি। নচাগী ৱাখল খনবা লোইরে।

মপা ঃ- করিনো ইবেম্মা। নঙনা ঙাঙলিবা পূম্বসিবু। ইপা ভাব তাদ্রে।

বিনাঃ- ববা! মৈবু ফিনা কয়াম কুইনা কুপ্তুনা থমগনি। মদুগী করিশু ৱাবীগনু। ঐ করিশু নুংঙাইতবা তৌদ্রে। অদুবু ববা! ঐবু খুল্লকপগী ৱারীদুদংদি নচাদা ফজনা লীবীয়ু?

মপা ঃ- মদু হায়গনু ইবেম্মা!

বিনাঃ- হায়বীদবা য়াররোই ববা! ববা নত্তনা ঐগী মাঙখ্রবা লংজিন অমুক ফংলোই। ববানা নচাবু নুংশিবিরবদি ঐগী লংলা সিদদি তৎহনবীনু।

মপা ঃ- ইপাগী বিনা! ইচাগী থৱায়না অদুক শেংনা হায়রবদি ইপা লোৎলরোই। ইপা লীগে। নোংমা নুমিদাংৱাইরম ঐনা থোংজাউরোক তুরেল পরীংদা নূং থিবা চৎলুবা হল্লকপদা ইখঙ খঙদৌদনা চীংখোঙদা, মোংশোং অমগী মরুমদা অঙাং অমা কপ্লকই। ঐনা চেনশিন্দুনা য়েংলুবদা ঙৌরোক ঙৌবা অঙাং অমা শংবানবা ফি অমনা য়োল্লদুনা লৈরম্মী। ঐনা ফনা লাউই, কনাসু পাউখুম পীরক্তে। উপাই লৈতবনা ঈশ্বরনা ঐগীদমক তম্বীরবনি খন্না অঙাংদুবু পুরকখি। মচা লৈজদ্রবী ঐগী নুপীনা কয়াদা হরাউজখিবা। অদুবু নঙনা লৈশাবী ফারকপসিদি উবা ফংদনা চৎখ্রে মাদি সংসার থাদোক্তুনা।

বিনা ঃ- ববা! ঙাইবিখো। মচা নুংশিবা খঙবী মমা ওইরবদি মচাগী মরী মখোঙ মাঙহল্লম্লোই। ফিদুদা নক্লগা ঈশাদা খঙনবা করি খুদম থল্লম্বগে। মদুদংগা তাকপীয়ু।

মপা ঃ- নশাদা খুদম করিশু য়াওরমদে। অদুবু ফিদুদদি শংবানবা ফিদুগী মথক্তা অঙৌবা লংনা 'তাম্না' হায়না থারম্মী। ঙসি ফাওবা ইপানা নঙগী শাক্ষি ওইনবা থল্লি।

বিনা ঃ- য়ারে ববা! ঐগী ইমা ফংলনি। ইমা খঙলবদি ইপাসু খঙলগনি। ইমানা ঐবু য়েংদুনা অদুম লৈরমগনি। ঐনা ইমাবু কৌরগনি। ববা, ফি অদু ঐঙোন্দা অমুক্তা পীবীয়ুবা।

মপা ঃ- মতম অসিদবু ঙাইরিবনি ইবেম্মা। ইপানা চেকশিন্না থল্লি। ইপানা পীগনি। (উপুদগী লৌথোকপগী মখোল) সে য়েংঙু। ঙসিফাও মচু মক্তি। ইচানা ফি অসিগী মথক্তা কপ্পুনা লৈরমখিবনি।

বিনা ঃ- (ফি লৌবা) পীবীয়ু ববা। কয়াদা ফজখ্রবা ফিনো। ইমানা ঐবু য়োম্বীরম্বা ফি অসি অমুক্তা ঐনা চেৎনা কোঞ্জগে। ঙসি ফাওবা ইমাগী নুংশিবা মনম ফংজদ্রি। কয়াদা ঈংখ্রবা, কয়াদা থম্মোয়সে নৌরক্লবা। ফিসি অমুক্তসু ইন্দুনা য়েংগে। ইমাগী মথানুংদা লৈবগুম কয়াদা নুংঙাইরবা। আ! কয়াদা ঈংখ্রবা। ইমাগী মীনুংশিনা থুম্মৎলক্লে ববা। ঐনা ইমাবু হৌজিক কৌরগনি।

মপা ঃ- করম্না ইপাগী ইবেম্মা।

বিনা ঃ- মতম ঙাইবীয়ু ববা! নচানা কৌরগনি। (মপান থোকখিবা)

মপা ঃ- কদায়দনো ইবেম্মা নঙনা থোক্লিবদুবু। হৈমা, শুমাঙদা লেপ্লগা নঙনা তৌরিসিবু করিনো?

বিনা ঃ- (লাউবা) লৈকায় পূম্বা তাবীয়ু

ঐ উরগা মুশুক মুশুক ঙাঙনবা
ঐ ইশানা তারে, খঙজরে।
ঐ তশেংনা খূল্লকপীনি।
ইমা ইপা মশক খঙদবীনি।
অদুনা ঙসিদগী অমুক ঙাঙনবীরনু।

অদুগা সিমসু তাবীয়ু
করিগুম্বা ইমাদুনা হিংলম্বা থোক্লবা
ঙসিদগী মঙানি শুবা ফাওবদা
ঐবু মচানি হায়বীরদ্রবা
ঐবু লংথোক্লম্বা মফমদুমক্তদা
ইতোমতা থাউ হৈজিন্দুনা
মৈ থাদোকচরগনি।

মপা ঃ- ইপাগী বিনা! করিনো নঙনা তৌরিবসিবু। ইপা লৈরিনে, ইবেম্মা! ইপা লৈরিয়ে। ইপা লৈরিঙৈদা কনাননো ইচাগী মতু নাম্ম তৎহনগদবা। সংসার পৃম্বনা নাকল অমদসু লৈসনু, ইপানা ইচাগীদমক লেপ্পি। ঐনা হেক পোকচবা ইচানি নঙসে। মালেম অসিনা নঙগী অপোকপী নমা ওইরবনি। নহাক মালেম ইমাগী মচানি। নঙগী করিসু ৱাত্তে, ইবেম্মা। ইচাগী মতৌ য়েংবা ঐ ঙমদ্রে। ঐ শিনিংলে। ইপাগী ইবেম্মা, ইচাবু লাকচবা কনা কনানো। ইপাদা হায়যুনে। ইচাগী নমাঙ থানা ঐ শিদোক্কে। ইপাগী ইবেম্মা লাকও। ইমুংদা চঙলক-ও।

(যন্ত্রনা শমথখিবা)

# তরেৎশুবা তাঙ্কক

(সুরেন্দ্রগী ক্কাটরনি। নুমিদাংনি। নোং অঙকপদা চুরি। নোং চুবগী মখোল মরক্তা সুরেন্দ্র মথন্তা ব্রা ঙাঙলি)

সুরেন্দ্র ঃ- (মথন্তা)নোংসি কনখ্রেদা। ঐবু লৈবা ঙম্লক্ত্রে। মাবু করি থোক্লবা। ঙসি রাধা অস্টমি নুমিৎসি অদ্বৈত্য মন্দিরদা উনসি হায়নখিবনি। অদুবু মহাক লাক্ত্রে। মহাক শোয়দনা লাক্কনি খল্লি। নাব-য়েকপা য়াওরব্রা খঙদ্রে। নত্রগা ঙসাই থোইবা হায়দুনা হায়রল্লিবা ব্রাদুনা করি। বিনাবু তসেংনা মমা মপা মশক খঙদ্রবী হায়বদুরা। মদু ওইরম্লগনা কৈদৌবা। শাৎলিবা থম্বাল উরগা শাৎফমগী ব্রা খনফম থোকপরা। ঐগীদি বিনানা ওইনীংবা ওইয়ু। পুন্সিসিমগী মাবু থাদোক্লরোই। মহাক কৈনো অমদি শোয়দনা থোক্লে। ঐ অমুক্তদি চৎনীংখ্রেদা ময়ূমদা। অদুবু ইমানা শঙদুনা ক্কাটর অসিদা লৈখ্রবনা ঐ উপাই লৈত্রেদকো।

যামিনী ঃ- নুপা মচা! মপান্দা ফমদুনা লৈরনু। চঙলকও! চাক লোইরে। নোংনা তাবনে। চাক চাথোক্লসি।

সুরেন্দ্র ঃ- (মথন্তা) বিনা! নঙনা লাক্তববু করি থোক্লগে নঙোন্দা। ঐবু লৈবা ঙম্লক্ত্রে।

যামিনী ঃ- ও! মুরুম মুরুম শোনবদু তোক্লো। চাক চারসি লাকও! উম! নঙ ঙাওদুনা চৎখিব্রা খঙদ্রেকো। নুপামচা! ইমা ব্রারেদকো।

সুরেন্দ্র ঃ- লাক্লে। ইমা! ঐ চাক চানীংবা পোক্ত্রে। ইমা হান্না চাবীরো।

যামিনী ঃ- নঙ চাদ্রদি ঐসু চাররোই।

সুরেন্দ্র ঃ- ইমা নঙগী চক্রিসি কল্লিদকো। চারসি ইমা। ঐ চঙলক্লগে।

যামিনী ঃ- ইমাগী সুরেন্দ্র! নহাকপু ভাব অমুক্তা তাউবা। ইমানা হায়বসি নহাক য়াররোইদ্রা? নঙগী আশাদনি ইমানা হিংলিবা। ইমাবু করি ওইয়ু হায়বগে? ঙসাই খৎনরিবদুসু নুপীদুগীনি নত্রা? নুপাদু শাউনা লৈহৌইকো। নঙ অফবা ওইররোই, ইমাগী ইবুংঙো।

সুরেন্দ্র ঃ- নত্তে ইমা! ইমাগীদমক ঐ পূন্নমক থাদোকপা ঙমগনি। অদুবু ইমা

ঐনা বিনাবুদি থাদোকপা ঙম্লরোই। মাগুম্বা মীশক অমনা ঐবু কৈদৌবা য়াগনি। ঐগা থেংননি ইমা।

যামিনী ঃ- বিনা, বিনা, বিনা, করিনো নঙনা অদুগী নুপী অদুগীদমক ৱারিববু। নহাক তুংগী করিসু খল্দ্রেদনা। নহাক ভাব তাউনে, ইবুংঙো।

সুরেন্দ্রা ঃ- ইমা! লৈখোমদগী হৌরকই হায়দুনা থম্বালবু কনানসু মীরাইনদে। থম্বালগী লৈনম্বুদি নুংশি হায়গনি ইমাসু। অদুবু থম্বালনা লৈখোমদা হৌবদি চৈরি ইমানা।

যামিনী ঃ- থম্বালসু ওইসনু, থরোসু ওইসনু। ইমাদি তুংগী খল্লি, নঙগী হয়েং করি ওইহৌনি। চাউখৎপা পাম্বা তাইবঙনি। করিগী মসি খঙদগে।

সুরেন্দ্র ঃ- নত্তে, ইমা! নুপীগী মরলদি পৈশাদু নত্তে। পৈশানা কৈদৌনি থম্মোয় পান্দ্রবদা। নুংশিবা লৈবা মফমদা পূম্নমক লৈগদৌরিবনি ইমা। নচাগী ৱাফম অসিমতংদি য়াবিয়ুবা কৈদৌবগে।

যামিনী ঃ- সুরেন্দ্র, নহাক য়াম্না হৈরে ঙাঙবা। অদুবু নঙনা তুংদা কপ্লক্কদবদু ইমা খঙঙি। নঙ অনুতাপ লাক্কনি। ইমাদি হয়েংমক চৎলনি। নঙগী নাক্তা লৈররোই। হায়বা ইন্দবা মচা ওইরে নঙ। নঙনা থোকপা তৌ। অদুগা ইমাবু থিরক্লনুকো।

সুরেন্দ্র ঃ- ইমা! মদুনা করম্বা শাপ্লো। ইমানা হায়রিবা পূম্বা ঐ খঙঙি। অদুবু ইমা নঙনা ঐবু উপাই লৈজদ্রবী, ঐগীদমক ৱাজরবী নুপী মচা অমবু হাৎপগী পাপ অদুদদি পুহনবিগনু।

যামিনী ঃ- পাপ পুগে পু, শাপ ফংগে ফংঙু। নহাক ইমানা হায়বা ইনগদবনি। মদুনা নঙগী অফবা ওইগদৌরিবনি। ঐসে নমানি। ঐনা নঙগী ফত্তনবা কৈদৌনুংদা শীল্লোইকো। ঐ চঙঙে। (চঙখিবা)

সুরেন্দ্র ঃ- ও! ঐনা তৌগদবসি করিনো। ঐ ঙাওরে, ঐ পূমঙাও ঙাওরে। বিনা নঙবু করম তৌরমগবা। হৈথরিবা নোং! নঙনা করিনো হায়রিবসিনা। বিনাগীদমক কপ্লিব্রা? হে কুমগী নোং, নঙনা চামথোকপীয়ু বিনাগী, ঐগী থম্মোয় অনীমক। নঙনা পুথবিখো ঐখোয় অনীগী অৱা-অনা পূম্বা। অদুগা তাহনবিয়ু অয়ূক্লা লাকপদা নঙনা বিনাগী অফবা পাউ অমতদি।

(যন্ত্রনা শমথখিবা)

# নিপানশুবা তাঙ্কক

(অহীং থেংথরকপগী তীন-কাঙগী মখোল। নোং মরক্তুদা নুপী অমা ফিমু শেত্তুনা বিনাখোয়দা চঙলকই। বিনাবু তপ্না হৌদোকই )

নুপী ঃ- বিনা! বিনা! বিনা নঙবু তাদ্রবরা?

বিনা ঃ- (থোঙ হাংদোক্লকপগী মখোল) কনা ওইরবনো? করি পাম্বনো?

নুপী ঃ- বিনা, নঙবু উনবা লাক্লিবনি। ঐনি।

বিনা ঃ- ইমা! নহাক অহীং অথেংবসিদা কমদৌনা। পোৎ-চৈ অমত্তা শাদ্রে। ইমাগী পোৎ পীনীংঙাই ঙসিদি লৈজদ্রে।

নুপী ঃ- ইবেম্মা! ঐ পোৎকি লাকপা নত্তে।

বিনা ঃ- করিগীনো ইমা অদুদি। হয়েং নোং ঙাল্লগা লাকপীবা য়াদব্রা?

নুপী ঃ- নঙগী পাউ তাবদা নুংঙাইতে। অদুনা লাক্লিবনি।

বিনা ঃ- ইমা! অদুগী ওইরদি ঐগী ইরাইবক্কিনি। অদুবু ঐগী ইমাদু হিংলম্বা থোক্লবদি থম্মোয় কনমল্লি। ঐদি শিরগদবনি। মহাক পেল্লসনু।

নুপী ঃ- মদু হায়গনু, ইমাগী ইবেম্মা! করম্বা মীওইবনা। করম্বা নুপীনা নঙগী ৱাফমসিদা লোত্তুনা লৈবা ঙমগনি। খোঙফম্না য়াদবা ওইরমগনি।

বিনা ঃ- খোঙফম ফনা ওইরসু ইমা! ঐবুদি মানা অমুক উবা ফংলরোই।

নুপী ঃ- মদু য়ারোই বিনা! ঐনা নমা শোয়দনা পীগনি।

বিনা ঃ- (হরাউনা) করি হায়বা ইমা! নঙনা ইমা তাকপীগনি হায়বা। হায়বীয়ু ইমা! মশক থীজসনু, অঙাওবীসু ওইসনু। ঐগী ইমাদু ঐ উনীংবনা লোইরে। মাবু হৌজিক য়াওরকপরা? কদায়দা লোত্তুনা অমুক লৈরিবগে। ইমা! ইমা! (কপ্লী)

নুপী ঃ- কপ্লগনু ইমাগী ইবেম্মা। ইমা খাঙবা ঙম্লক্রে। নঙবু পোকপী, লাইবক চাউবী নমাদু কনাসু নত্তে। নমাঙদা লেপ্লিবা ঐসিনি। লাউ, ইমা অমুক্তা পেন্না কোনগে, বিনা।

বিনা ঃ- নত্তে! নঙ ইমা নত্তে। ঐ খঙঙি, নঙনা ঐগী পাউ তাবদা তৌশিন্নবা ৱাহৈনা ঐবু কনবা লাকপনি। ঐ শাশিন্নবা নুপীদা ইমা কৌবা ঙম্লোই।

নুপী ঃ- ইমাগী বিনা! নঙনা ঐবু পেন্না চৈয়ু। অদুবু ঐ নঙগী অশেংবা নমানি। ইমানা খুদম অমা থমখিবনি। নঙবু য়োম্বা ফি অদুদা ইমানা অঙৌবা মচুনা 'তাম্না' থাখিবনি। তামশ্রবী নমা লাক্লে। ইমাবু থাজৌ বিনা।

বিনা ঃ- (কপ্না) অদুদি হায়বীয়ু ইমা! করিগীদমক নথানুংগী নচাবু অদুক নুংশি হৈতনা লমহাংদুদা লংথোক্লম্মী। মদুবু মমা অমনা তৌবা হৌনবা মচৎলা?

নুপী ঃ- নত্তে। মদু ঐ খঙঙি। অদুবু সমাজ লৈ। নঙবু লংথোক্তবা য়াদবগী ৱারী লৈ। নঙবু পমদুনা পুখিবা মীৎকুপ্তা ইমানা উ মরুমদা ৱাম্থদুনা লাক্লখিবদুদি নঙনা খঙলরোই।

বিনা ঃ- তোকপিরো ইমা! ঐ নুংঙাইরে। ইমা মশক খঙজরে। ইপা মশক খঙলনি। শাগে খঙলনি। ঐ অসুক নুংঙাইবা লৈত্রে। অদুনা ইমা নহালমখৈ লোৎলুরবসু ঙসিদগীদি নচাবু সমাজ মমাঙদা ইচানি হায়না অমুক্তা লাউথোকপিয়ু। ইমা ইচা লেঙদনা লৈমিন্নরসি। নহাক অমুক চৎখ্রনু ইমা।

নুপী ঃ- মদু য়াদে, ইমাগী ইবেম্মা। ঐবু ঐগী অপাম্বগী মায়োক্তা ইমা-ইপানা শাগে অমগী মৌ ওইহনবিরে। নঙগী থৱায় কনগে চেল্লকপী নমানি। ঐ ফোংবা হন্দক মপোক্কীদি য়াররোই। নপা মশক তাক্কনি। শাগে মশক তাক্কনি। নঙ শিবা য়াদে। নঙনা শিবা মীৎকুপ্তা নমাসু শিগনি। ইচাগী তুং ইনবা ঙম্লোইদবী নমা নত্তে। নঙ ইমাবু হাৎপা পাপ পুবা ঙমগদ্রা? হায়য়ু।

বিনা ঃ- করি করম্বা মৈচাক্লো অমুক পীবীরিসিনা ইমা। ঐ হিংবসু য়াদ্রবা, শিবসু য়াদ্রবা?

নুপী ঃ- ইমানা হায়রিসিনি, বিনা নঙ শিবা য়াদে, নঙ শিবা য়াদে, ঐ চৎলগে।

বিনা ঃ- ঙাইবিখো ইমা, ঐবু ঈ মতুমদগী য়োকপীরকপা ইপাবু অমুক্তা ৱারী শাবীরম্মু। ঐ হৌদোকচরক্কে।

নুপী ঃ- য়াদ্রে। ইমাগী ইবেম্মা। ঐ মীৎকুপ অমা পম্থবা য়াদ্রে। ঐনা লাক্লিবসি হূৱানবী অমগী শত্তম লৌদুনা লাক্লিবনি। তাইবঙ কনা খঙবা য়াব

নত্তে। নঙনা নাকোং অনী শুহল্লকপা মীৎকুপ্তা ইমা হিংদ্রে খঙঙু। তৃমহৌরিবা থব্রায়শিংদুনা মীৎকপ থোক্ত্রিঙৈ ইমা য়ৌদবা য়াদ্রিবনি। সে,নঙগী নপা মশক তাল্লগে, শাগৈ মশক তাল্লগে। চিঠী অসিদা লোইনা ইরবনি। ইমা চৎলে।

(চৎখিবা)

বিনা ঃ- করি চিঠী অসিদা ঐগী মরী মখোঙ তাল্লবা। অদুদি ঐ পাবা তাই।

(চিঠী পাই)

ইমাগী ইবেম্মা!

ইচাগী পাউসি তাবদা ইমা থম্মোয় কায়রে। ইমা অমুক লোৎলরোই। অদুনা ইরি ঐনা নঙগী ব্রারী। নঙগুম্না মথোৎ কারকপদা ঐগীসু আশানা থল্লবা পুক্সি অমা লৈরম্মী। আশাগী মরুমদা ঐগীদমক চীংগুম লেপ্পীবা মহাকসু লৈরম্মী। অদুবু নোংদম্বনা তম্ববু কনানা ককপা ঙমগনি। গাড়ী এক্সিডেন্ট অমদা নুংশি পন্থুং য়ৌদ্রিঙৈ মহাক্তু ঐবু লংথোক্লম্লগা সংসার থাদোকখ্রে। অদুবু ঐগী নুপী ওইবীগী লৈজবা পূম্বা মঙোন্দা হান্না কখোকখিবনা মদুগী মহয়দি ঐনা চাজবা তাখি। ইমা ইপানা মাঙহনখিনবা ফনা হায়রসু ঐনা নুংশি খুদোল মাঙহনখিদে। অদুবু সমাজবু কিজবনা খাউপুমদা লোৎপা তাখি। নঙনা তাইবঙ ফাওরক্লবদা নঙবু লংথোকপা নত্তনা উপাই অমা লৈখিদে। অদুবু ঙসিফাও নঙবু লাপ্লে লাপ্পা, নক্লে নক্লা ইমানা শেন্নরি।

নঙগী নপা মশক তাল্লগে, শাগৈ মশক তাল্লগে। ইমানা ইদুনা পীরিবসিনি। মসিনা নঙ পেল্লো। নঙ লমজা শারা নত্তে। মতম অমা ঙাইখিসি। নঙ শিবা য়াদে, ইমাগী বিনা। নঙ নত্তনা নাকোং অনী শুবা য়াবা নত্তে। ইমাগী ইজৎ, সনমান পূম্নমক ঙসি নখূত্তা শিন্নরবনি। নঙগী শাগৈ-নাতৈ মশক খঙলবা নত্ত্রা? মসিনা পেল্লোকো, ইমাগী ইবেম্মা।

নহাক্কী নমা

রুহিণী।

বিনা ঃ- (কপ্পা) করিনো ঐনা তৌগদবা। ঐ ব্বারে ইমা। ঐবু করম হিংঙু হায়বনো ইমা। ঐ লৈবা ঙম্লরোই। পলেম নঙনা ঐবু মীচেন ওইহনগদৌরিবরা? ইপা ইমা মশক খঙলে। হরাউগদবা ঐনা ঐগী ইজৎত্তা নত্তনা পলেম নঙগী ইজৎসু কনবা তারবকো। করিনো ঐনা তৌগদবা।

(যন্ত্রনা মখা শমথখি। থোইবখোয়রোমদা থোইবসু তূমদনা মতোমতা ব্বাখল তৌই।)

থোইবা ঃ- ঐ হৌজিক করি তৌবা তাই। থোইবা ঐ মায়থীরে। ঐ নুংশিগী লানফমদা ঐ মায়থীরে। নত্তে, ঐ মসি খক য়াব ঙম্লোই। ঐনা বিনাগী থম্মোয় জয় তৌবা ঙম্লবা হোৎনগনি। অদুদি করম্না?

অশাউবা মীৎকুপ্তা মাবু কয়াদা থীনা চৈবীরুরবা। মী অমদা হায়ফাও পাপ পুরগদবা ব্বাহৈদু, মশাদা পেন্না হায়রুরবকো। মহাক্না ইকায়রমগদবা। মহাক্না থম্মোয় কায়রমগদবা। ঐ ওন্থোক্না নীংঙম্লক্রে। ঐ অসি কয়াদা তমথীরুরবা। ঐ প্রায়শ্চিত তৌবা তাই। ঐ নাপল থদোকপা তাই। ঐ বিনাদা লাল্লে হায়জরুবা তাই। ঐবু নোং মরক অসিদা চৎলুসিরা? অহীং অসিদা ঐবু লোন্না মাবু পোকপা মপাবুং অমদি বিনা মাশাদা ব্বাহৈ অমতং ফোংদোক্লুরসিরা? অদুদা ঐবু নুংশিবিরক্দ্রা? হে নুংশিবা! নঙসি ওন্থোক্না তমথীদকো। কথোকপা, হায়জবা নত্তনা নঙনা পেনবীবা পোৎশক অমতসু লৈতেদকো। ঐনা মাবু খুল্লকপী, লমজা মচা হায়না কল্লক পেনবা উৎলুরি। মদুদা ঐদি করি ফংঙি। ঐগী করি কান্নে। মহাক্কী অখাবা মীৎয়েং নত্তনা। মাগী মীৎয়েংদগী থোরকপা মৈরীনা ঐগী থম্মোয় লকানুং লমজাউ খোনবা মৈরীগুম চাক্লে। ঐগী ব্বাখল, পূক্লিং পূমশেং শেংলে। ঐ নুপী মচা অমা হাৎলুবগা চপ মান্নরে। ঐগী পাপ তীর্থ কয়া চত্তুনা খুরুম্লুরবসু, নত্তগা চহী যুগ অমা তপ তৌরবসু কোক্লরোই।

মহাক্কী নুংশিববু খৌরাংলিবা ঐগী থম্মোয় পাপ অমদুম লংশিল্লুরে। বিনাদা লানখ্রে হায়জবা নত্তনা ঐগী ইপাপ কোপীগদবা,

*কোকপীবা ঙমবা কনাসু লৈত্রে। ঐ হৌজিক চৎকনি। ঙসি অসি হেক লানখিবদা মহাক্কী ব্রাশক ঙাকখিনি মাদি। মতোমতা থাও হৈজিন্দুনা মহাকপু লংথোক্লম্বা মফমদুদা শিজরগনি ব্রাশকখ্রবনি। মাগী অরোইবা মীৎকুপ্না য়ৌরক্ক্রিঙৈ, ঐ নোং অসি ঙান্দ্রিঙৈ চৎকনি। অদুগা ঐ বিনাদা লানখ্রে হায়রুগনি। ঐ শোয়দনা চৎকনি।*

**(যন্ত্রনা মখা শমথখি, ঙহাক তুমিন্না লৈখি। অদুগা অসোমদনা বিনানা তপ্না মপা হৌদোক্লকই)**

বিনা ঃ- ববা! ববা! অমুক্তা হৌগৎপীয়ু।

মপা ঃ- (মমীৎ শিংলকই) কনানো! ইবেম্মা! কৈদৌরে। নঙবু করিমত্তা তূমদ্রবরা?

বিনা ঃ- ববা! ঐ তূম্বা চঙদ্রে। ঐ করিগুম্বা অমত্তা হায়জগেবা?

মপা ঃ- হায়য়ুনে। ইচাগী ব্রা ইপানা তাগনি।

বিনা ঃ- শোয়দনা য়াগনি তাকপীয়ু। ববা!

মপা ঃ- ঐ শোয়দনা য়াগনি। হায়য়ু।

বিনা ঃ- ববা! অদুদি চৎলসি।

মপা ঃ- কদায়দা! করিনো ইপাগী ইবেম্মা নঙনা হায়রিসিবু।

বিনা ঃ- ববা! নোং ঙানবনা হানখ্রগনি। ঐ নোং ঙানবা য়াম্না কিরে। ঐ সমাজবু য়াম্না কিরে।

মপা ঃ- ইপা লৈরিসিদি। করিগী চৎকনি। মসি নয়ূম্নিনে।

বিনা ঃ- মদু পূম্নমক নচাসু খঙই। অদুবু ঐদি লৈবা ঙন্নরোই। ববানা য়াবিরগনা নচাবু থাদোকপিরো। ইথন্তা কদায়দনো চৎচখ্রগে। ঐ চত্তবা য়াদ্রে ববা! (কপ্পা)

মপা ঃ- ইচাগী থম্মোয়না অদু য়ৌরবা। ইপা য়ারে। চৎখ্রসি লাপ্পা। ইপানা ইচাবু থাদোকপদি শুকঙম ঙল্লোই। ফি-রোল য়োম্মু। করি করি পুসিগে।

বিনা ঃ- ববা! নচানা পুগদবা খরা য়োম্বা লোইজরে। ববাগী করি ব্রাৎলিবগে য়েংবীয়ু। ইজৎনা পূম্নমক্তগী হেল্লি। অদুনা লৈজহৌরসনু পূম্নমক।

মপা ঃ- নুংশিদকো। ইপাগী ইবেম্মা। ইচানা ঙাঙথোক্লকপা পূম্নমক ইপানা

য়াই। লৈহৌরসনু নুংশিরবা খাংপোক অসিসু। ইচাগী ইজৎ ইপানা কনগনি। চৎকনি নঙবু পুদুনা লাপ্না। মীব্রা-মৈশা তাদবা লম অমদা। মফমদুদা ইপা ইচা ঈংনা লৈরুরসি।

বিনা ঃ- চৎসি অদুদি ববা।

মপা ঃ- থোঙ শো লোল্লম্মু। ইপা শুমাঙদা ঙাইগে।

বিনা ঃ- লোল্লম্লগে ববা! (মথন্তা) লৈহৌরোকো হে নুংশিরবী খাংপোক। নচা লাইবক থীবীনা ঙসিদগী থাদোক্কুনা চৎপা তারে। ইশাগীদি লায়রদুনা ইমাগী ইজৎ কন্দবা য়াদ্রে। ইমা ইচাগী ইজৎকীদমক নঙবু লংথোক্লুম্বা তারে। নচাগী লাইবক্তা তন্নল্লবা অমুক লাক্কে নফমসিদা। ছো অসিদা ঐনা থেত্তুনা থমজরল্লিবা পোৎশক অসিমতংদি মপু অদুনা লাকপা থোক্লবদি পীবিখোকো নহাক্লা।

মপা ঃ- ঈপাগী ইবেম্মা! লাকও, লাকও চৎলসি। নোংসি ঙানগদৌরক্লে। (যন্ত্রনা শমথখি, ঙাইহাক ভুমিন্না লৈখি।)

বিনা ঃ- ববা! মীৎকুপ অমত্তং লেপ্পীরম্মু। অদ্বৈত্য ইবুংঙোবু অমুক্তা খুরুমজরমগে।

মপা ঃ- খুরুম্মু। খুরুম্মু। ইপা লম্বীসিদা লেপ্লমগে।

(ঙহাক্তং লৈরগা শরীক মখোল তরেৎলক তারকই। সুরেন্দ্রসু তায়। ফুক হৌগৎলি।)

সুরেন্দ্র ঃ- (মথন্তা) করিনো। অদ্বৈত্যগী শরীক মখোল তরেৎলক। নত্তে, ঐগী বিনানা ঐবু কৌরে। বিনা ঐ লাক্লে। ঙহাক্তংদি ঙাইরমখো।

যামিনী ঃ- করিনো নুপামচা। থেংলবা অহীংসিদা নঙনা তৌরিসিবু। কনাগী বিনানো। হা! মঙ হাদ পঙউ উরগা নঙনা কদায়দা চৎকদৌরিবা।

সুরেন্দ্র ঃ- নত্তে ইমা! শরীক মখোল তাদ্রা? ঐবু কৌরে। তরেৎলক য়েখ্রে।

যামিনী ঃ- য়ারোই হায়রিসিনি। নঙ ইমানা হায়বা য়াদ্রেদনা। ফরে, ফরে, নঙনা ইমাবু কাল্লগা চৎলু। ইমা থোংজিনসিদা হিপ্লবনি। (থোঙজিন্দা হিপ্পা)

সুরেন্দ্র ঃ- ও! ইমা! পলেম অপোকপী! নচাবু থাদোকপীযুনে অমুক্তা। ঙসি অহীং সহরসিদা অব্রাবা তারবী নুপীমচা অমনা ঐবু তত্তনা কৌরিসি, ইমা নঙবু তাদ্রবরা?

*যামিনী ঃ- ইমাগী সুরেন্দ্র, নঙ ভাব অমুক্তা তাউনে। নঙ চৎখিবা শুকয়া য়ারোই।*

*সুরেন্দ্র ঃ- ফরে ইমা! ঙসিদি নুংশিবগী অরোইবা চাংয়েংনি। নচাগী কান্নদ্রবা* হকচাং অসি ইমাদা কৎলম্লগে। থব্রায় মানা, উপাই লৈজদ্রবী, ঐবুতা কৌরবী মাগী মনাক্তা চত্তবা য়াদ্রে। ঐ শিদোক্লগে, ইমা! নঙ পেল্লো ইমা! ঐ শিরগনি। ইলেক্ট্রিক অসি পায়দুনা ইশাবু চিংহল্লগনি।

যামিনী ঃ- ইমাগী সুরেন্দ্র! ঙাইখো। ইমা মায়থীরে। নঙগী লম্বী অমুক থৎলরোই। নঙগী থম্মোয়না অদু য়ৌরবদি ইমা করিসু হায়ররোই। (হৌগৎপা)

সুরেন্দ্র ঃ- বিনা! ঐ লাক্লে ঙহাক্তদি ঙাইরমখো। (চেনখিবা)

যামিনী ঃ- চৎখ্রসনু। ইচাগী মনীং থুংলসনু। অদুবু ঐ চৎপা তাই। ইচাবু মদোম থাদোকপদি চুল্লোই। মানা টোর্চ লাইট কাপ্তুনা চেনখ্রিবা লম্বীদা ঐ ইন্নগনি। নোংসু হাংখ্রে। ঐ চত্তবা য়াদে।(মমাসু ইন্নখিবা)

(যন্ত্রনা শমথখিবা)

সুরেন্দ্র ঃ- (মথন্তা) কদায়দনো ঐনা থিরুগদবা। শরীক মখোল লেপখিবদা ঙায়রি। মানা পায়রম্বা থৌরিসু য়াম্বুরি। অদুবু বিনা নঙনা কদায়দা। ঐ হৌজিক চৎপা তাই। মাগী য়ুমদা চৎকনি।

(যন্ত্রনা শমথখিবা)

করি। য়ুমসিসু ইচিক চিক্লবা। থব্রায় পানবা জীব লৈবগী খুদমফাও লৈত্রবা। ছো লোল্লি। ও! ছো লোল্লগা চৎখ্রবা। বিনা নহাক ওইনিংবা অমা ওইয়ু। নঙ ঐগী থব্রায়নি। নহাক লৈত্রবদি ঐ লৈবা ঙল্লোই। করিগীনো নঙনা ব্রাহে অমতসু তাক্লমদনা হেক্তা মাঙখ্রিববু।

(ঙহাক্তং লৈরগা)

করিনো ছো অসিদা চে অমা লৈরে। মানি বিনানা ইরগা থনম্বা শোয়দনা ওইগনি। করি ইরিবা। ঐ পাবা তাই। টোর্চ লাইট মঙালদা ঐ পারগে। (চিঠি পাবা)

সুর,

চিঠি অসিমত্তং মরাইবক য়েংহৌনবা ঐনা থমজরম্বনি। ঐ অদ্বৈত্যগী কাংশি খীংলমগনি। ঐনা থাজে। মদু তারবদি নঙ হায়নখিবা মতুংইন্না শোয়দনা চেল্লক্কনি। নঙনা মন্দিরদা ঐবু ফংদ্রবদি য়ূম

শোয়দনা নঙগী বিনাবু হংবা লাক্কনি। মদুগী আশাদনি ঐনা ইরিবা। সুর, ঐ নঙবু নুংশিদবা নত্তে। ঐনসু খঙঙি নঙনা ঐবু তশেংনা নুংশি। অদুবু সুর, নুংশি লম্বীদি চৎল-চৎলগা সুম খৃজিল্লকই। ঐ হৌজিক খোঙ থাংফম লৈত্রে। হন্দক মপোক্কীদি নুংশি পম্থুং য়ৌগদবা মান্দ্রে। নোংমা নঙনা লাইশংদা হুকপিখিবা লৈ পরেংদু ঙসিসু ঐগা লোইননা চৎলি। মসিনা নঙমক্কি খঞ্জগদৌরিবনি। ঐগী কুন্দো পরেংদুমদি মথঙ মপোক্কা লৈরম্লবা মদুগী ওইরসনু। ঐদি মপোকসিমগী চৎলবনি। তাইবঙ মী তাদবা লমদুদা। ঐগী ব্রাবী তারম্বসু য়াই। নত্তবসু তারক্লগনি। ঐ মপা মমা খঙদ্রবী লমজানি। ঐবু কাউথোক্লবা, সুর, নহাক হোৎনবীরো। ঐবু থিগে খনবীরক্লগনু। অদুবু সুর, ফনা হায়দুনসু ঐনা নঙবু কাউবদি ঙম্লোই। নুংশিকো লৌকোয় পাৎ। নঙনা ঐবু শৈরেং থীহনখি। অমুকসু থীয়ু হায়খি। ঐনা য়াখিদে। মুদ লাক্কে হায়দুনা।

ঙসি কায়নরমদাই নুমিৎসিদা ব্রা অদু নীংশিংলকই। নঙনা শৈরেং তানীংঙি হায়খিবদো তারো। অরোইবা ওইনা ইরম্লগে।

(শৈরেং)

চান্নবা!

শিবা হায়দুদি নোংমা শোয়দ্রে
ঐনা হাল্লবা করিগুম্বা
নোংখোং ফুন্না, লাক্কে নোংহৌ ওইনা
নুংশি মায়কৈ তম্লক্কে পম্থদনা

হুমাং ঈরিক্কা য়েংলকউ নঙ
খিক্লক্কে লাইজ, নহকচাং ঈংনবা
নুংশি ঈরিক অমত্তং থকউকো
পেঞ্জগে চাক্লা শিপ্পবা থব্রায়দুনা।

নুংশিবা নঙনা হাল্লবা করিগুম্বা

পাইরকউকো চীংয়া পক্লা উরোকপু ওন
য়েংজগে পেন্না থব্রায়মক্লি খন
ঐগী ওইবা ফংদ্রসু চান্নবা নঙবু।

লাকউকো অদুম কুমওন খুদিং
লাক্কে ঐসু অদুম কুমগাংদা।

লৈহৌরোকো নুংশিবা। অফবা পূম্বা নহাক্কী ওইয়ু। নঙগী সংসার হৈরাং লৈরাংনা তেকথবা ওইসনু। নুংঙাইনা পাল্লুকো চান্নবা।

নহাক্কী
লাইবক থীবী বিনা।

সুরেন্দ্র ঃ- (চিঠী পারুরগা) করিনো, বিনা নঙনা হায়রিসিবু। ঐ লৈফম খঙলক্রে। বিনা! ঐনা নঙবু থীরক্কনি। ঐ তপথবা য়াদ্রে। বিনা! বিনা!! বিনা!!! (খোম্থাং য়ৈখি। অচিকপা থুগাইখি সুরেন্দ্রগী খোঞ্জেল। অদুবু খুন্নকপগী মখোলদি তাখিদ্রে।)

(তপ্না তপ্না যন্ত্রনা শমথখি।)

চঙগদবা মীওইশিং ঃ-

| | | |
|---|---|---|
| নুপাঃ- | দিনো | (অফিসতা থবক তৌবা অমা) |
| | মাস্টর ঙানবা | (চহী ১২মুক্কী নুপামচা অমা) |
| | অফিসার অমা | |
| নুপীঃ- | বিনোদিনী | (দিনোগী নুপী) |
| | প্রভা | (বিনোদিনীগী মনাওনুপী) |
| | পুন্যবতী | (অফিসকী কেরানী নুপী) |
| | ইবেচাউবী | (কেরানী নুপী অমা) |

# অহানবা তাঙ্কক

(নুমিদাংবাইরম্নি। বিনোদিনী ইমুংগী থবক ইনখাঙগী মথৌ চিল্লী। মচানুপা ঙানবা লাইরিক তৌরি। সন্ধ্যাগী লাই থাউমৈ থাল্লুরগা বিনোদিনী মচানুপাগী মনাক্তা ফমথরগা হায়রকই।)

বিনোদিনী ঃ-ইবুংঙো! করি তৌদুনা লৈরবগে? নপা লাক্লগা ঙাঙলরনি। নঙবু করি করিনো খরা পারোদনা? নঙবু পারা ফারব্রো? করিনো য়েক্লিসিনা?

ঙানবা ঃ-খঙদি খঙদনা। করি পারুনি। নঙনা তাকপীবসু ঙমদনা। লাই অমা য়েকখিদোইনি। বাবা লাক্লগা পারা তাকহন্দোইবা। ইমা! নঙ লাইরিক তমহৌ য়াদ্রা। নাউবগী মমাদি লোইনা তাকপীবা ঙম্মী, অঙ্কসু, ইংলিসসু।

বিনোদিনী ঃ- অদু হৈহৌদ্রে কমদৌসিগে? অদুনবু নহাকপু হৈহন্নীংখ্রদুনা ঐনা শঙ্গোম পীথক পীথক্তুনা তমহল্লিসিনি। ইচা হৈরগা লোইরেকো।

ঙানবা ঃ- হৈরনী। বাবাদি থেঙনা লাকপসু য়াওই। ঐদি তুম্মিংলক্লনি। পারাদি অমতসু ফাদ্রি। হয়েং ওজানা ঙাঙলদৌনি। শৈরেং অমসু ইহন্দোইনি।

বিনোদিনী ঃ- করিগী শৈরেং।

ঙানবা ঃ- স্কুলগী মপোক নুমিৎ কুইদ্রে। অদুদা থীদৌরিবা।

বিনোদিনী ঃ- নপাসু লাক্লনি। অফিসকী থবক লৈরমগনি অদুননি। অদু শৈরেং অদুদি ঐ হায়রক্কেনে। নহাক ইগেরা?

ঙানবা ঃ- হৈরনী, অওইবৈরা ইমা। নঙবু শৈরেং হৈবরনে, ইমা।

বিনোদিনী ঃ- করিগী হৈতনি। ঐগী কোক অসি শৈরেংনা থল্লবনি। চহী কয়া অসি চাকখুম কা শঙবদা। সে ইরোসে। শৈরেং অমা হেক্তা য়াব্রা?

ঙানবা ঃ- য়াই। ফজবা হায়রকউ। ঐ ইগে। নুংশিবা শৈরেং হায়রকউকো, ইমা।

বিনোদিনী ঃ- নুংশিবদা কপকদৌরিনি। ইরো ইরো হায়রক্লগে।

ঙানবা ঃ- হায়দি হায়দে। সুম ইরোদা হায়।

বিনোদিনী ঃ- খল্লিনি কৈনো। ইরোসে। আঃ মীওইবনা হেক লৈরকঔদগী।

ঙানবা ঃ- ঙাইখো- ও! শৈরেং মমিং হান্না হায়খো- ও। খরা তপ্না হায়রকউ।

বিনোদেনী ঃ- ও! ও! অদুম তৌনবরা? অদুদি শৈরেংগী মমিংদু 'চাকখুমকা' হেক কৌরো?

ঙানবা ঃ- মমিং ফজে- এ ইমা! হায়রো য়ারে, ইরে।

বিনোদিনী ঃ- (খল্লগা) অহম...!

মীওইবনা হেক লৈরকঔদগী
হে নুপী!
নঙনা কোল্লক্লি, চাকখুম কা
হাউইগা হাউতেগা
অরেম অপানা নহাক্কী
করিদি ফংলে মমল মদুগী
মীচৈ, খোম্থী, হামুক নত্তনা।

ঙানবা ঃ- অসঃ য়াররোই ইমা! মদু শৈরেংদু ঐ থীবা ঙম্লরোই। হামুক্কা য়াওই। তল্লে, অমা হায়রকউ।

বিনোদিনী ঃ- করিনো, ফজদ্রো সিবু। সে নঙনা পামদ্রগা অমমুক হায়রক্কে। ইরো।

ঙানবা ঃ- ময়াম মমাঙদা থীবা য়াবা হায়রক- ও।

বিনোদিনী ঃ- সেনে, ইরোনে। অহম! শৈরেংগী মমিং 'ঐ কম্পী'

ঙানবা ঃ- ফজদৌ মাল্লি। হায়রো ইমা! তপ্না হায়রকউকো।

বিনোদিনী ঃ- হোয়নে। ইরোনে।

ঐ কম্পী লোন্না লোন্না
হে নুপী নঙগীদমক
(তাঞ্জাদুদা দিনো হল্লকই। থোঙ গে হাংদোরকই)

দিনো ঃ- করিনোনে, নমা নচানা ঙাঙনরিদুবু। করিনো ইরিদুবু।

বিনোদিনী ঃ- ও! শৈরেং থীনি হায়রিয়ে। অদুদা লাইরিক তাকপীবদি হৈতবনিনা শৈরেং হায়রগা ইহল্লম্মীবা।

ঙানবা ঃ- ববা ঙাইবদা শিদৌরে। খরা ঙন্না হল্লকপা য়াদ্রা, পারা তাকপীগদবা

য়াম্না ব্রাংলি খঙব্রা? শৈরেং অমসু ইদোইনি, স্কুল ফঙ্কসন্দা থীনবা।

বিনোদিনী ঃ- নপাসু মহৌশা নংলক্কে। থেঙবা হৈনরক্লে। নুপাগী হৌনবা তৌরক্কদৌরমাল্লে।

দিনো ঃ- করিনো? খঙব্রা খঙদব্রা? য়াদদনা তৌরিবনি। অফিসার চত্তনা ঐনা হান্না চেল্লক্কদ্রা?

বিনোদিনী ঃ- মদু ঐনা খঙবা নত্তে। ফনা থবক চিল্লবসু য়ূমদা হল্লকপগী মতম ঙসাইনা য়ারে।

দিনো ঃ- ব্রা য়ামখ্রে। সে কৈনো অমতা থক্কে। ব্রাবনা শিদৌরে। অঙাং লাইরিক তাকপা থেঙখ্রনি।

বিনোদিনী ঃ- ঐগীবুদি শোয়দনবা হোৎনজরক্কে। লোইনা শেম শাদুনা থমজরবনি। পুথোকচরক্লগে।

দিনো ঃ- ঙানবা, কদায় করি তাকউ হায়বা। খঙদ্রে, নোংমদা পীরক্লিবা হোম ব্রার্ক্স ময়ামসিনা। অঙাংশিংসি শিরদৌ জাৎনি। করি, শৈরেং অমা থীনি হায়বা। নমানা করি শৈরেং হায়রবা?

ঙানবা ঃ- ইমানা হায়রগা ঐনা ইরিবা। মসি, ববা, থীবা য়ারোইদা হামুক্কা হায়বা য়াওরি।

দিনো ঃ- উম! নুপীগীদি পেন্দবা হান্না হেক্তা হায়রক্কদৌনি। মখোয়সিনা মশাসি নুপীনি হায়বা হেক হেক কাউথোকচবসিনা। ফরেসে, ববা লোইনা তাক্কে। অঙ্ক হান্না তৌরসি। শৈরেংদি ঐনা তপ্না ইবীরগে। কদায় অঙ্কদি। ওঃ অহানবা ব্রাহং, ১দগী ১১ফাওবা তিনশিল্লু।

ঙানবা ঃ- ববা! মসি ১দগী ১১ফাওবা মথঙ মথঙ ইরগা তিনশিনগদবা নত্রা?

দিনো ঃ- মান্নি। মদু অঙ্কদদি য়াদে। অশঙ্বী নিয়ম থিবা তাই। অদুনা ঐ হায়গে মুন্না তাও। ১১অসি মচেৎ তাদনা তঙ্খায় তাবা য়াদে। অদুনা মাগা হেক থংনবা মথক্কী মশীং ১২ অসি তঙ্খায় তারো। কয়ানো? ৬নত্রা? ৬ অদুনা ১১দা পুরিয়ু। কয়া তারে? ৬কী শুপ্লাক পুরকউ। ৬ তরামাথোই ৬৬ নত্রা? সিনা থুদ্রা। অসুম্না লোইনা তৌগদবা।

ঙানবা ঃ- অদুদি ববা মচেৎ তাদনা তঙ্খায় তাবা য়াবা মশীং ওইরবদি কমদৌনি।

দিনো ঃ- চুম্মী। মচেৎ তাদনা তঙ্খায় তাবা য়াবা ওইরগনা অদুম তঙ্খায় হান্না তারো। খুদম ওইনা, ১২গী তঙ্খায় ৬নি। ১দগী ১২ফাওবা তিনশিল্লু হায়রবদি ৬ অদুনা ১২গা থংনবা মথক্কী মশীং ১৩দা পুরিয়ু। ৭৮তারে। থুদ্রা।

বিনোদিনী ঃ- (অচা অথক পুথোবকই) স্বাইদা থমগেকো। বনানা সেক্লি। অদুগা কিসমিসকা বিস্কুটকনা নপা নচাগী পূন্না হাপ্লবনি। ঙানবা চারো।

দিনো ঃ- ফরে, ফরে। অদু হায়েংগী ফৈজোম পুময়াৎ শূহৌব্রা?

বিনোদিনী ঃ- শূরবনি। ইস্ট্রি তক্কুনা থল্লবনি। অদো, মোজাফুরিৎ অসিদি মশীং য়ামদ্রে। অমা অনী লৈশীনবীরকউ। তোয়না শিলহন্নীংঙি হকচাংগা তাইনবনিনা। খোঙ মোজাসু।

দিনো ঃ- হোয়, হোয়, হয়েং য়াওরক্লগে। লয়গদৌসি য়ামখ্রে। নঙগীদি কবি তপকদৌরি।

বিনোদিনী ঃ- ঐগীদি করি লয়রুনি। কদায়দা কবি চৎনীংঙাই লৈদুনা করিবু লয়রুনি। চাকখুমগী মপোৎ মঙায়রে। নঙনা ইম্ফালদা অমুক্তা পুবীদুনা অহোং অচাও য়েংহনবীবসু নত্ত্রে। চহীবু হেল্লরিনি ঐনা চত্ত্রিবা।

দিনো ঃ- অদু হয়েং চৎলুবসিদনা?

বিনোদিনী ঃ- চৎচবোই, চৎচবোই। ঐনা হায়বগা চৎপদু নত্তে ঐনা পামজরিবসি। নহাক্না ঐবু য়াম্না পুনীংনা চৎলুসি হায়বা নুমিত্তুনি ঐনা সুক কুইবসি ঙাইরক্লিবা। ঐদি নাবক য়েক্লক্লগা ডাক্তরদা পুবদা ইম্ফাল উগদবা মঙাইরে। ইথৌসু লৈজদে।

দিনো ঃ- দিনি। নঙগী ব্রাসি থরুমগী ব্রা যাওবে। ঐনা যাম্না পুদুনা চংনীংদবা তাহল্লে। ব্রারৌনা ঙাঙঙিকো।

বিনোদিনী ঃ- শাউজদেদা। ইরাইবক্কীনি। ইচাগী ইবাগী সেবা ঙম্লবা হোৎনবগা লোইরে। ব্রাদবু হায়বনি। ঐগীদি মীৎকুপ অমবু লৈথোক্লীংঙাই লৈজদেদা। থবক্কী থবক ঙাক্তা। ঐনা শূদৌবা লোইনা ওইরল্লে। তূম্বা ঙহাক্তং মতম ফংলিবসিনা লোইজরে। ঐ শাউজদেদা।

দিনো ঃ- কান্নদেসে। কোন্না য়েৎনবসি। অঙাং পারা তাকপা থেঙখ্রে। চাক থোংঙুরো। চাক য়াম্না লাম্লবনি।

বিনোদিনী ঃ- হোয়, থোংঙুরগে। ইমাগী ঙানবা চাক চারগা তূমগদবনি, উইবা য়াদেকো। লাইরিক তাকপা লোইরগা ঐগী নাক্তা লাকউ। ব্বারী নুংঙাইবা লীবীগে। (চঙখিবগী মখোল)

ঙানবা ঃ- ঔ, ইমা! লাক্লে। (লাইরিক তাকপগী মখোল)

দিনো ঃ- ঙানবা! নঙগী পাউখুম শেমগদবা ক্যুইসন মখৈ হান্না ইথোকও, অদুগা ববা পাউখুম শেম্বীগে। সে। য়ারবরা? ববা ফি অমুক্তা হোংখিগে।

ঙানবা ঃ- হোয়, ক্যুইসন লোইনা ইথোকখিগে।

দিনো ঃ- (মথন্তা ফি হোংনা হোংনা) উম! ঐনা থাংলিবা খোঙথাং অসিবু মাবু খঙলবা জাৎলা? মহৌশাগা মান্নদবা ব্বাঙাঙ য়াওশিল্লকই। ঐনা থেঙনা লাকপসিনা চিংনবা ওইরম্বসু য়াই। অদুবু কয়াম কুইনা লোৎকনি। খঙলকপা মশানা তাবনি। মতমদুদা ঐ কমদৌবা তাই। থেঙনবা তাবনি। লাইরিক হৈতবী অসিগা পুন্সি লেনমীন্নবা ঐ পামদ্রে। অন্দরস্টেন্দিং লৈতে। ইচাগী লাইরিক মচেৎ অমফাও ঐনা সুম তাকপা। নুপী লাইরিক হৈতবী লৌরুবা খোঙ নাম্মা তেকপগা চপ মান্নেদা। কয়াম নুংঙাইগবা পুন্যবতিগা লৈমিন্নরবদি। শকসু হেল্লি। খঙদে, ঐ মাবু উদ্রবদি লৈবা ঙমশিল্লক্রবনি। (ঙানবদা) ঙানবা লোইরবরা ক্যুইসন শিনবা। ফরে। ঐ মথঙ মথঙ পাউখুম শেম্বীরগেকো। কদায় কদায়। ববা লাক্লে।

(যন্ত্রনা শমথখি)

(অয়ূক অমনি। বিনোদিনীগী মনাওনুপী ইম্ফাল ওঙবীদু লাকই। প্রভা যাম্না হৈ শিংবী নুপীনি। মচেগী নাক্তা লাক্তবা কুইরে হায়দুনা লাক্লিবনি, ব্রাসু খরা লৈবা মাল্লি। বিনোদিনী লম্পাক্তা থবক শূরি।)

প্রভা ঃ- (কোম্থোং হেক চঙলকপদা) ইচে!

বিনোদিনী ঃ- হৈমা! প্রভা! ইথা থাজদনা। লাকও, লাকও! চাক্কা চামিন্নরসি। ঙা থোংঙি, ইনাওদি উদবা কুইরেদা।

প্রভা ঃ- ইচে, নঙ শূবদা শিরনি। ঐনা হেক লাকপসি নোংমতা নঙ ফমদুনা লৈরমদে। ইচে, শূবা ঙাক্তসু নুংঙাইবা য়াদবনিকো।

বিনোদিনী ঃ- হায়, মসিগী অঙাংসিমা। করিবু হেন্না শূবদনা। চুম্না ইনশাং নাপী খরা থাজিনবনি। ও ইবেম্মা! নখোয়গী ইম্ফালগা মান্নবা য়াপোত্তে। অরয়বা ঙাক্তা ঙাইরদি কনানা পু থাং ঙমগনি।

প্রভা ঃ- অদুগী ব্রা নত্তেদা ইচে, খরসু কেনা নান্না লৈযু হায়বনি। নঙনা মমা শাদুনা লৈরবদি ইতৈদি ঈরুজনীংবগা খোঙ্গ্রা তেকপগা মান্নে হায়বদুদি শোয়দ্রে।

বিনোদিনী ঃ- মদুগী ব্রাদুদি প্রভা ঐঙোম্দদি থোইদোক্ত্রে। ইমুংগী ফল্লাং মরকসিদা কেরুবগা কনানবু য়েংবীদোইনো। লুহোংবদা হাপ্লকপা ফনেকফাও শেৎফম লৈতদুনা শেৎপা লোইদ্রি।

প্রভা ঃ- অদুদি ফজবম্মনি। অদুনবুদি ইতৈনা কদায়দা উশিৎপীরনি।

বিনোদিনী ঃ- কৈদৌনা উশিত্তনি। মসিগী অঙাংসিমা। লুনা তৌখ্রপোৎনিদা। নঙনা খঙদা তৌনি।

প্রভা ঃ- য়াররোই ইচে নঙ। পুরা খুনুং চঙদুনা অদুম লৈরো। ঐনা লাক্লিবসি ব্রা কোকথোং অমা পুরগা লাক্লিবনি। লাকও, ইমুংদা নে তানা ফম্লগা ব্রারী শারুসি। ইতৈ অফিস চৎখ্রা নত্ত্রো। ঙানবদি স্কুল চৎখ্রবরা?

বিনোদিনী ঃ- ও লোইনা চৎখ্রে। অদুনবু ইচেনা ইংখোল চঙবা ঙল্লিবনি। অদু

নত্তুবদি মখোয় অনী চৎলমদাইগী থবক্লা কোক ঙাওবা জাৎনি।

প্রভা ঃ- অসঃ ৱাঙ্খ্রে ইচে, বস তোংবসিসু ৱাঙ্খ্রেদা। (কা য়ৌরগা) ঙাইহাক্তা পোত্থাসি কাসিদা, নখোয় কাসিদি ঈংঙিহে। খঙদে ইম্ফালনা উ ৱা হৌদা তৌব্রা, শাইবু, সিদদি অদুক হাক্লা শাদে। অদু নঙবু ঐখোয়দকা অমুক্তা লাক্লরোইদ্রাও?

বিনোদিনী ঃ- প্রভা! শাউনু লাক্লিংঙি। হেক্তা শংদে। অমমুক তৌরিঙৈ। অমমুক তৌরিঙৈ। অদুগা সুম চৎখিদা তৌব্রা, গাড়ী তোংদুনা চৎপসি তনবু তনলে।

প্রভা ঃ- খঙঙে, তোকও! অদু ইতৈসি মতম চানা চৎলিব্রা? মতম চানা যূমদা হল্লক্লিব্রা?

বিনোদিনী ঃ- কৈদৌরগে? নঙনা হায়রিসিবু। নোংমসু থেঙঙি। নোংমসু ঙল্লি।

প্রভা ঃ- করিনো? পান্নদদি। নঙগী থবক শূবা নোম্বা পূন্নমক লায়রি? মদুদি শূদ্রসু য়াই। নুপা নুপীনা মরী ফত্তুবদা ইমুংদু কায়বা অদুম হৌরবনি। মখোয়গী খোঙথাঙ কুপ্না য়েংগদবনি। মখোয় খঙহনবা য়াব নত্তে। অদুক লায়দুবু। ঐদি ননাও নুপাবু কুপ্না শেন্নরিনি। য়াহৌরকপদা অদুম খঙলদুবু।

বিনোদিনী ঃ- অসঃ নঙদি য়াম্না শিংঙিনা। করম্না খঙলিবা?

প্রভা ঃ- অদুবুরো, য়াহৌ ঙন্দা ঙল্লবা ৱা অমা। ঈরুজবা থুরবা ৱা অমা। ঐখোয় নুপীদা মরম চাদনা লুনা তৌশিল্লক্লবা ৱা অমা, ইচে, নঙ নুপা মশক খঙদ্রিবো। হল্লকপদা মখোয়গী মায়থোঙ মুন্না য়েংগদবনি। মখোয়দি থম্মোয় অমতা নত্তেকো পাল্লিবা। অনী অহুম পাল্লিনি।

বিনোদিনী ঃ- অদুদি নতৈদি ওম্বোক্লা তোয়খ্রেদা। ঐদি করি অমতা হেক খল্লুদেনা। অদুম মাগী থবক অথুবা লৈব্রা হায়দুনা চাক থুনা থোংলিনি। নংনবা পীজরগা চৎহনখ্রিবনি।

প্রভা ঃ- অদুনবু নঙ য়াররোই হায়রিসিনি। লাইরিকসু হৈত্রে। নঙনদি করি খঙলুনি। ইতৈসে খোঙথাং কায়রবনি। নঙগী পঙজবা লাইরিক হৈতবসিগী খুদোং চাবা মানা লৌরবনি। মদু খঙনা নঙনা চৎকদবা।

*বিনোদিনী ঃ- মদু প্রভা ঐ থাজবা ঙম্লোইদা। মা ঐ হায়না শীংনরগা লৌন লৈনবসু নত্তবা। নুংশিননা থুংনরকপনি। মানা ঐবু মীনম্লোইদা।*

প্রভা ঃ- মদুদি ওইদ্রে হায়দুনি। নঙ খিত্তা ঙাইরে নঙক পায়দুনা ইতৈনা ঈনগদবা। অতোনবী থুংলগদবা কুইদ্রবনি। মমিংফাও ঐদি খঙলে। সি হায় হায়দুনা হোরেন হেক্তা লান তৌরুনু। কুপ্না য়েংখো, প্রমান ফংলগা পায়গদবা।

বিনোদিনী ঃ- প্রভা! ঐবু মিহুন চোংহনগনুদা। ইচা ইব্রাগী আশাদা ঐনা শূরি নোম্লিবসিবু অরেম্বদা তারগদ্রনে।

প্রভা ঃ- ইচে, মতম লৈরি। থিংহৌগদবনি। ইতৈনা ভেস্পা মনীংদা হাপ্তুনা পুবা ননাও নুপানা উরে হায়। নোংমসু হোটেল অমদা চঙমিন্নখিবা ননাও নুপানা লাপ্না উই হায়। মমান্নবশিংনসু করি করিনো য়াম্না পাউদম্লকমাল্লে। মখোয়গী অফিসতা কেরানী ওইবীনি হায়। মমিংনা পুন্যবতি কৌই হায়বনি, মৌ হল্লকপী। মচাসু নুপী অমা লৈ হায়বনি।

বিনোদিনী ঃ- তোকও! প্রভা! ইচে ফম্বা ঙল্লক্রে। ঐ তৌগে। ঐ ঙসি মীৎ পাঙলে। লাইরিক হৈতবী ঐসু থম্মোয় পাল্লি। নুংশিবা, অব্রাবা লোইনা ফাওই। নঙগী ব্রাসিনা ঐবু খঙশোন-হেক শোম্ভহনখ্রে।

প্রভা ঃ- ঐ লৈরিসিদি। নঙনা থেম্বদা য়াদ্রগা ঐনা ঙাঙনগনি। ইচেদা লানবদি ইতৈ নঙসু নুংঙাইবা শরুক ফংদনা মাঙজনি হেক্তা হায়বীগে। পঙজবী, শূরগদা লোইরে খঞ্জবী নঙোন্দা লাল্লবদি মহাক মী ওইরোই।

বিনোদিনী ঃ- চাক চারুরসি প্রভা! চাক চারগা অমুক ব্রারী শারসি। থিগে হায়রসু নুপী থিজহৌরসনু। কোক ইপামদা চৎখ্রগা লোইরে। য়ুম্বু পাল্লসু পান্দ্রসু কৈদৌবা।

প্রভা ঃ- য়াদে, মদু য়াদেকো। ইচে, য়ুম পানববু ফাগীরো? মখোয়না নুপানি হায়দুনা পংতৌ তৌবা য়াব্রনে। থৌনা লৈয়ু ইচে। থেংনগদবনি। কুপ্না শেন্নৌ হায়রিসিনি। মাগী ডাইরি, মফি মরোল মুন্না য়েংগদবনি। চিংনবা উৎলুখিনু।

বিনোদিনী ঃ- ডাইরিনা কৈদৌনি। ঐনা পাবা হৈরুবসু নত্তে। অদুগী শরুক দঙ

দঙ হেক্তা হোরেন ঙাঙনরগা লোইরেদা।

প্রভা ঃ- করিনো। ঙানবা লৈরিসিদি। মাসু খরা মখৈদি পাবা হৈরনিনা। ক্লাস সিক্স কারবু।

বিনোদিনী ঃ- হোয়নে, হোয়নে। ঐনা থোকপা তৌজরগে। নঙনা ঐবু মীৎ পাঙহল্লে ঙসি। লাকও চাক চাথোক্লুরসি। অদুগা পেন্না ব্বারী শানরসি।

প্রভা ঃ- চঙলসি, চঙলসি।

(চাক থিবগী মখোল)

বিনোদিনী ঃ- প্রভা! পূম্নমক ঐ খঙঙে। ঐনা অফবদা খল্লুবা। মাবু ঐনা খক চিংনরুদে।

প্রভা ঃ- ইতৈনা তোয়না পায়বা চে চাং কদায়দা লৈ। করিনো লংলা লংজিন খরদি হেক্তা লৈগনি। ঐদি ননাও নুপাগী ডাইরি ফাক ফাক্তুনা পাথোক্লিবনি।

বিনোদিনী ঃ- ডাইরিদি লুনা থমখ্রপোৎনি। ঙহাক্তা থাদোক্কে। ঐ নোংমতং ফংনবা হোৎনগে। নঙ লৈত্রসু ঙানববু পাহনগে।

প্রভা ঃ- রুমাল মনম নমদুনা য়েংগদবনি। ফি শূবদা চেক কুপ্পা তৌ।

বিনোদিনী ঃ- অস, ঐ থবক্কা শূনীংলক্লেকো প্রভা। ঐ খোয়দৌসি ফাবা য়ারক্লে। ঐসি ওল্হোক্লা পঙলম্মীদকো।

প্রভা ঃ- অদুনবু ঐ লাক্লিসিনি। ঐনা থাপ্পা লৈখ্রসু ইচেনা তৌরমগদবা পূম্বা মিত্তা উই। নঙগীদমক ঐ কপ্পী। চমজখ্রবা, পুকচেল ফজখ্রবা ইচেনিকো হায়দুনা তত্তনা শোন্নরিবনি। করিসু ব্বারুনু ঐ লৈরি। য়াদা য়াদ্রগা নুপীদু ঐনা উনগনি। ব্বা চপ চাবী অমা ঙাঙনগে।

(যন্ত্রনা শমথখি)

## অহুমশুবা তাঙ্কক

(দিনোগী অফিসনি। পুন্যবতি টাইপ নল্লি। অতৈ কনাসু কারক্তি। দিনো চঙলকই)

দিনো ঃ- ঙল্লম্মীকো।

পুন্যবতি ঃ- নমগদবা চে খরা লৈবদুদা ঙল্লকুবা। হোরেল অফিসার মতাসিদা অমুক লাউরক্কদ্রা হায়দুনা চেল্লকইবনি।

দিনো ঃ- কনামতা লাক্লদ্রিমাল্লে।

পুন্যবতি ঃ- লাক্লদ্রি,

দিনো ঃ- তাল চারেদা।

পুন্যবতি ঃ- করিনো তামো তাল চারে হায়ববু।

দিনো ঃ- নঙোন্দা ৱা অমতং হায়নীংবা।

পুন্যবতি ঃ- মী লৈরগা হায়বা য়াদবা ৱাদুদি অফবা ওইরম্মরোইবু।

দিনো ঃ- ইকায়জবগী ৱানি। কৈশু নত্তে। হংচিং অফিসকী টুর উখ্লুন্দা চৎকদৌরিবসি ঐসু য়াওবা তারি। চৎলুসিবা?

পুন্যবতি ঃ- লম য়েংববুদি চৎনীংঙি। অদুবু মীনা খরা খরা ঙাঙনরিসিদা ঐখোয় অনী পূন্না চৎলদি ফজরনি।

দিনো ঃ- কৈশু কায়দে। আদা নুপীগী দরকার ভারীদা লৈনি। অচা অথক য়েম্বোক য়েনশিন। চৎসিকো। ঐ অফিসারদা হায়নদৌরিনি। শোয়বা য়াদে।

পুন্যবতি ঃ- খল্লকখিগে।

দিনো ঃ- খনবা নত্তে। হোয় হায়রো। পুন্যবতি। সে হায়বা।

পুন্যবতি ঃ- তামোদা ঐ ৱা খরা হায়নীংবা লৈ। ৱাসি ফাগী নৎলক্লে। ফরে, আদা ফজনা ঙাঙনরুরসি। ঐ য়ারে। চৎলুরসি।

দিনো ঃ- থেঙ্ক য়ু, অয়ূক চৎকনি হায়রি। ঙন্না চৎপা তাই। প্লিজ বি রেদি, পুন্যবতিসু লম য়েংনীংঙি হায় হায়রুদৌরিনি। করিনো নঙনা ঙাঙননি হায়রিবু।

পুন্যবতি ঃ- ব্রা য়াম্না লৈ।

দিনো ঃ- হৌজিকফাও ঐবু থাজবা ঙমদ্রিবরা? ঐ নঙগীদমক পূম্নমক থাদোকপা ঙমগনি। ঐ য়ূম্বাল মথোং চাদ্রে। লাইরিক হৈতবী অমা লৌশিল্লুদনা।

পুন্যবতি ঃ- মদুগী ব্রাদুনি ঐনা য়াদ্রিবসি। অদুননি তামোগী প্রোপোজেল ঐ হোয় হায়বা ঙমদ্রিবসি।

দিনো ঃ- করিনো পুন্যবতি। ঐ নঙবু উদ্রবদি লৈবা ঙমশিল্লক্রবনি। বিলিফ মি ঐ নঙবু তশেংনা নুংশি। নঙনা অফিস অসিদা হেক জোইন তৌরবদগী ঐ পুমঙাও ঙাওরবনি।

পুন্যবতি ঃ- অদুনা হেন্না ঐ থাজদ্রে। নুপা পূম্নমক্কী চিনফা পুরবা ব্রাফম্নি। তামোনা উদনবা, ঙাওদুনা চৎখিদনবা ঐ ট্রান্সফর ব্রানোম্বা অমুক তারমাল্লে।

দিনো ঃ- নো, পুন্য নো, ঐবু থাজবীয়ু। ঐ নঙগীদমক থবক ফাওবা তোকথোকপা ঙমগনি।

পুন্যবতি ঃ- তামো। ফাগী ফাগীদগী ব্রাসি লুশিল্লক্লে। ইচম চম্না ইবুংগুম অমদি ষ্টাফ পূল্লুবনা অমতনি খন্দুনা নোং ফাদোকসু তামোগী ভেস্পাদা তোংলুই। নোং ফাদোকসু হোটেলদা চা থকমিন্নরুই। অদুবু ঐদি তমোগী মোং হাদবা শকফমদুদা য়াম্না চম্না খল্লুবনি। অদুবু তামোদি নোংমগী সুম সুম লানহৈদবা পল কয়া লানশিল্লক্লি। কৈসু কায়দে। নুংশিবীবগীনি। ঐসু ইরাইবক থীরবীনি। ইচা নুপী অপীকপী অমগা ইপামদা হল্লক্কবীনি। অদুবু তামোনা খুদোংচাবসি করিমত্তা নাম্থোকহনবীদ্রে।

দিনো ঃ- নত্তে, পুন্য খুদোংচাবা লৌবা নত্তে। ঐগী য়ূম্বালগী নীংঙমদবা মৈনা চাক্লিঙৈদা, নহাক্না লাইজ ওইখিবনি। নহাক উবদা ঐ থম্মোয় পুমইং ঈংখি। কয়াদা পকচপ্পবা মিংগা শক্তমগা। পুন্য, আই সরেন্দর টু য়ু মাইসেলফ, ঐবু থাজবীয়ু। ঐগী প্রোপোজেল নহাক্না লৎনবীগনু।

পুন্যবতি ঃ- তামো দিনো। অফিসনি। মসি চীংয়া নত্তে। রেস্টুরেন্টসু নত্তে। কোন্না ঙাঙনরসি। হোয় হংচিৎ টুর চৎপদি অফিসারনা য়াবীরবদি ঐসু য়াওরগে। তামোগী মায় ঙাকচরগে। অদুবু মখা তাবদি চাম্মরক

খন্নখিসি। চাম্মরক। কো। ঐ মীগী যূম থুগায়বা পামজদে। ঐ অতোনবীগী মিংথোল পামজদে। ঐনা যূমদা হল্লক্লিবসি নুপীদা লাইচুবা ঐগী নুপাদুনা অতোনবী পুশিল্লকপগীনি। অদুবু মফমদুদদি ঐসি ওস্থোক্লা ইজৎ লৈনা হিংলকই। অতোনবীদুনা তোন্না হিংলকই। অদুবু মাগী দশাদু ঐনা অমুক তাবা তারবদি ঐ খনফম থোকই। চাম্মরক খনখিনি।

দিনো ঃ- নত্তে, পুন্য, ঐ নঙগীদমক মহাক্তু তাম্থোকখিবা ঙম্মী। ঙসিগী চাউখৎলবা সমাজ অসিদা ঐ ওস্থোক্লা চানদবা যূমবাল অমদা লৈরবনি। ঐবু থাজবীয়ু।

পুন্যবতি ঃ- ঐগীদমক নুংশিনদুনা লৌরকখিবা নুপী অমা তাম্থোকপা। মদুদগী হেনবা পাপ অমা কদায়দা লৈরুগদগে। তামো, ব্রাসি মতাং স্বাইদা লেপ্লসি। মী লাকপা হৌনরে।

দিনো ঃ- ফরে, অদু চৎপদি শোয়বীরনুকো।

(মতাং অসিদা অফিসার চঙলকই)

অফিসার ঃ- পুন্যবতি! ঙরাংগী চে অদু নম্বা লোইরবরা? মন্ত্রীনা কৌরি। ঐ থুনা চৎপা তারি। দিনো, ব্রা খন্নদৌবা লৈ। চঙলকউ।

পুন্যবতি ঃ- (লেপখৎলি) সার, লোইদৌরে। থুনা লোইজরক্লগে।

অফিসার ঃ- হংচিং উখ্রুল চৎপগী মরী লৈনবা ফাইল পুরকউ, দিনো।।

দিনো ঃ- ফনি সার। (দিনো চঙখিবগী মখোল)

(ইবেচাউবী চঙলকই)

ইবেচাউবী ঃ- পুন্য! নঙনা হাল্লম্লেদনা।

পুন্যবতি ঃ- ইচে, ঙরাং নম্বা লোইরমদবা অথুবা চে খরা লৈদুনা ঙল্লক্লবা।

ইবেচাউবী ঃ- খঙদে, ইবেম্মা! ঐখোয়দি ঙনবা শুকঙম ঙমদে। যূমগী থবক পুম্নমক ইথন্তনি। লোইনা লোইশিল্লম্লগা লাক্লিবনি।

পুন্যবতি ঃ- (টাইপ নম্বগী মখোল লেপ্তে) অদু তামোদি ফব্রা?

ইবেচাউবী ঃ- এঃ হৌজিকপু অফবা নুপা লৈরিব্রনে। স্বার শান্নখিমাল্লে হল্লকহৌদে। মাগী চাক উপ্লগা থনম্মী। চানীংঙগা চাউ, চানীংদ্রগা তোকসনু।

পুন্যবতি ঃ- নুপীদি কোয়দব্রা ইচে।

ইবেচাউবী ঃ- মদুমদি তাদ্রি। ঐগা মাগা ব্রা অমা য়ানরি।

পুন্যবতি ঃ- (নোকপগী মখোল) ইচেগী ব্রাসি নুংঙাইরি। করি ব্রানো য়ানরিবু। ওম্ভোক্লা খঙনীংখ্রেদা।

ইবেচাউবী ঃ- য়াই খঙভু। ঐনা হায় "নুপীনা খাঙবা ঙম্বসি, মাগী নুপানা য়ু ঙাওদুনা লাকপদা মাগী অওবা শেংদোকপা ঙম্মী। স্বারদা নুপীগী সনা থাদোকখ্রফাও খরা খাঙবা ঙমখিনি। অদুবু মাগী নুপাদুনা নুপী হেক কোয়রক্লবা নুপীদুগী খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল লোইরে। খ্বায়দগী শাউনীংবসি মদুনি। অদুনা নঙনা হেক নুপী কোয়রবা, নুপী পুশিল্লক্লবা নত্ত্রগা অরোনবা অমা থল্লক্লবা, হে সত্য, ঐসু নঙগুম হেক তৌবা ঙমদ্রবা ইচা য়োকপা ঙমদনা মাঙখ্রগে।" অসি হায়রগা নোংমা ব্রাশকখিবনি।

পুন্যবতি ঃ- ইমাইপেম্মা! ইচেগীসিদি অনৌবা থিওরিনিনা। কিজরেদা। অদু ইচে নঙ ঙমদি ঙমগদ্রা?

ইবেচাউবী ঃ- ইবেম্মা, ঙম্বা ঙমদবা হায়দোকখ্রে। শাউনীংমনখ্রদুনা। করিগী কিরিবনো, পুন্য। ঙসি ফজখ্রবী ঈং তপখ্রবী, নুংশিখ্রবী ইনাওনা চাক্লা পুম্বি লেল্লিসিবু নখোয়গী নুপা চন্দ্রান অদুনা নুপী অমা পুশিল্লকপদগী নত্ত্রো? ঐদি য়ারোই, ঐগী নুপানা হেক নুপী অমা পুশিল্লক্লবা ইবেচাউবী ঐগী ইতীক খঙগদবনি। মসি নত্ত্রবদি মৈত্রবাকসি নুপানা অতোঙবদা সুম লেপ্পুনা লৈহৌরগনি।

পুন্যবতি ঃ- সতীগী ব্রাফমদি কমদৌবা?

ইবেচাউবী ঃ- সতী ফনা ওইরসু মাগী নুপাদুনবু ওক্রবদি এডস অদুম নুপীদুসু পক্লা। নুপীদি সতী ওইগদবনি, নুপাদি বেরা লৈতে হায়বসিবু তাবা য়ারিব্রা হায়বা।

পুন্যবতি ঃ- অদুদি সমাজ অসিদি লোইবা তাবা। (নোকপগী মখোল) হন্থবা অমা য়াওনদ্রবদি।

ইবেচাউবী ঃ- মখোয়না হৌরকপা নত্ত্রা? পারা ফানরগা ফগদবনি। নত্রগা নুপানা নুপী লোনবা য়াব চৎনবীসি মুথৎপা তাবা লমসিদা।

পুন্যবতি ঃ- মদুমদি চুম্মী ইচে। নুপী ফজবা উবা য়াদবা নুপাশিংসিবু করি লাইনা

শারিদৌনো। মখোয়সি হেনমল্লবা জাৎনি।

ইবেচাউবী ঃ- মৈতৈ সমাজদি নুপীনা ঙাক্কুনা থম্বনি হায়বা য়াইনে। নুপী ঐখোয়দনা খাঙবা নুপানা মনীং তম্বা। য়ারোই হায়রিসিনি। অদুনা ঐগী ধমকাদুদা কিব্রা খঙদে, ঙসি ফাওবদি ঐখোয় নুপাদু নুপী কোয় হায়বা তাদ্রি।

পুন্যবতি ঃ- মতমগী নুংশিৎ অসিবু য়ৌরল্লোইদ্রনে তাদদুবু? খঙদ্রেদা।

ইবেচাউবী ঃ- অদুগা পুন্য, দিনোনা নঙোন্দা মিতাবা উইকো। নঙসু চেকসিল্লু। অতোনবী অমুক ওইরুনি। অতোনবী ওইদৌ শরুক নরু কোকথোক্লগা লাই নীংদুনা লৈয়ূকো। ইচেনা হায়নি।

পুন্যবতি ঃ- ইচে, ঐ খঙঙি। স্তাফ ওইবগী ঐ লক খরা য়েংলিবনি। সুম হেঞ্জিল্লক্লবদি ঐনা হায়গদবা ৱা লৈদা। মহাক ফত্তবা মীবুদি নত্তেদা ইচে। মতাং মতাংগী ৱা লাকচরনি।

ইবেচাউবী ঃ- ফগে ফসনু। ফৎলোই তোকসনু। অতোনবী ওইজরুনু হায়রিসিনি। অদুই শরুক নচানুপী অমা লৈ হায়বদায়। মদু চাউনবা, মহৈ নীংথিনা তমহন্নবা হোৎনৌ। মদু য়োক্কুনা নুংঙাইনা লৈয়ু। হৌজিকপু নুপী নুপা করি খেন্নরি। মতীক চারগা ল্যোইরে। নচা অদু মী ওইনবা হোৎনবনা ফৈকো। ইচেনা হায়রিবসিনি।

পুন্যবতি ঃ- খঙইদা ইচে। মী অমনা ঐবু নুংশিজৈ হায়রিবনিনা ঐনা তথি তথি হেক হায়বা য়াদদনা তৌরিবনি।

ইবেচাউবী ঃ- অদু ঙাক্তনি। নুপা হায়বা জাৎসি। মখোয়সি য়াওদ্রবসু য়াদে। ঐখোয় নুপীনা খ্বাইদগী চেকশিনগদবসু নুপানি। ভাব তাউকো।

(যন্ত্রনা শমথখি)

## মরিশুবা তাঙ্কক

(নুংথিলনি। প্রভানা লৌশিং তাক্লম্বদগী বিনোদিনী খোয়রাংঙে। থবক শূনীংলক্ত্রে। মৈ হৌনা শাউরে। দিনোগী পোৎ খুদিংমক চেক তৌবা হৌরে। ঙাঙনা ঙাঙনা পোৎ থিরি।)

বিনোদিনী ঃ- এঃ এঃ ডাইরিসি ঙসিদি কাউরম্লমাল্লে। খঙগনিদনা। ইচা ঙানবা য়েংহনগে। (কৌই) ঙানবা! ঙানবা!

ঙানবা ঃ- ইমা! করি হায়গে। ঐ লাইরিক পারিয়ে।

বিনোদিনী ঃ- হে লাইরিক লায়রি। থুনা লাউ।

(ঙানবা চঙলকপগী মখোল)

ঙানবা ঃ- করি হায়গে ইমা।

বিনোদিনী ঃ- (ডাইরি পীরগা) সে সিদা ইরিসি করিনো অমুক্তা পাউ।

ঙানবা ঃ- খঙদেদা ইমা। ববাগী খুৎলৈবীনি। আই মিট পি হায়বা মাল্লি। হায়বদি ঐনা পি উনৈ হায়বনি। পিদি মীগী মমিং মকোক হৌবগী মাল্লি।

বিনোদিনী ঃ- নুপারা নুপীরা?

ঙানবা ঃ- (নোকপা) মদুদি কনানা খঙনি।

বিনোদিনী ঃ- মখা য়েংঙু। লমায় হাংদোকউ। মুন্না পাউ।

ঙানবা ঃ- (লামায় মথঙ হাংদোকপগী মখোল তাই) ইমা নুপীনি। মখাদা সি ব্রজ এনগ্রী হায়বা অমসু ইরম্লে। সি হায়বসিদি নুপী খক্তদা শীজিন্নবনি।

বিনোদিনী ঃ- অদুদি নুপীদু কনানো?

ঙানবা ঃ- ঐখোয় ইমাসিদি।

বিনোদিনী ঃ- ঐ লোইনা ভাব তারে। ঐনা হায়বদি পিনা হৌবা মীং করি করিনো হায়বা?

ঙানবা ঃ- অদুদি লাইরিক অমা ওইনা ফোঙলসু চল্লরোই।

বিনোদিনী ঃ- খরা হায়দা হায়য়ু। নঙসু নপাগী মীচঙলা। নুপা হায়বা জাৎসি খারেদকো।

ঙানবা ঃ- ও সে হায়রগে। পিদি 'প'না হৌবা মিং ওইগদবা। প্রমো, প্রভা,

প্রেমিলা। মৈতৈগী মিংদা, পাম্থোই, পাকপী, এঃ য়ামখ্রেদা।

বিনোদিনী ঃ- য়ারে তোকও। ইমা ভাব তারে। নঙদৌনা বুদ্ধি ফত্তবা নমা নত্তে, অদুদি পুন্যবতিসু য়াত্রা?

ঙানবা ঃ- য়াই। অদুদি কনানো ইমা?

বিনোদিনী ঃ- নদোমচানা হায়রম্বা মিংনি। খঙগনিদনা ঙসিদি।

ঙানবা ঃ- ইমা! কৈদৌরগে নঙবু। মী খৎনদৌরিরা?

বিনোদিনী ঃ- খৎনরোই। ইমাগী ঙানবা। ঙসিদি ইমা মীৎ পাঙলে। ইমা পঙলমখ্রেদা। নঙ লাইরিক য়াম্না তম্মুকো। লাইরিক হৈতবসিদি হিংদবনদুম ফরম্মে, ইবুংঙো! (কপ্পগী মখোল)

ঙানবা ঃ- ইমা! নঙ কপ্লবরা? কপকনু।

বিনোদিনী ঃ- ইমাগী ঙানবা। ইমা কপ্তে। তারিবা পি অসিদি মপঙ পঙজবগী ইকায়খাঙদগী তারক্লিবা থম্মোয়গী পাউদম্নি। নঙ লাইরিক পাজরুরো। ইমা ঐগী কাদা ঙহাক্তা তুমিন্না পোত্থারুখিগে।

(ঙানবা চৎখিবগী মখোল। বিনোদিনী মাগী কাদা চঙখিবগী মখোল )

বিনোদিনী ঃ- (মথন্তা) ফৈ হল্লকখিসনু। ঙসিদি খঙগনি। ঐনা মাবু কয়াদা থাজরুবা। ঐনা কয়াদা চন্নুবা। মাগী বাহৈ অমতসু মানা ঙাক্রুবা? মহাক নত্ত্রনে ঐবু কয়ারক ৱাশক্তুনা নুংঙাইহনগনি হায়খিবদুবু। মহাক নত্ত্রনে, ঐনা মনাক্তা লৈরগা মাগীদি লোইজরেকা হায়খিদুবু। মহাক নত্ত্রনে ঐবু পূক্লিং অনী লোঙবীনু পুম্সিচুপ্পা য়েংদুনা লৈজগে হায়খিবদুবু। নোংমনা মানা করি হায়খি। ঐনা করি খুমখি।

(নীংশিংলকপগী যন্ত্র মখোল)

দিনো ঃ- দিনী! ঐ ঙরাংদি তুম্বা শুকয়া য়াখিদে। নখোয় পাবুংনা ঐবু পামদে। নঙবু মী অমদা থাজনবা থৌরাং তৌরি হায়বা তারে। অদুনা ঐগী হায়ববু নঙনা ঐগীদমক লেপ্পীবা অদুনা আশানি।

বিনোদিনী ঃ- লেপকদবা ঐনা লেপ্পিসিদি। নঙদা লেঙবীখিনু। ঐদি লেপ্লবনি।

দিনো ঃ- কয়াদা লাইবক ফখ্রবনো ঐসে। অদুবু ঐদি নঙসে মীগী ওইখিদৌবোইদা নীংঙি। নঙনা ঐবু নুংশিবীরবদি ঙসিমক চৎলসি।

বিনোদিনী ঃ- করিগী অদুক ঙাইঙমদ্রিবনো? চহী চাম্মা লৈরবসু ঐদি খক মীনল্লগ্লোই।

দিনো ঃ- নত্তে। মদু ঐবু নুংশিবা ৱাৎপগী পাউখুম্নি। ঐবু নুংশিরবদি ঐবু অসুক ৱাহল্লম্লোই।

বিনোদিনী ঃ- অদুদি ৱাশকউ। ঐবু পুক্সিদা খক থাদোকপীরোই। ঐবু খক অৱাবদা লংথবীরোই। ঐবু নুংশিনা য়েংবীয়ু অদুগা ৱাশকপীয়ু।

দিনো ঃ- ঐনা ৱাশক্লি, দিনী। "নঙবু ঐনা হেক থাদোক্কে খনবা নুমিত্তগী ঐ মপোকসিমা নুংঙাইবা ফংদনা মাঙখ্রগে। নঙনা ঐগীদি পূন্নমক্লি।" হায়রো। নহাক ঐগী তুং ঙসিমক ইনবা ঙম্বীররোইদ্রা।

(নীংশিংবা লোইবগী যন্ত্র)

বিনোদিনী ঃ- (মথন্তা)কয়াদা থাজরুই। মাগী চক্রিদা নুমিত্তু মতুং ইল্লকখি। কয়াদা বাবাগা ইমাগনা ঐবু ৱারৌখ্রবা। মখোয়গী আশা কায়রবদা ঐবু কয়াদা পেন্দনা লুহোংবিরকখিবা। ঙসিনা মখোয়গী ৱা চুন্নক্লবা। ঐ মখোয়গী মাঙদা ইপামদা চঙলুবা ঙমখিদ্রা?

(মতাংসিদা দিনো হল্লকই। থোঙ হাংদোক্লকপগী মখোল)

দিনো ঃ- বিনোদিনী! কৈনো হিপ্তুনা লৈরদি। নশা ঙমদ্রবরা? কৈদৌরগে হায়মী।

বিনোদিনী ঃ- (খুমদে)

দিনো ঃ- খুমদ্রবদি কৈদৌরগে। কনানা করি হায়রগে হায়বা।

বিনোদিনী ঃ- করি হায়রমগদবা মানবীবগে।

দিনো ঃ- কনানা খঙনি। নঙনা হায়দ্রদি ঐনা করম খঙগনি। হায়য়ু। করি তৌরগে হায়বা।

বিনোদিনী ঃ- করিশু তৌদে। ইতল তল্লকইবা। সুম লৈনীংলক্লিবা। সুম ইতোমদা শিনীংলকইবা। সুম সুম মী হাৎনীংলকইবা।

দিনো ঃ- ঙাওরব্রা নঙবু। করি করিনো নঙনা ঙাঙলিসিবু। মরী লৈনবা ৱা ঙাঙভু।

বিনোদিনী ঃ- পুরা ঙাওখ্রদি ফদৌনি। পূন্নমক খাঙবা ঙম্নবা। অৱা নুংঙাই চপ মান্নবা। ঐনা ঙাঙলিবসি মরি লৈনবা ঙাক্তনি। পুরা ঙাওবসু নত্তবনিনা পাউ নুংঙাইতবা তারে শাউনীংঙি। য়েংবা নুংঙাইতবা উরে শিদোক্লীংলকই।

দিনো ঃ- অদু করি তৌরগে হায়বা। ঐনা করি তৌরগে হায়বা।

বিনোদিনী ঃ- অদুদি হায়য়ু, নঙনা ঙাঙলিবা ব্রাদু থম্মোদগীরা? পাখৎকনু।

দিনো ঃ- ঐদি কৈদৌবগী পাখৎতৌরিবা। থম্মোয়দগীরা কোক্তগীরা খঙদে ঐ। ঐগী ইরাল পুথোকপা ঙমদ্রবদি নহাক ইমুংসিদা লৈবা য়ারোই।

বিনোদিনী ঃ- মদুগী ব্রাহৈদু খরা থুমন্দ্রা? নঙনা হায়দ্রসু ঐনা লৌজগদবা ব্রারেপ অদুগীদমক নহাক ঙাইঙমদ্রে।

দিনো ঃ- ঐ শাউরক্কনিকো বিনোদিনী। নখোয় লাইরিক হৈতবগা ঙাঙনবসে য়াম্না ব্রায়। ঐনা হায়রিসিনি, কম টু সেন্স।

বিনোদিনী ঃ- লাইরিক হৈত্রসু মীওইবা অমগী ব্রাখল পূক্লিং, নুংশিবা, অব্রাবা লোইনা ফাওবা ঙম্বা থম্মোয় অমদি ঐগীসু পাল্লি। লাইরিক হৈতে খঙলবা নঙগী নুপীদা করিনো লোন লোনশিল্লি। মদু করি লোন্নো হায়ফাও ঐ খঙদে। অদুবু ঙাঙলিবা মী অদুদি ঙাঙখিবা ব্রা ঙাকপা ঙমদবা, তোল্লবা মী অমনি হায়বসি ঐ খঙই। ঐ মাগীদমক য়াম্না ব্রায়।

দিনো ঃ- তোক্লো। নঙ ব্রা মখা তারনু। ঐ নুপানিকো। ঐগী খোঙথাং নঙনা য়েংশিনগদবা নত্তে। ইনীং। নুপী কোয়নীংঙে ইনীং। নরক্তা যুগ অমা লৈরসু ঐদি ঐনা পাম্বা তৌরনি।

বিনোদিনী ঃ- অদুগা নরালনা নপোৎ ফারবা মতমদা ঙাকপীয়ু হায়জরগা লোইরে নত্ত্রা নঙগী নুপীদা।

দিনো ঃ- মদুদি নপুন্সিদা খল্লুনু। করিনো নঙনা ঙসি তৌরল্লিবসিবু।

বিনোদিনী ঃ- করিশু তৌদে। অদুবু খজিক্তং হৌবদা নঙদি নঙনা চংলুবা লম্বী অদু কর্দায় য়ৌরগে হায়বদু হায়দোকচখ্রে। ঐনা অমুক হংদ্রবসু য়ারে। ব্রাসি তুমিন লৈবদি য়াররোই। পুন্যবতিগা ঐগা উনবা তাই।

দিনো ঃ- তুমিন্না লৈনীংলগা লৈয়ু। লৈনীংদ্রগা তোকউ। কনাগী পুন্যবতি। ঐনা টুর হল্লকপদা নঙ লৈরম্বা শুকয়া য়ারোই হায়রিসিনি।

(যন্ত্রনা মখা শমথখি)

# মঙাশুবা তাঙ্কক

(উখ্রুল চীংদোল্লি। টুর অদু লোইশিল্লক্লে। ঙরাংদগী অফিসারগী মতেং পাংবদা দিনো, পুন্যবতি ব্বারী শাবফাও শংনদে। ঙসিদি য়ূম হল্লনি। অদুনা ঙহাক পোত্থাবদা দিনো পুন্যবতিগা লোয়ননা প্রকৃতিগী ফজবা য়েংনা য়েংনা ব্বারী শানরি।)

দিনো ঃ- ফজেকো লমদমসে। পুন্য, নঙ করি ফাওই।

পুন্যবতি ঃ- উম ফজে? ফজদে হায়বা য়ারোই। নোংপোক্তা ঙাল্লিবা শিরোই চীংজাওনা কৌবগুম তৌরি। তাম্না শন্দোকখিবা চীংশাং, মতোন্দা অঙৌবা লৈচিলনা পানা কুপ্লিবা মীৎফম হোংবা য়াদে। অদুবু থম্মোয়সিদা পূম্নমক অর্থ ইরৈ লৈতবগুম তৌরিসিনি ব্বারিবা।

দিনো ঃ- করিনো পুন্য। অসুক তাম্না লাকমিন্নরবা। অফিসসেল ভিজিৎ ওইবনা অঙকপা সেদ্যুল পাঙথোকমিন্নরবা। ঐনা নঙগা লোয়নরকপদা কয়াদা থম্মোয়সে নৌজরিবা। নঙদি করিশু খঙবীবা লৈত্রমাল্লে।

পুন্যবতি ঃ- তামো দিনো। ঐ খনবা য়াবা খল্লে। চারে খল্লে, তূল্লে খল্লে, চৎলে খল্লে। ফল শুক্তা তাদে। ঐবু কনানো অমনা সুম সুম ঈরোন্নুংদা চিংথখিবগুম, খোঙ খূৎ পুনশিল্লগা নরক কোমদা লংথবীবগুম, অমুক্রা খোঙদাফম লৈত্রবা লৈচিল্লক্তা পাইরিবগুম পঙখন্দা খল্লি। ফলদি তাদে। তাগদবসু মান্দ্রে মপোক অসিমদি।

দিনো ঃ- পুন্য! নঙনা হায়রিবসিবু করিনো। নঙসু অহানবা য়ূম্বাল মায় পাক্রে, ঐসু পাক্লে। লেমহৌরিবা পুন্সি অসিখক্তি থম্মোয় খঙনরবা নঙ ঐ হিংমিন্নবদা ঐবু কয়াম ওইজবা থিবা তারবগে?

পুন্যবতি ঃ- তামো! ঐগীদমক্তি ঙরাংগা ঙসিগা ওন্থোক্লা খেন্নরমখ্রে। অদুগী মথক্তা ঙসিগা হয়েংগা অনীসি মালেমগা অতিয়াগা লাপ্পবগুম লাপ্পখ্রে। অনীসি উনবা মফম থিরকপনি। অদুবু চঙশিল চঙশিল্লুরগা নোংখোঙদি সুম লাপথোকখি।

দিনো ঃ- পুন্য! নঙগী সাহিত্যদু তোক্লো। ঐনা ঙাঙলিবসে রিয়েল্লিটিনি। পুন্সিনি,

হিংদবা য়াদবনি। হিংমিন্নসি হায়রিবনি। রিয়েল্লি, আই লব য়ু, পুন্য!

পুন্যবতি ঃ- মদুগীদমক ঐ তামোবু থাগৎচরি। ঐনা ঙাঙজরিবসিসু মঙ নত্তে। পুক্সিনি। পুক্সিগী অরুবা ব্রাহং পাউখুম চিন্দা ঙাঙথোকপা ঙম্লক্তুবা মতমদা সাহিত্যগী মপাল তাংলকই। ঐনা পামজে ঐগী ব্রাহ্মেগী অর্থ খঙবীবা নুপা অমা।

দিনো ঃ- অদুদি পুন্য, নঙ থম্মোয় পান্দ্রে। মীগী অব্রাবা উদ্রে। নহাক ফত্তে, নহাক তমথি। ঐ শিনীংলকই। ঐ লোক অসিদা চোংথদুনা নঙগীদমক শিবা ঙমগনি। মতমদুদা নঙ শোয়দনা নীংঙমলক্লোই পুন্য!

পুন্যবতি ঃ- থাজৈ। তামো। নঙনা ঐগীদমক শিবফাও ঙমগনি। ঐগীদমক নুপী তাম্থোকপা ঙমগনি। ঐগীদমক নচা নুংশিখ্রবদু কায়নবা ঙমগনি। ঐগী করিশু থোক্লদবা পিক্লিবী ইচা নুপীদু নচা ওইনা য়োকপীবা ঙমগনি। নঙনা ঐগীদমক ঙম্লোইদবা লৈতে। ঐ থাজৈ।

দিনো ঃ- অদুদি করিনো নঙনা ঐবু লৌশিনবীবা ঙমদ্রিবা। য়েংঙু। চেক্লাদসু ফৈরাদা তোংমিন্নরি। য়েংঙু, কুরাক অনীনা তান্ন তান্না পাইমিন্নরি। লাপ্না য়েংঙু চেক্লা অনীখক লৈচিল খেৎনা তুফাং খপ্না পাইমিন্নরি। পূম্নমক অসি উরগা নঙগী তৃপ্লিবা থম্মোয় য়াকায়দ্রিবরা? নঙবু মীকপ থোক্লো পুন্য! নঙগীদমক ঐ লৈরে।

পুন্যবতি ঃ- তামো দিনো। পূম্নমক অচুম্বনি। ঐ অহিংবা জীবনি। ঐগী হকচাংগী তুবুম খৃদিং লোইনা মরোল লোল্লি। নঙবু ঐনা য়াইফবা ওইয়ু হায়নীংঙি। নঙবু লম্মৈ থানবীনা লান্না লমজিংবীদবা ওইসনু। নঙবু তীলনা কাঙনফাও চিক্তবা ওইসনু। য়াইফবতা ওইয়ু। অদুবু নচলবুদি অমম্বা লম্বীদুদা চিংশিনবীগনু।

দিনো ঃ- অমম্বা নত্তে, পুন্য, আশানা থল্লবা, কোরৌনা ঙাঙ্গাননা ঙাল্লবা, য়েংন্নীংনা লৈরাংনা থল্লবা নুংশি তম্পাক লমদম অমদা খোঙদামিন্নসি হৌবনি। নঙ ঐগী অনৌবা সংসার অমা থিবনি। নঙনা করি চিংনরিবগে ঐবু।

পুন্যবতি ঃ- খঙদে, তামো, নঙগী নুংশি শৈরোল তার তারগা ঐগী মিহুন চোংবা হেল্লি। হেক খম্থরুবা মীৎকুপ্তুনা চাংজৌ পারবা ঈপাক

অমদা হেক্তা ঈরাক্লে।

দিনো ঃ- লাউ পুন্য, ফজদ্রা প্রকৃতিগী খুৎশেমসে। শংবান্নবা তিংথৌনা কুপ্লিবা চীংমায় অসিদা চৎলুসি। হিমালয়দগী পুরকপা উন পুবা অঈংবা নুংশিৎনা নশাদু ফূহল্লু। অদুগা খল্লু। ঐবু নুংশি হায়না অমুক্তা লাউবা ঙম্লা য়েংঙু।

পুন্যবতি ঃ- চৎসি তামো। চেনগে নীংতম্লা অমুক্তা অঈংবা মালংলক্তা। অদুগা য়েংগে নঙবু নুংশিরকপা ঙম্লা হায়না। খঙদে ঐগী নুংদা লৈরিবা থৱায়না হেক্তা লাউরক্কনি "নুপী লৈবা নুপাবু নহাক নুংশিরুবা য়ারোই। নঙ মীগী থম্মোয় থুগায়বা য়ারোই।" অদুনা তমো ঐবু সুম হিংহল্লু, ঐবু সুম থম্বীয়ু।

(পুন্যবতি কমলানা শনারৈ অথোনবগুম ঙাঙনা পাল্লিবা হৈপাল লৈপাল মরক্তা চেনখিবগী মওং)

দিনো ঃ- পুন্য, কমলানা তেকথরিবা হৈপান্দু নোমগনু। পুন্য, লোক মপান নক্কনু। মদুদা নাম্থব্রবদি হিংবগী আশা লৈত্রবনি।

পুন্যবতি ঃ- তামো, ঈরাওখোল তারে। ঐবু চেম্থবীগদবা ঈরৈনা ঙাইদুনা লৈরে, তুংদনা শাদানবা য়ৌশিল্লক্লে। উপাই লৈত্রবী শজি ঐবু কনানা কনবীগনি।

দিনো ঃ- পুন্য, ঐবু শাদানবা ওইনা লৌরবকো। ঐগী আশা কায়রে। নঙগী থম্মোয় লকা ফাওনা অমুক্তং চৎচগে লাকপনি। নঙগী থম্মোয় লৈনারক্তগী চাইথরকপা নুংশি ঈরিক্লা অমুক্তং ইশাসি চামথোকচগে খনবনি। অদুবু পুন্য নঙগী থম্মোয়দি নুং ওল্লম্লে।

পুন্যবতি ঃ- লোক্লুংদা তা-ব, কনানসু য়েংবীদ্রবা থৌদু নূংগীদমক ৱাবীরুনো, তামো ঐবু সুম হিংহনবীয়ু। ঐবু সুম থম্বীয়ু। ঐগীদমক ৱাবীগনু।

দিনো ঃ- অদুবু পুন্য, ঙংখিনি নঙগী থম্মোয়গী বিন্দু অমদা মরাইবক থীরবা খোইমু অমগুম নঙগী থম্মোয়না হেক মহী চেন্দ্রিফাও।

পুন্যবতি ঃ- মতমদুদা ঐগীনা না অনীমক পঙসনু। কনাগী অৱা অনা অমতা তাদনবা।

দিনো ঃ- অদু ওইরগা, ঐনা নঙগী মীৎমাঙদা শিদোক্কনি। মতমদুদা নহাক

পেল্লুকো।

পুন্যবতি ঃ- মতমদুদনা ঐগী মীৎ অনীমক তাঙসনু। কনাগী অব্রা অনা অমতা উজদনবা।

দিনো ঃ- অদু ওইরফাও ঐগী থব্রায়না লৈনম ওন্দুনা মালংদা য়াওরক্কনি নঙগী নফমদা।

পুন্যবতি ঃ- অদু ওইরগা ঐদি লোৎখিনি মালংগী শাহুম ফংদ্রবা লমদুদা।

(পুন্যগী মনাক য়ৌরকপগী দিনোগী স্বর ফুইনা হোনবগী মখোল)

দিনো ঃ- করিনো পুন্য। নঙগী পুকচেল। নঙগীদমক অঙাওবা ওইরবা ঐবু চানবীবা নুংশিবা ব্রাহে অমত্তসু তাহনবীররোইদ্রা। ঐদি নঙগীদমক নুপী ফাওবা কায়নরম্লবনি। ঐনা হল্লকপদা লৈরম্বা য়ারোই হায়না হায়রম্লবনি। পুন্য, নঙগীদমক ঐ পূম্নমক কখোল্লগদবনি।

পুন্যবতি ঃ- তামো দিনো। নহাক ঙাওরে। মঙবু তাইবঙনি খল্লমাল্লে নহাক। নঙনা ঐগীদমক নুপী তাম্থোক্লম্লবা। মদু অঙাওবগী থবক্নি। ঐ খক য়াবা ঙম্লোই। ঐঙোন্দগী হেনবা অমা অমুক উরগা ঐবু অমুক তাম্থোক্লক্কনি। হায়যু তামো, নহাক নুপী কয়ারক তাম্থোকপা ঙমগনি। নুপী কয়ারক নুংশিবা ঙমগনি। ঐ নঙবু কিরে। ঐ নঙবু হঙ্গোইরে। ঐ চৎলে। ঐ নঙগী নাক্তা লৈবা কিজরে। ঐ চৎলেকো, তামো দিনো।

(চৎখিবগী মখোল)

দিনো ঃ- ঙাইখো পুন্য, ঙাইহাক্তা লেপখো। ঐগী অশেংবা ব্রাহে খরদদি অমুক্তা তাখো। পুন্য! (কৌই) চৎখ্রে মাদি। ঐনা মাবু ঐগী মরুভুমি ওল্লবা ঐগী থম্মোয়গী মরুদ্যান অমনি খঞ্জরুবনি। অদুবু মাদি মায়া মরিচিকা অমা ওইরম্লে। ঐনা চঙশিল চঙশিল্লগা মানা অসুম অসুম লাপথোখ্রে। করম্না উৎলুনি ঐগী ইশক। মাগী মমাঙদা। নত্তে, ঐ শিখিবনা হেন্না ফরে।

(যন্ত্রনা শমথখি)

## তরুকশুবা তাঙ্কক

(সন্ধ্যানি। পুর্নিমাময়াগী থাজনা তরং তরং থোক্লককই। থাবল ফরবা অহিংনি। ঈংনা চিক্লা মলয়া নুংশিংসু শিংলি। অদুবু বিনোদিনী অইংবা ফাওদে। দিনো হল্লকপা ঙাইরি। ফজনা ফিরোল শেং চায়। ইমুংদু ইচিক চিকই। অচিকপা থুগায়রিবনা ঙানবনি।)

ঙানবা ঃ- ইমা! করিগীনো চাক ঙন্না থোংলিদি।

বিনোদিনী ঃ- মরম লৈ।

ঙানবা ঃ- করি মরমনো হায়বা?

বিনোদিনী ঃ- অঙাং নঙনা খঙলোই।

ঙানবা ঃ- বাবা কৈদৌঙৈ হল্লক্কনি?

বিনোদিনী ঃ- ঙসি হল্লক্কনি।

ঙানবা ঃ- অদুক নান্না শেং চারিনা করিগী?

বিনোদিনী ঃ- ইমাগীদি শেংফম লৈতে। য়োং তৌবদা ময়েক নাইবা শেংপা য়াব্রা? অদুনা নোংমা নোংমগী সুম শেংতোক্লিনি। লাইরিকতুম তৌ। ব্রা ঙাঙলক্কনু।

ঙানবা ঃ- তাকপীনবদি লৈতনা। বাবাসু হল্লক্তে।

বিনোদিনী ঃ- হল্লক্লসু তাক্লরোই। নতোমতা পাবা ঙম্মবা হোৎনৌ।

ঙানবা ঃ- করিগী?

বিনোদিনী ঃ- মরম লৈ।

ঙানবা ঃ- শাউনীংলকইকো। অদুদি তূম্লুরনি।

বিনোদিনী ঃ- হে, চাক চাররো। অদুগা তূম্মু।

ঙানবা ঃ- ইমাগা চামিন্নরসি।

বিনোদিনী ঃ- ঐ চাক চারোই।

ঙানবা ঃ- করিগী?

বিনোদিনী ঃ- মরম লৈ।

ঙানবা ঃ- অদুদি ঐসু চাররোই। মরম হেক হায়দ্রিফাও। ঐ লাইরিকসু

পাররোই, চাকসু চারোই।

বিনোদিনী ঃ- ঙানবা ইমানা হায়বা ইল্লু। অঙাং ব্না অহল ব্না খঙঙু। ঙসি ইমা ব্না য়াম্না ঙাঙনীংদে। নমীৎনা উগদবা ঙহাক্তা ঙাইরে।

ঙানবা ঃ- করিনো ইমা। মীৎনা উদৌরিবু।

বিনোদিনী ঃ- ঐ ইমুংসিদা লৈররোই। খঙঙব্রা?

ঙানবা ঃ- অদুদি ঐসু ইমাগা চৎকনি।

বিনোদিনী ঃ- নঙ ঐগী তুং ইনবা য়ারোই। নপাগা লৈজহৌ।

ঙানবা ঃ- ইমা, ঐবু নহাক করিমতা নুংসিদ্রবরা? (কপ্পগী মখোল)

বিনোদিনী ঃ- (কপ্লা) করিগী নুংশিদনি ইমাগী ঙানবা। অদুবু ঐনা নঙবু পুরোই। ঐ ইতোমতা ইপাম চৎখিনি। ঐ অমুক ইমুংসিদা লৈনীংদ্রে।

ঙানবা ঃ- করিগীনো ইমা! ঐখোয় বাবা য়াম্না ফত্তবরা?

বিনোদিনী ঃ- ঙানবা। ফরসু লৈরোই, ফত্রসু লৈররোই। ঐগীদি ব্নারেপ লৌরবনি। ইমাদি লাইবিক হৈতবীনি। লাইরিক হৈবী নমা অমা লাক্লনি থুনা।

ঙানবা ঃ- য়ারোই ইমা। ঐ নঙবু লাইরিক হৈতে হায়ররোই। নঙবু থাদোকপা ঐ শুকঙম ঙম্লোই। ইমা, চৎলোই হায়য়ো।

বিনোদিনী ঃ- কনানা মচা লংথোক্লম্লগা চৎনীংবা মমা লৈবগে। নঙগীদমক খন্দুনা ঐনা ঙসি কপ্লা কপ্লা খাঙলিবসিনি। লাকও, ইমা চাক থিবীরগে অদুগা হিপ্লবা তৌরসি। ইমা য়াম্না ব্নারে।

ঙানবা ঃ- ঐ চাক লামদে। ইমা ফমুংদা হিপ্লুবসি। ঙসিদি ইমাবু য়াম্না নুংশিরকই। ইমা ঐবু শুপ্নীয়ু। ইমা ঐগী নাক্তগী লাপ্না নঙ লৈখিনু।

বিনোদিনী ঃ- ফরে, ফরে ইমাগা তূম্নুরসি। পোত্থাজররো। অদুবু ঙানবা ইমাগী লাইবক্তি নঙনা লেপ্পা ঙম্লোই। নহাক ইমাবু ব্নারৌগনুকো।

ঙানবা ঃ- য়াদে কৈসু। ইমা নঙ চৎখিবা শুকয়া য়ারোই।

বিনোদিনী ঃ- ফরেসে। তূম্লরো। ইমা ফম শেম্বীরগে। লাকও ইমা চঙলে।

ঙানবা ঃ- ইমা ঐখোয় ববাসি ফত্তেকো। করিগীনো মানা নুপী থিদৌরিবু। ইমা লৈনা লৈনা।

বিনোদিনী ঃ- ঐদি লাইরিক হৈতবিনি। ঐদি খুন্নুং নুপীনি। ঐদি কেদুনা লৈবসু ঙমদে। অদুননি। তূম্মোসে।

(যম্ভ্রনা শমথখি)

# তরেৎশুবা তাঙ্কক

(দিনোগী ইমুংনি। নুমিদাংনি। দিনো টুর চৎলুবদগী হানা হল্লকই। শুমাংদা ভেস্পা থৌজিল্লকই। অদুবু ঙানবসু বিনোদিনীসু মপাল থোক্লক্তে।)

দিনো ঃ- ঙানবা ঙানবা!

ঙানবা ঃ- (খুল্লক্তে)

দিনো ঃ- দিনী, বিনোদিনী!

বিনোদিনী ঃ- (খুল্লক্তে)

দিনো ঃ- (মথন্তা ঙাঙই) কদায় ঙম্না চৎখ্রবনো? মপাম চৎখ্রবা জাৎলা? চৎখ্রবসু ফরে। ঐনা হল্লকপদা লৈরম্বা য়ারোই হায়রম্বদুনা চৎলম্বসু য়াই। বস, করিসু কায়দে। অদুদি থোঙসি হাংলিবরা য়েংগে।

(থোঙ নমদুনা য়েংঙি হাংলম্মী)

(মথন্তা) হায় হাংলিনে। ইমুংদা লৈবা জাৎলা? কাসিদনা কনা লৈরিবা? ঙানবদি তূল্লিনে। মমানা কদায় চৎখ্রবা। মচা হুন্দোক্লল্লগা মাবু চৎখ্রবা জাৎলা। অদুমক্তি থাজদেদা। অদুদি কদায়দা লৈরিবা চাকখুমদা লৈবা জাৎলা? (য়েংবা) লৈতেনেহে। অদুদি ড্রেশিং রুমদা লৈব্রা লোন্না য়েংঙগে। (য়েংবা) ও! ড্রেশিং তেবল মমাঙদা ফজনা কেদুনা লৈরেদনা। শাউরিবা হায়বদু ওইরমাল্লে। ফৈ মানা শাউরগা কৈদৌজরনি। অদুবু অমুক্তদি লোন্না য়েংখিগে। ও! মাসু কেরবদি ফজবা জাৎনিদনা। মাগী চুং ফিরাল চারবা শাবান্দা নীংদু য়ৈনা চাইথরিবা মাগী অমুবা শম্লাং অসিনা কয়া মকা লাম্লিবা। ও! পুনখৎখ্রে। মপূং ফারবা শম্বুলনা মাগী তুংয়ান্দা মফম চানা লৈখ্রে। লৈ মচুগী ফুরিৎ, পুম্বুম তারক্লিবা পাম্বোম, চেংলপ তৌরিবা খ্বাং, থম্বাল লৈখোক্কী ময়েক নাইবা ফনেক, খ্বাংগী ফুরিৎকা ফনেক্কা উনরমদাইগী অঙৌবা কুচুনা ফজনা উরিবা। করিগীনো মানা অসুক ফজনা শেৎ-চারল্লিবা। মাবু চৎনবা শেম শারিবা হায়বদুরা? মাগী মায়থোঙ মকা লামদবা মিংশেলদা মমি তারি। অসিনা তাক্লি মহাক

শাউরে। ঐগী বাহৈ অমনা মহাক লৈচিন্না খঞ্জিল্লবা থাজগী মায়থোঙ ওনখ্রে। অদুবু নুপানবু করিগীনো অসুক থম্মোয় পেত্থরক্লিবা। ফরে মাগী খোঙথাং য়েংখিগে। ঐ তুমিন্না অমুক্তা লৈরুখিগে ফমদুনা।
(থোকখিবগী মখোল)
(যন্ত্রনা শমথখি। দিনো তুমিন্না ফমদুনা লৈ। ইমুংদু ঙহাক মীখোল অমতা তাদে। অচিকপদু থুগাইরকই বিনোদিনীনা।)

বিনোদিনী ঃ- (ছো খরা দিনোগী মমাঙদা থল্লগা) সে ঐনা নহালখৈ পায়বা কৈগী ছো, উপুগী ছোনি। শুরব্রা য়েংঙু। ঙানবা ফমুংদা তৃন্নিবনি। ঐ নঙগী য়ুম অমদি অঙাংদং নখৃত্তা শিন্নরমগে হায়দুনা হৌজিফাওবা খাঙদুনা লৈরম্বনি। নশা লাক্লে, ফরে। ঐ করিশু পুদে। নঙনা থাজদ্রগা ঐগী বেগ চেক তৌবা য়াগনি। ঐ চৎলবনি। ইমুংসিদা ঐ মীৎকুপ অমা লৈনীংদ্রে।

দিনো ঃ- বিনোদিনী! করিনো নঙনা ঐবু খৎনবা হৌদুনতা লৈরিসিবু। নঙনা চৎখিবা ঐ থিংদে। অদুবু মুন্না খল্লু। চৎপু চৎখ্রবদি ঐগীদি লোইরে। অমুক নহাক ইমুং অসিদা খোঙ্গুল তারকপা য়ারোই।

বিনোদিনী ঃ- ঐগী খোঙচৎ অরোইবনি। ঐনা থাংলিবা খোঙ মুন্না খল্লগা থাংলবনি। মফম অসি নুপা নুপী নুংশিননা, শেগা মাইগা লৈমিন্নবা য়াবা ইমুং ওইরমদ্রে। ঐসু হায়জরমগে, ঐবু অমুক কৌবা লাক্কনি হায়বদি খনবীরক্কনু।

দিনো ঃ- য়েস, ঙস্বা তান্নসি। অদুদি নচাশু পুজখো।

বিনোদিনী ঃ- ঐনা নহাক্না নুপীদুগা নুংঙাইনা লৈহৌনবা ইচা পুরুগদ্রা? য়োকহল্লু লাইরিক হৈবীদু। অতোনবীনা য়োকপা নচাসি কয়াম ফগে হায়বদু নহাক য়েংঙু। মচানুপী অমসু লৈ হায়বদাই। মদুসু পুশিল্লু। লোন্নবী মচা অনীগী মপা ওইনা নহাক নুংঙাইনা পানজহৌ। ইচাগী প্রেম ঐ অমুক পোক্লরোই।

দিনো ঃ- মদু য়ারোই। চাকথাক পীরকউ হায়বসু কয়ানো পীরক্কনি। মীগী মচা অদুবু নচা য়োকহল্লোই। পুজখো ঐসু য়োকপা ঙম্মোই অদুদি।

বিনোদিনী ঃ- অদু ওইরগনা হূ পীজদুনা হাত্তোকউ। ঐদি মচা হাৎপী মমা ওইবদি ঙম্লোই। নঙদি ঙমগনি, ঙাওদুনা চৎকদবা কুইদ্রবনিনা। অদুগা নচা

য়াওদনা তরগুদা তাউদুনা লৈমিন্নৌ নুপীদুগা।

দিনো ঃ- ঙাওরিদি নঙনি। নুপানা লুনা চানীংবদা চাহন্দুনা থল্লিবা নঙনা খজিক্তা ঙাঙবা য়াদ্রবদি নহাক নচা য়োক্তবা তাব। হায়যু, ঐবু নুপী পুশিল্লক্লব্রা? ব্রা অমত্তা ঙাঙবা য়াদ্রবরা?

বিনোদিনী ঃ- য়াই। ঙাঙবদা নত্তে, ফূবফাও য়াই। থম্মোয়দুগী ব্রানি। নঙনা ঐবু কয়ারক ফূখ্রে। চৈখ্রে। ইপা পল্লফাও। ইমা পল্লফাও ঐ খাঙলকপনি। অদুবু ঙসি ঐগী পাঙ্গল লৈত্রে। নঙনা ঐগী চমজরবা থম্মোয় অসিবু ঈখেং হাথহল্লে। থম্মোয়সি চাম্মা থোক্লা কায়খ্রে। অমুক তাইশিনবা ব্রারগনি।

দিনো ঃ- মদো নঙনা নবুক ফত্তবদগী কায়জবনি।

বিনোদিনী ঃ- করম্বা নুপীনা মবুক ফগনি। মাগী নুপানা নুপী লৈনা লৈনা, মাগীদমক কদায়দা ব্রাৎখিদৌগে, করি শোয়খিদৌগে খন্না লৈরিবী নুপীবু থওইদ্রগা অতোপ্পা নুপী অমা কোয়দুনা পৈশা লংথোক্তুনা, ময়ূম কাউথোক্তুনা লৈখ্রগা করম্বা নুপীনা ঈংথনা লৈবা য়াগনি। মদুদি শিমিন্নবফাও য়ারবনি। অদুবু ঐ মব্রা হাৎপা নুপীমক্তি ওইনীংদে। অদুনা খনবা য়াবা খল্লগা নঙগী য়ূম অসিদগী খোঙ থাংদোকখিবা অসিতনা ফরনি খল্লবনি। ঐ হৌজিকমক চৎলগদবনি। অদুনা চহী কয়া শেৎপা ফাওবা ফংজরক্লবা ইমা ইপানা হাপ্পীরকপা ফি ইনীং তম্লগদবা নুমিৎ অসিদা শেৎ চারিবসিনি।

দিনো ঃ- অদো ঙসাইনা চৎলম্বা য়াদ্রো। ঐনা লৈরম্বা য়ারোই হায়না হায়রম্লবা নত্রা?

বিনোদিনী ঃ- য়াই। ঙরাংনা চৎপা য়াই। অদুবু মপু তাক্লমদনা য়ূম অসি ঐনা লংথোক্লম্লগা নঙনা ঐবু বদনাম তৌবীগে খনবরা? নচা চহী তরানিথোইদা ঙাইরিবা অপিশক অসি কনাদা শিন্নরমগনি। অদুনা অমুক উনীংদ্রবা নশক অসি তাঙাই ফদনা ঙসি অমুক্তং য়েংনবা লৈরম্লিবসিনি।

দিনো ঃ- উনীংদ্রবা নশক্কা হায়রদনা। বিনোদিনী নঙসি মতৌ অমা তৌরেকো। ননাও নুপী প্রভা লাক্লম্বা নুমিত্তগীনি নঙনা ব্রা ঙাঙনবা ইয়া

য়ারত্ত্রিবসি। হায়য়ু ঐসিবু কয়াম ফত্তগে। হা ঐনা নঙবু কয়াম ওৎলগে।

বিনোদিনী ঃ- মপাম্ভোংদা ঐবু ফুদ্রগা চৈদ্রগা ওত্তে হায়বা হেক্তা য়ারোই। মাপাম্ভোংগী চৈনাদি খাঙবা ঙম্বা য়াই। থম্মোয়দা য়ৈরিবা ইন্নায় ইনীলখোল অসিদি সমুদ্র তরেংকী ঈথক্তগী হেল্লবনি। নহাক ফৈ ফত্তে হায়বা ঐ হায়রল্লোই। অদুবু নহাক্কী নফমদা ঐগী মমল লৈত্রে। ঐ লৈরুবগী কান্নবা করিসু লৈরক্রে।

দিনো ঃ- অদুদি নঙগী পিকখ্রবা নথম্মোয় অদুনা পঙখন খঞ্জবগী ব্রানি।

বিনোদিনী ঃ- থম্মোয় পিকই হায়গে হায়বীয়ু। পিক্তে হায়গে হায়বীয়ু। থম্মোয় চাউবা ফজবা উবা য়াদবা, নুপীবু শান্নপোৎকুম খনবা নুপাগী মনাক্তা ঐদি লৈররোই। ঐদি চৎলনি হায়রিসিনি। ঐ চৎলে।

(বিনোদিনী থোঙ হাংদোক্লগা থোকখি)

দিনো ঃ- (চৎপমক্তি চৎলোইদ্রা খল্লম্বনি। চত্তা চৎখ্রদৌবোই নীংদুনা হৌনা কৌই) বিনোদিনী! বিনোদিনী! (খুল্লক্তে, ফুক হৌগৎলি। তান্নরকই। কৌই হৌনা) বিনোদিনী! বিনো নহাক ঙাইখো। নহাক চৎকে হায়রবসু ব্রা ফজনা ঙাঙনরগা চৎলু। ঐনা থিনগনি।

বিনোদিনী ঃ- মদুগী দরকার ঐঙোন্দা অমুক লৈত্রে। ঐ নীংতম্লবনি। নঙগী চাকখুম কা শেন্নবদা পুন্সি অসি মল্লুরবনি। ঙসিদি ঐ নুংঙাইরে। ঐ নীংতম্লে। ঐ কনাগী মীঁখা পোল্লরোই।

(ঙানবা হৌগৎলকই। মপা মমা খৎনবদু তাদুনা মমাবু তান্নবা য়াওরকই।)

ঙানবা ঃ- ইমা! ঙাইখো ও, ইমা, ঐসু লাক্কে।

বিনোদিনী ঃ- ইমাগী ইবুংঙো। নঙ লাকপা য়ারোই। নঙসু নুপানি। নঙনা ইমাগী মৈচাক খঙলোই। ইমাবু তান্নরক্কনু ঙানবা। (মথন্তা) কয়াদা নুংঙাইরবা ঙসি। থাবল মরকসিদা, হঙ্গাম মপাল মরকসিদা, থাজ নোংইলগী কূম্মৈ য়েংদুনা মালং ঈচিক হুল্লগে। ফক্লাং মরিগী জেন্দা কয়া কুইনা ঐনা মীনাইগুম লৈরক্লবা। ঙানবা, ইমাবু নহাক তান্নরক্কনু। ইমা চৎলে।

দিনো ঃ- বিনোদিনী, ঐনা হায়বা অমুক্তা তাখো। ঐ নঙনা হায়বা য়ারে। ঐ নঙগী নফমদা য়াম্না লাল্লুরে। নঙবু অমুক ঐ ব্রাহল্লরোই। নঙবু

*লাইরিক হৈতবী অমুক পনখ্ররোই। দিনী ঐবু অমুক্তা ঙাইরমখো।*

বিনোদিনী ঃ- নশাগী ব্রাশকসু ঙাকপা ঙমদবা। নহাক নত্ত্রা ঐবু মীরাইবা নুমিত্তা নুংঙাইবা ফংদনা মাঙগে ব্রাশকখিবা। নহাক নত্ত্রা ইপা ইমানা য়াদ্রবদা ঐবু অপঙবীনি খন্না কপ্তুনা থেমখিবা। ঐ খাঙবা ঙমদ্রে, নঙগুম্বা লমচৎ য়াওদবা নুপা অমগী নুপী ওইরুবা। ঐদি অমুক হল্লক্করোই। ঐবু অমুক তান্নরক্কনু। ঐ চৎলে।

দিনো ঃ- অদুবু অমুক্তদি ঙাইখো। ঐনা হায়বা অমুক্তদি তাখো। ঐ অমুক নঙগী নফমদা অরানবা চৎলরোই। নঙনা ঐবু নুংশিদ্রবসু নচা ঙানববু অমুক্তা নুংশিয়ু। মানা কৌরিবসি নঙবু তাদ্রবরা?

বিনোদিনী ঃ- ঐ কনাগী খোঞ্জেল তাররোই। কাদা চীক্লা ফম্মু। নতোমতা খল্লু। বিনোদিনীনা নঙবু কয়াম নুংশিখিবা। মমা মপাগী মায়োক্তা নঙগী নতুং করম ইল্লকখিবা। চহী কয়া অসি করম্না ঐনা নঙগী ইমুংদা বন্দিগুম মরেক মহাও য়াওদনা পুন্সি লেল্লম্বা। অদুগা নতোমতা হংজৌ নঙনা কয়াম চুম্বা, ঐনা কয়াম লানবা। অদুগা কপ্পু পেন্না মমা লৈত্রবা নচা নুপাদু কোন্দুনা। মতমদুদা নহাক মঙফাওনরক্কনি। মতমদুদা নঙনা ইপা ইমাগী মখোঙ পায়দুনা হায়জরগনি, ঐবু অমুক্তদি হন্না পীবিয়ু হায়না। মতমদুদা নঙনা থেংনগনি অতোপ্পা ঐ অমা। ঐদি খোঙচৎ অসি লেপ্লরোই। লমহাং অসিদা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নখিনি।

দিনো ঃ- ঙানবা। ইপাগী ঙানবা। নঙবু অমুক্তা চেনখৎলু। নমা অসি অমুক্তা খাম্মু, ঙানবা।

ঙানবা ঃ- ইমা! ইমা! (চেনখৎখিবা অদুগা মমাবু থৎপা)

বিনোদিনী ঃ- ইমাগী ইবুংঙো ঐবু মাঙদা থৎকনু।

দিনো ঃ- বিনোদিনী! দিনী! বিনো! নহাক নচা ঙানবনা কপ্লিবসে নুংশিদরা। নহাক ঐগী খন্দ্রবসু, নচা ঙানবগী অমুক্তদি খল্লু। (ফাগে তৌবা)

বিনোদিনী ঃ- চঙশিল্লকনু। শোক্লক্কনু ঐবু, নহাক্কী মীনম্বা নখুৎনা। ঐবু অমুক্তা নীং তমহল্লু। থাবল মরক অসিদা ঐবু অমুক্তা ইনীংতম্না শান্নহল্লু। হৌজিক্তা নচা নুংশিবা মশক খঙলক্কবরা। ঐসু মীনি, নুপীসু মীনি।

করিগীনো নখোয় নুপানা নুপীবু অসুক হম্বনা য়েংলিবা। নুপীসু থম্মোয় পাল্লি। থৱায়গী থৱায় চপ মান্নবনি। খওঙ্, নুপী পুম্নমক ঙসিদি পেন্দ মৈচাক নাউপুরবনি। নুপীগী খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল লোইরবনি। নখোয় নুপানা চাউবা খুন্নাইসি পেল্লে। ঐবু নীং-তমহল্লু। ঐ ৱারে, ঐ পাল্লক্লে নঙগী সংসারসে অমুক।

(যন্ত্রনা শমথখি)

-ঃ(লোইরবা)ঃ-

## অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংঃ

১। থাজগী অমম্বা নাকল (শৈরেং) ২০০০

২। নুংশিদবগী মচা (ৱারী মচা) ২০০০

৩। চিত্রকার (উপন্যাস) ২০০২

৪। চেক্লা অমদা (শৈরেং) ২০০৩

৫। নোংহৌ (শৈরেং) ২০০৪

৬। লৈনাদা পক্লম্বা নুংশিবা (শৈরেং) ২০০৭

৭। মৈরীক অমা (শৈরেং) ২০০৮